ꯈ꯭ꯔꯤ: ꯱꯸꯹꯱ ꯒꯤ ꯃꯃꯥꯡꯗ
ꯂꯩꯔꯝꯕ ꯃꯩꯇꯩ ꯄꯥꯡꯒꯜ
ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯃꯨꯁ꯭ꯂꯤꯝ ꯒꯤ ꯐꯤꯔꯝ

# খৃঃ ১৮৯১ গী
# মমাঙদা লৈরম্বা
# মৈতৈ পাঙল
# (মণিপুরী মুস্লিম) গী
# ফিরম



বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মা

# খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লৈরম্বা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম) গী ফিভম

অইবা

বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মা



রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল

KHRI. 1891 GI MAMANGDA LEIRAMBA MEITEI PANGAL(MANIPURI MUSLIM) GI PHIBAM

[The Condition of Meitei Pangal (Manipuri Mulsim) before 1891]

*Written by* **B. Kulachandra Shrama**

অফোঙবা ঃ

এম. এম. অহমদ, মেম্বর, রাইটর্স যুনিয়ন, মণিপুরনা

যুনিয়নকীদমক মহুৎ শিন্দুনা ফোঙবা




অহানবা খুৎনম ঃ

নবেম্বর ২৫, ২০১০ ইং



লাইরিক মশিং ঃ ৬০০

মমল ঃ লুপা ৯৮/-

মখুম ঃ

মণিপুরী মুস্লিমগী ফিবোলশিং অমসুং মখোয়না শীজিন্নবা হিদাকফু

নম্ফম ঃ

পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল

# অফোঙবগী ৱারোল

মণিপুরদা খুন্দাদুনা লৈরিবা তোঙান-তোঙানবা ফুরুপশিং মশা মশাগী ওইবা মৈহৌরোনগী মরমদা ইবা লাইরিক মরাং কায়না লৈরে হায়বা য়াই। লমদমসিগী মীওইশিংনা 'মৈতৈ পাঙল' হায়রগা খঙনবা ফুরুপ অসিগীদি নিংথৌনা লৈবাক শাসন তৌরিঙৈ মতমদগী ঙসি ফাওবদা মরিক চুম্বা জাতি ফুরুপ অসিনা লৈবাক অসিগীদমক থৱায় কৎখিবা, তৌরকখিবা শিংথানবা য়াবা থবকশিং চীনহায়দা খরা লৈবা নত্তনা ইশিন-খোৎচিন্দুনা মতম মতমগী থৌদোক-ৱাথোক থমহৌবা লাইরিক মশিং থিবদা মঙা/তরাদগী হেন্না লৈরমগদবা মান্দে। বেকোর্দ নিংথিনা লৈহৌদবা অমসুং থমহৌদবনা ঙসিদি অচুম্বা, মকত্রবা, অশেংবা কয়াসু শেমজিন-শাজিল্লগা পুথোরকপা শেংদবগুম্না উহল্লে। লৈরবসু লৈবমদবগুম ৱাখলদা পোকহল্লে।

মতাং অসিদা ইকাই খুম্নজবিবা ঐজ্ঞা বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মানা "খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লৈবম্বা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুসলিম) গী ফিবম" হাযবা লাইরিক অমা ইবিদুনা মসি ফোঙবা যাগনি তাকপীরকপদগী রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুবনা খন্ন-নৈনরবা মতুংদা লাইবিক অসি ফোঙনবগী থৌদাং লৌখিবনি। লাইরিক অসিনা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুসলিম) গী অৱাৎপা শকক অমদি মেনশিবা ঙম্নগনি খঞ্জে। অসিগুম্বা চাউরবা থৌদাং অমা ঐজ্ঞা বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মানা লৌবিবা অসিগীদমক বাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুবগী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোঙদোচরি লোয়ননা শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন অমা তৌনশিল্লে হায়না লৌজে।

লাইরিক অসি মপূং ফারে, অৱাৎপা লৈত্রে হাযবদি ঙম্লোই। চিন্থা-নান্থগৌবা কয়া অমা য়াওরমগনি। অরানবা, অশোযবা য়াওবল্লবসু মদু তরা খোক্লা খন্নরগা শেমদোক- শাদোক্লবগী খুদোংচবদু পাবিবিবশিংনা শোয়দনা পিবিগনি নিংজৈ। অরোইবদা লাইরিক অসি মপুং ফাহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ইকাইখুম্নজবিবা মুহম্মদ অব্দুর রহমান, মরুপশিং এস. এম. শৈখ, মুহম্মদ সলিম, কম্পুটরগী মথক তৌবিরিবা এস. মনরমন পূম্নমকপু রাইটর্স য়ুনিযন, মণিপুরগী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

**ইম্ফাল**

তাং ৫।১১।২০১০ ইং **এম. এম. অহমদ**

# ৱাহৈ খরদং

মৈতৈ-পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম) চহী চা অমগী মথঙ অমা হায়বদি চহী চা কয়া , মৈতৈগী খোঙবু/খোঙলোয় ওইদুনা চৎফম অমতা ওইরবা লম্বীদা চৎমিন্নদুনা লৈরক্লি, তুংদসু লৈহৌখিগনি। অদুবু ইতিহাস ইবশিংনা মৈতৈ-পাঙলগী ৱারী থৌশাবিদবগুম তৌই। মতাংসিদা হায়জনিংবদি— মৈতৈ পাঙলগী ৱারী, মরু ওইদবা অপীকপা ফুব্দপ অমগী ৱারী নত্তে; মখোয়তগী ওইবা ৱারীসু নত্তে; মসি মণিপুর ইতিহাসকী শব্দক অমনি - হায়বসিনি। মসি খঙবনা লৈমিন্নরিবা ফুব্দপকী মীশিং লীপুন অমগী মনুংদা লৈহনবদা তেংবাংবতা নত্তনা মখোযগী তুংগী লাইবক লেপ্পদসু তেংবাংগনি।

ইকাইখুম্নজববা বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মা, বিসার্চ তৌবিবিবা অমসুং লমসিদা মাঙজিন থাবিবা, ঐখোয়গী চাউথোকচনিঙাই ওইববা স্কোলাব অমনি। মহাক্না মৈতৈ পাঙলগী মরমদা মতম চঙনা থিজিনবিদুনা "খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লৈবম্বা মৈতৈ-পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম) গী ফিভম' হায়না মিং থোনবা লাইবিক অমা তেন্তক্না লেংথোকপিবে। মসি মতম শাংনা হোদুনা লৈরক্লবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অমা মেনখৎপিবনি হাযনা লৌজে। মরমসিনা ঐখোযনা লাইবিক অসি ফোঙদুনা খ্বাই তবাগী মফমদা লাপ্পোকচবগী খৌদাং লৌজবনি।

হৌজিক পুথোক্লিবা ৱারীসি মপৃং ফাবে হায়বদি ওমজদে। লাইবিকসি পাবিবশিংগী মীৎযেংদা উবা অরাৎপা অমসুং অহেনবা অসিনচিংবসু ফোঙদোক্লবরকখিগনি খঞ্জে। হৌজিক্তি মৈতৈ-পাঙলগী ৱারী থিজিনবিবা মী অতৈসু লৈরক্লে। মখোয়না মৈতৈ পাঙলগী মপৃং ফাববা ৱারী পুথোকপিদুনা মণিপুর ইতিহাসপু সপপ্লিমেন্ট তৌরকখিনি হায়বগী থাজবা থমজরি।

**ইম্ফাল**

তাং ১০।১১।২০১০ ইং

**মুহম্মদ অব্দুর রহমান**

# অইবগী ৱারোল

লাইরিক যাম্না খঙ-হৈরে হায়দুনা ইজরুবা নত্তে, মণিপুরী সমাজগী হকচাং কয়াৎ ওইনা লৈরিবা কাংলুপ অমগী সমাজ মচা অমগী মৈতৈগী অরিবা লাইরিকসিদা তারিবা মমি খরদুদং উৎনীঙদুনা পায়খৎচরুবনি। মসিদি অহৌবনি, অরোইবা নত্তে, থেংনরুবা খরদুদনি, থিজিনবগী লোয়নাইদ্রবা খোঙচেন অমসুং নৌনা ফংলকপা থিজিনবগী পোৎলম নৎত্রগা মচাকশিংদুগী চৈকোক্কী মচাক খরদংদনি, মথং মথং কয়া অখঙ-অহে কয়ানা পুথোকপীরক্লবা পো কাঙবগী খুৎমাবনি। মরম অসিনা অরানবা-অশোয়বা য়াওবশিং তাকপীরক্লুনা লৌথোকচবা অমসুং শেমদোকচপগী লাইবক ফবদু ফংহনবীয়ু, মবমদি শোয়বা-লানবা হায়বসি মীওইবগা লোইনদুনা লৈবগুম তৌই। অদুগা খুথোংথীবা অমসুং লাইবক থীবনা মীওইবগী খোঙফম অমসুং খোঙদাফম শোয়বা ঙাইদুনা লুমদুনা লৈরিবগুম তৌরবা পুন্সিসিদা মশাগী খোঙকাপ চুম্না থাংনবা হোৎনজরিবা অমা ওইদুনসু শুমহৎযাই কয়ানা লাং থাক্লুনা হেক হেক লানহল্লিবা পুন্সিসিদা হৌখ্রবা সমাজ অমবু হনগৎনা য়েংখৎপদা অচূম্বা অমসুং অশেংবা ঙাক্তো ফংগনি হায়বসিসু থাজজদে। তৌজরিবসি পোষ্ট মোর্টেমনি, তৌজিক্তো মীৎনা খোঙনা উবা নৎত্রগা য়ৌবা ঙম্বা পোৎশক নত্তে। তারল্লিবা মমিদুনা খরা লাবল্লবা অমসুং ময়েক খরা শেংলন্নবদি খরা চুম্না নৎত্রগা শেংনা হায়বা ঙম্লে। অদুবু পীরিবা হিরমসিগী মবী লৈনবা মিংশেলবু কয়া য়াম্না লৈবগে। মতমগী তোর্বান্দা শূ-নোম্বতনা হিংনবগী লান মায়য়োক য়ারিবা মশাগী মমিং ইজবা হৈত্রবা অমসুং অনৌবা সমাজগী য়াওল লাক্লবা ফাওবদা শোত্থনা লৈহৌববা মখোয়দুনা চেবাংদা থল্লমগদৌবিবসি কবিনো? চীনবুঙ-চীনফাদা ৱাবী-শীঙবুন খরা লীনা-শানবা নত্তনা মখোয়গী করি উপায় লৈরি" অদুবু মখোয়সু মীওইবনিনা মী ওইনা পাননবগী অমসুং পানবগী মতম অমা ঐখোযনা মমি তমদ্রিঙৈগী মমাঙ ঙসিদগী চহী ৪০০ (চামরি) রোমদগী চহী ১২০ (চামকুন) লোনগী মমাঙগী মতমদা লৈবম্মী অমসুং মখোয়গী মচা-মশুশিং হৌজিকসু সমাজ খুজিং অমমম ওইনা পাল্লি। লৈখিদ্রবা মখোযনা তৌরম্বা থবক্কী অমসুং মখোযনা থাবম্বা উপানশিংগী মহৈ ঙসি ফাওবদা চারি। মরম অসিনা মালেম লৈপাক্কী উফুন ওনখ্রবা মখোযগী তৌবিমলগী লমন মখোয়বু অমসুং মখোয়গী সমাজদুবু নীঙশিঙদুনা শিঙসি। মখোয়গী তৌবিমলসিগী মখোয়বু ঈকাই খুম্নবা উৎসি, মখোয়বু ঐখোয়না হান্না ঈকাই খুম্নবা উৎত্রবদি কনানসু ঈকাই খুম্নবীরোয়। মখোয়বু মখোয়গী মবমদমদুনা ঈংনা চীক্লা পোত্থবা তাইবং মপুনা পীনবীসনু।

অমুক হল্লক্লরোইদবা সমাজ মচাদুগী মমল হৌজিক্কী ইতিহাসনা লেপ্পীরসনু। অদুবু ছোয-চাং ওনবগী অচূম-চূমদদুদি থিজিল্লিবশিংনা হক লৌবীসনু।

তাং ১১।১১।২০১০ ইং

বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মা

## য়াওরিবশিংঃ

# খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লৈরম্বা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম)গী ফিবম

"মৈতৈ পাঙল" নৎত্রগা "মণিপুরী মুস্লিম" মৈত্রবাক মণিপুরগী অপূনবা মীওইশিংগী ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপা মী-কাংলুপ অমনি, অকোনবগী মী-কাংলুপ খঙনবা মমিংসি অনৌবনি, অদুগা অহানবগীসিনা থায়নদগী চৎনরকপা মমিংনি। মৈতৈ পাঙল হায়বা মমিংসি মৈদিংঙু তুবী চরাইবোংবা, খোইমোম লাইযিংথৌবু শাইওনব (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) গী সনা মহাকথক্তগী চৎনরক্লে। *[চৈথাঃকুমঃ ২০০৫,৬৬]*।

মৈতৈনা শীজিন্নবিবা "পাংঙল/পাঙল" হায়রিবা ৱাহৈ অসি অহোম (অসামিয়া) শিংনা বাঙ্গাল (বঙ্গদেশ/গৌরদেশ) গী মীশিং অমসুং মখোয়গী মরৈপাকপু খঙনবদা শীজিন্নবা ৱাহৈসিমক পুদুনা মশাগী মরোন্দা হাপচিল্লগা শীজিন্নবনি। মসি অমরোমদা মৈতৈনা "পাসা/পাসী" হায়নসু খঙনৈ। অদুবু মৈত্রবাক মণিপুরদদি "পাঙল" হায়বসিনা বাঙ্গাল/বেঙ্গোলগী অতৈ ধর্ম্ম (হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন, অসিনচিংবা) চৎপা মীওইশিংবু কোনদনা ৱাহৈসিনা মহম্মদন/ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংবুখক্তা খঙনৈ। ৱাহৈসিনা মণিপুরদা চঙলকপা/লৈরকপা মতমগী মমাঙগী মতমদা নৎত্রগা ৱাহৈসিগা থংমুন-নাউমুন ওইনা হৌমিন্নবকপা, মুস্লিমশিংবু খঙনবা ৱাহৈ "মংকন/মংগল/মঙ্গল" অসিসু মৈদিংঙু খাগেম্ব(খৃঃ১৫৯৭-১৬৫২)গী মতমদগী মৈদিংঙু চীঙথংখোম্ব (খৃঃ ১৭৬৩-৯৮) গী সনা হাক্তক ফাওবা চৎনরম্মী *[ মথক্কীসিদা ৩৫ অমসুং ১৭০]*। মণিপুবী মুস্লিমশিংবু "পাঙল" হায়বগা খঙনখ্রিবসি মৈত্রবাক্তা খৃঃ ১৬০৬ তা মীশীঙ য়াম্না তবপ নিংথৌ পানবা লৈবাক্তগী নৎত্রগা পাসাগী মনাক্কী বঙ্গালগী লম অমদগী লাকপা মীওইশিং, হায়বদি হৌজিক্কী মৈতৈ পাঙল ( মণিপুরী মুস্লিমশিংসিগী মপা-মপুশিং অদুনা খুন্দাবা হৌরকখিবা অমসুং থায়নগী/ মমাঙগী ওইবা অহল্লমনশিং অদুনা বঙ্গাল/বঙ্গদেশ (গৌরদেশ, হৌজিক্কী বাঙ্গলাদেশকী শরুক অমা)তগী লাকখিবা/ খুনহোংলকখিবা মীওইশিং ওইবদগীনি।

**মৈতৈ পাঙল খুন্থোক-খুন্দারোন**

মৈতৈ পাঙলশিংনা মণিপুরদা খুনহোং-খুন্থোকলক্তুনা খুন্দা-লৈতারবগী ৱাফমসিগী মশক লেপ্পবা ওইনা লৈরিবসি খৃঃ ১৬০৬ কী পাঙল খুন্দা অহানবসিনি। মসিগী মমাঙ, হায়বদি ১৭ শুবা খৃষ্ট কুমশীঙ চামগী মমাঙগী খুন্দোক অমসুং খুন্দারবগী ৱারম অমসুং লীখুন খরা লৈরবসু ময়েক শেংলবা ৱাফম থম্মনবগী থৌরাংদি ঙসি ফাওবগী ওইনদি

থিজিন-হুমজিনবগী মখাদা লৈরি। হৌজিক মৈতৈ পাঙলগী মপা-মপুশিং অদুনা মৈত্রবাক মণিপুর লৈপাক-নিংথৌ অমসুং মীয়াম খ্বাইনা খঙনা খৃঃ ১৬০৬ তগী হৌনা খুন্দা-লৈতারবগী মথং-মনাউ নাইবা ব্বারমদি খরমখৈ ময়েক শেংনা লৈরে। অদুগা খৃঃ ১৬০৬ কী মৈতৈ পাঙল খুম্হোক অসি হৌজিক্কী মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম) গী মপা-মপুশিংগী খুম্হোক অচৌবশিংগী মনুংদা অহানবনি। খুম্হোক অসি হৌজিক বাংলাদেশ কৌরিবা (খৃঃ ১৯৭১ দগী) লৈপাকসিগী থায়নদগী লৈরক্লবা শ্রীহস্থ/শ্রীহট্টা/ সীলেট সরহদগী মমিং লৌদুনা থোনবা থায়নদা নিংথৌ পানবা লৈবাক কামাতাগী কোনুং ওইরম্বা, বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কোম্পেনীনা লল্লোনবা লাক্লগা রাজনিতি ক্ষেত্রদা চঙশিন্দুনা ভারতবর্ষগী মপু ওইনবা হোৎনরকপদগী পানা ওম্থোক্লুনা থম্লম্বদগী হৌজিক্লা স্বরাজ বাংলাদেশকী সীলেট ডিভিজন/ষ্টেট (Sylhet Division/State) কী মতমদুগী লমখৈ মনুংদা লৈরম্বা/পাল্লম্বা মুস্লিম নিংথৌনা পানবা "সোনার তরফ (Golden Taraf)" কৌবা মুস্লিম (মুসলমান/মহম্মদন) লৈবাক অদুগী বাঙ্গাল/ পাঙল/বাঙ্গালী মুস্লিম সেনা/ লান্মী (খোঙমী) ১০০০ (লীশীঙ অমা), সরদার/ লাঞ্জিংবা ১৬ (তরাতরুক) অমসুং বড়সেনাপতি/লাঞ্জিংলেন-পুরেন মহম্মদ সানী (সাহনী'?) [মৈতৈনা "প্রসেনা (পব/ বড় সেনা) লাঞ্জিংলেন" নৎত্রগা " মংকন নিংথৌ সায়ি/সাই" হায়না কৌবনা ডিমাসা (ডি-ঈশিং, মা/মহা=অচৌবা, সা= মচা/মী)/কছাড়ী (অহানবা মী) শিংগী লান পাংবা লাকপদগী থোক্লকখিবনি। মখোয়গীদমক্তা লান পাংবা লাক্লিবা তরফকী মুসলমান লান্মীশিংদুনা লান শোক্লফম লানফমদা লৈহৌবগা লান্দাবগী থৌরম মপু ওইবিবা কছাড়ী লান্মীশিংনা লানফম থাদোক্লুনা চেনখ্রবদা খুরোই হাওরা লমলাংতোং (লম্মাংদোং/ বিষ্ণুপুর) গী য়াঙ্গোই তুরেল মপান্দা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরিবা মুস্লিম তেঙ্গোন্দু মৈতৈনা তোপ অনী য়াওনা নোংমৈ কাপশিন্দুনা হোৎনবদা তেঙ্গোলদু থুগায়বা ঙম্লমদে। মদুদগী মৈতৈনা মখোয়বু লৌশিংনা শামু ফাবগী লৌ, পোবম অমসুং পোরোন/পোফম শীন্দুনা তায়শিন্নবা ব্বাবী শাশি হায়দুনা মৈতৈগী লানশঙদা কৌবগা, অদুগা অমুকসু সান্ধি তৌনবদা খূৎশূ-খূৎলাই থম্লবম্লগা ঙাংনসি হায়দুনা খূৎলাই লৌথোকহল্লগা ব্বারী শানফম লানশঙদা চঙনরগা মুক্লাগী লৌনা নমদুনা মখোয়বু ফাখিবম্মী। মদুদগী মখোয়বু মৈত্রবাক্তা খুন্দা-লৈতাফম পীদুনা খুন্দাহল্লকখিবনি। মখোয়সি অমসুং মখোয় মতুং ইল্লকপা মুসলমানশিংসি মতমদুদগী হৌনা মৈত্রবাক্কী প্রজা অমমম ওইনা মৈত্রবাক্কী লৈঙাক-লৈকনগী মায়কৈদা অমসুং লৈঙাক্লোন থেঙখাঙ কয়াদা তশেংনমক থৌদাং য়ারকখিবা অমসুং লৌরকখিবা — লান্মী, শীন্মী, লৌমীনচিংবা ওইরকখিবা ঙাক্তনি। মখোয়না খূৎশা হৈবগী, লৌ-ঈংখোলগী পোথোক পুথোকপগী অসিনচিংবা হিরম খুদিংমক্তা শরুক য়াবকখিবা অমসুং লৌবকখিবা মীওইশিংনি।

খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লৈরম্বা মৈতৈ পাঙলগী ফিবম

**মেয়াই, মকক্, ইফমচিংবা**

খৃঃ ১৬০৬ কী মৈতৈ পাঙল খুম্হোক/খুন্দা অচৌবা মৈদিংঙু সেনবী খাগেম্বা সনা হাক্তক্কী মথক্তা পঞ্জরিবা/খুল্লাকপম, ফুসম, কোরীময়ুম, চেসম, পুখ্রীময়ুম, ফুন্দ্রেময়ুম, বগীময়ুম,মোইনাম, অসিনচিংবসিগী মতুংদদি পাঙল খুম্হোক মচা-মচাশিং কয়ামরুম নোংচুপলোমগী মংকল/মঙ্গল মোঘল লৈপাক ভাবতবর্ষদগী খুনহোংলক্তুনা খুম্হোল্লককখি। মখোয়দুগী মনুংদা মমিং-মথা শীঙথাবা য়াবা, মখোয়দুগী মতুং তারকপা মণিপুরী মুস্লিম সমাজদা মরু ওইবা ওইনা থৌদাং যারকখিবা পাঙল শাগে খরগী পুকোকশিংনচিংবদি ঃ-

১) *সয়েৎশিং/মীরশিং ঃ*- খৃঃ ১৬০৮ দা তরফ সনা লৈপাক্তগী সয়েৎ অম্বিয়া, সয়েৎ অব্দুলা অসু সয়েৎ কালকা হুসেন্না লুচিংদুনা মান্তকুপ, কানসিং মিন-সেক, অপু খান অমসুং চম্বীয়া য়াওনা হিন্দুগী মীওইশিংগা লোইননা মীওই ৩৭ না শাবা মীরুপ অমা মৈত্রবাক্তা থোল্লককখি। হায়রিবা সয়েৎ ৩ (অহুম) সিনা হজ/লাইফম (অতৈ) চৎপগুম মৈত্রবাক্তা কোয়রকপদগী মফমসি ময়ুম মকৈ পান্দুনা চাদা নাউদাদুনা মেবাই ময়ুমগী পুকোক অহুম ওইরকখি।

২) *মঙ্গল/মকক ঃ* - খৃঃ ১৬৭৯ দা মোঘল সম্রাজ-বাদিগী লৈপাক্তগী লাল্লুগা মতম খরা মকক লৈবাক (হৌজিক নাগা লেণ্ডগী মকোকচুঙ/মককচুঙ টাউন্দা য়ুম্ফম ওইবা লৈপাক/লমদম) তা ফাইদুনা থৈদুনা নিংথৌমচাশিংগুম লৈরম্বা মোঘল নিংথৌমচা অনী-সুনাব ফুল অমসুং লুখিয়া ফুলনা লুচিংদুনা মীওই ৩৭ না শাবা মীরুপ অমা অমুক থোল্লুখি। মখোয়গা লোইনরক্কিবা মীওইশিংদুগী মনুংদা মখোয় থাদনা মুস্লিম মীওই ১২ (তরানিথোই) মমিংশিংদি - মিলিয়া সেক/শৈখ (Shek), মালতুলাম সেক, লৈথৌ, সেক চারি (জলিন), পোইনম-চান/জান, মহম্মদ সা(হ) অকুন সেক, ইসমান খাঁ, প্রতাপন, অমুন, উখাঁ তোলোৎ, হৈৱান সেক অমসুং উরাক খাঁ - যাওরকখি। মখোযশিংসি পূন্না মোঘলগী লৈপাক্কী মচী অমদগী লাকমিন্নখিবা মাল্লি। অদুবু মণিপুরদা খুন্দারবদদি লম তোঙান-তোঙান থাপ্পনা (ককচীঙ অমসুং কৈনৌ) খুন্দা লৈতানখি। সুনার ফুল অমসুং লুখিয়া মচীন-মনাউনা মককময়ুম শাগেগী পুকোকশিং ওইখি।

৩) *পাঠান/ইফম ঃ*- খৃঃ ১৬৮৮ দা মতমদুগী মোঘল বাদশাহগী লমখৈ মনুং ওইরিবা গুজরাটতগী পোতোন খাঁ, সলিম খাঁ, মিন খাঁ, লুকমান খাঁ অমসুং তিল্লেন খাঁ মৈত্রবাক্তা লাঞ্জেল্লক্তুনা খুম্হোল্লকল্মী। মখোয় অসিনা "ইফম" হায়রিবা শাগেগী পুকোকশিং অমসুং লৌবুকতোংবমগী পুকোক ওইখিরম্মী।

৪) *অনীশুবা পাঙল-খুম্হোক অচৌবা ঃ*- মৈদিংঙু গবিবনৱাজ মহারাজ (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) গী সনা হাক্তক্তা থোংনাং তখেন অমসুং শেনবী ঔৱা অনীনা

লৌতুনদুনা খৃঃ ১৭২৩-২৪দা মতম তাঞ্জা অমতন্দা নোংচুপ অমসুং নোংপোক্ত গী থাঙচপ্লনা মণিপুরদা লান্দারকখিরম্মী। [*মথক্কীসিদা, ৮৪*]। মৈদিংঙুসিনা ৱাংজীঙদা ঔৱাশিংগা তমথীরবা মওংগী লান শোক্লদুনা য়েক্লবা ঔৱাশিংবু মায়থীবা পীবগা সনা কোনুংদা হল্লকখি। মথংগী নুমিৎ ৯ (মাপন)নিঙ্গুবদা মৈদিংঙুনা হান্নদগী তেঙ্গোন শাদুনা ক্লাক্তাদা নুমিৎ ২৮ নিরোম লৈববা মৈতৈ লাম্মীশিংগী মনাক্তা চৎখিরম্মী। মৈদিংঙুনা থুংলুবা নুমিৎ (খৃঃ ১৭২৪ গী ফেব্রুৱারী অরোয়বা চয়োন) তগী লান শোক্লবা হৌখি। অদুবু তখেলশিংনা মথং নুমিৎকী অহিংদা লানফম থাদোক্তুনা চেন্নরকপদগী তখেল লাম্মী মরক্তা য়াওরকপা মুসলমানগী মীওই ১০০০ (লীশিং অমা) লানফা ওইনা ফারগা মখোয়গী খুন্দাফম পীদুনা মণিপুবদা লৈহনখি। অদুবু হায়রিবা গরিবনৱাজ মহারাজগী মতমগী লানফা মুস্লিম ১০০০ সিদি মণিপুরগী চহী তরেৎ খুন্তাকপ (খৃঃ১৮১৯-২৫) নচিংবা খুন্তাক-লানশি (Desertation) কয়াদা মণিপুর থাদোক্তুনা লাম্থে-লাঞ্জেনখিবশিংদগী মণিপুরদা অমুক হঞ্জিল্লকখিদ্রে। মখোয়-মখোয়না অপাম্বা লৈপাকশিংদা লৈনখ্রে।

*৫) খুন্থোক অতৈ অতৈ ঃ-* মথক্কী খুন্থোক অচৌবা অনীগী মমাঙদা, হায়বদি খৃঃ ১৬০৬ কী মমাঙদা মণিপুরদা লৈপাক নিংথৌনা খঙদনা মুস্লিমগী মীওই খবদি লৈরম্লে। মখোয়দু মৈতৈ পাঙলগী য়ুম্নাক/শাগৈ "অরিবম" হাযবসিনা শাক্ষী ওইদুনা অমসুং প্রমাণ তৌদুনা লৈরি। অদুগা অচৌবা খুন্থোক অনীসিগী মবক্তা পীখিবা খুন্থোকশিংদু নত্তবা অতৈশিংসু লৈরম্বা য়াই। অকোনবগী খুন্থোক অচৌবসিগী মতুং তারকপা মতমশিংদা ভারতবর্ষগী মফম কয়াদগী, মরু ওইনা বঙ্গদেশতগী মুস্লিমশিংনা কাংলুপ মচা-মচা নৎত্রগা/অমসুং নাইতোম-নাইতোম ওইবা মীওইশিংনা খৃঃ ১৮৯১ ফাওবদা মণিপুরদা খুন্থোক্লকখি।

**খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা ওইরম্বা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম)গী ফিবম**

ঙসি মণিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম)শিংগী মপা-মপুশিং অদুনা খৃঃ ১৬০৬ কী মমাঙ অমসুং মতুংগী মতমশিংদা বঙ্গদেশতগী নৎত্রগা বঙ্গদেশ ফাওদুনা লাক্লগা মণিপুরদা খুন্দা-লৈতারবা মখোয় মখোয় হান্নগী খুন্নাইগী/সমাজিক মনাৎ, লীচৎ-শাজৎনচিংববু কাউথোক-থাদোকখিদুনা মণিপুরদা মখোয়গী মঙ্গল/মুস্লিম খুন্নাই অমা তোপ্পা লীংদুনা লৈপাকসিগী লৈমা-নিংথৌ অঙম-অথৌ, অচৌ-অশাংনচিংবা লৈপাক খ্বাইনা শকখঙ-মায়খঙনা মৈত্রবাক মণিপুরসিগী নৎত্রগা মৈতৈ/মণিপুরী জাতিগী লৈপাক খ্বাইনা য়াননা শকখঙ-মায়খঙলবা মী কাংলুপ অমা ওইখিবসিদি মৈদিংঙু/লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তগীনি। মখোয় পাঙল/মুস্লিম্মা লৈপাকসিগী পানা মচা (জেনরেল ক্লাস ওফ মৈতৈ/মণিপুরী সোসিয়েল ষ্ট্রেটিফিকেসন) গী থাক্তা খ্বাইনা শকখঙ- মায়খঙদুনা পানাগী চহীগী মশান্নশিং শান্নবা য়াওদুনা অমসুং মশানা

শরুক য়াদুনা মখোয়গী ফুরুপ কাংলুপকী মশক লেপ্লকপা অমসুং লৈবাকসিগী লৈঙাক লৈকল্লোন, ৱায়েল থৌদারোন্নচিংবগী লমদাংশিং অমসুং খোংথাংশিংদা মখোয়গী ওইবা তোঙানবা লোইশঙ অমা 'পাঙল লোইশঙ' মিংথোন্দুনা মৈতে কোনুংলেন কংলাগী মনুংদা শঙ শাদুনা লীংখৎখিবসি খৃঃ ১৬০৬ অসিমক্তদগীনি *[মথক্কীসিদা, ৩৩]* ।

মণিপুরী মুস্লিমশিংগী মপা-মপুশিং অদু মতমদুগী (খৃঃ ১৬০০-১৯০০) মৈতৈশিংনা নৎত্রগা ভারত্তা লৈরিবা অমসুং লৈরম্বদগী মণিপুরদা লাক্কুনা খুন্দাবরবা হিন্দুশিংগা অমদি নোংপোকলোমগী ঔৱা/বর্মীজ (ম্রাম্মা/ম্যাম্মা) শিং, কবো/ শানশিংগা খুন্নাইলোনগী ওইনা লৈরিবা লাইনীঙলোন, অমদি লাইনীঙলোনগী লাইনীঙ, লাইরাৎ-থেল্লাৎ, ঈরাৎ-থৌনী, লাইমিং-তীনমিং,লাইশোন-তীনশোন্নচিংবদা মান্নদ্রবা, তশেংনা খেন্নরবা অমসুং মরী নক্লদ্রবা মী-কাংলুপ অমনি। অদুগা মখোযগী ইস্লাম ধর্ম্মসি চৎপা/ইনবা পৃথিবীগী লৈপাক খুদিংমক্তা মাইনোরিতি মিংথোল পক্কুনা লৈপাক পুম্নমক্তা লৈরিবা অতৈ মুস্লিম জাতি/কাংলুপ/ফুরুপশিং অমতগসু মচৎ-শাজৎ, ফিজেৎ-চাকচা, য়ুমলৈ-কৈরৈ, মমারোন অমসুং জগোয়-ঈশৈগী মনাৎশিং মান্নদে, তোঙাল্লি। হৌজিক মান্নরিবা পুম্নমকসিদি খৃঃ ১৯১০ গী মতুংগী মণিপুরী মুস্লিম কলচরদগীনি। অদুগা মৈতে পাঙলশিংগী মপা-মপুশিং অদু মীওইবা জাতিগী মনুং চনবা মীওইবা ওইনা হিংননবগী লম্বী, লম্বীসিগী পরীং অমসুং পরমদদি শীল্লম-শীন্থা/ শীন্থোঙ-শীন্নশৃ অয়াম্বা তোপ্ন-খেন্নদনা থৱায় পানবা জীব নৎত্রগা অহিংবা/অচঙবা হকচাং পুবিবা থৱায় পানবা অমমম ওইরিবা মীশিংনা শাবা মীওইবগী ফুরুপ/কাংলুপ মচা অমমমগী খুজীংশিংনি অমসুং মখোয় খবদুনা পুনশিল্লগা মৈতে পাঙলগী খুন্নাই [Meitei Muslim Community/Society] হৌদোক্কুনা লীংখৎপীরম্বনি। মরম অদুনা মতুং তারকপা মণিপুবী মুস্লিমগী অহল- লম্মনশিংনা চৈকোক্কী অহল-লম্মনশিংদুগী তৌবীমল কাউদনা মখোয় মৈতে পাঙলশিংসু মখোয়না মুস্লিম ওইনা হিংবগী মমল লৈহন্নবা হিরম-ৱারম কয়াগী থবক-থৌরম কয়া পায়রমদবা, থৌশীল-থৌরাং কয়া লৌখৎলমদবা অমসুং মথৌ-মঙম কয়া তৌরমদবা নত্তে। হায়রিবা ৱাফমসি খৃঃ ১৯০০ গী মতুংদা লৈরম্বা, তাইবংপানবগী মথৌ লোয়বদুনা কবরদা পোথাখ্রবা মুস্লিম অহল-লম্মনশিংদুগী ৱাফমদসু অমসুং মায়কৈদসুনি।

মৈতে পাঙলশিংনা মখোয়গী মচীনঙৈগী সমাজনিতিগী তাংকর্কাশিংদগী হৌনা ইস্লাম ধর্ম্মগী উলমাশিং (ULMA-S) গী অমসুং শৈখ-উল-ইস্লাম (Shaikh-Ul-Islam) গী ইস্লামিক থীওরী ওফ ষ্টেট (Islamic Theory of State) কী সুন্নি মুস্লিম ধর্ম্মগী লায়াৎ লমদাং ৪ (মরি) গী ৱায়েল-ৱাখুনশিং [Four Schools of Muslim Laws Commented by four renown Sunni Muslim Sages] বু থৌশা-থৌওইদবা অমসুং চেৎনা লুনা খন্থকদবা নত্তে। হায়রিবা লায়াৎ-লমদাংশিংদুদি ঃ-

### 1) THE HANAFI SCHOOL

This school was founded by ABU HANIFA. This is the most important school. This school is also known as " KUFE SCHOOL". Beside Abu Hanifa his two pupils, namely, Abu Yusuf and Imam Muhammad Ash Shaybani, contributed a lot for the development of this school. The FATAWA-I-ALAMGIRI Contains the important doctrines of this school.

### 2) THE MALIKI SCHOOL

This school was founded by MALIK IBN ANAS. Malik's contribution to the Islamic law are the art of interpretation by reasoning and the development of Islamic Jurisprudence based on the KORAN and HADIS.

### 3) THE SHAFEI SCHOOL

This school was founded by MUHAMMAD IBN IDRIS ASH-SHAFEI. Originally he was a pupil of Malik Ibn Anas, but subsequently he founded a new school of Islamic law His principal contribution are the doctrine of QIYAS, IJMAA as a source of law. His famous work is KITAB-UL-IJMM.

### 4) THE HANBALI SCHOOL

This is the school of the traditionists who followed the principal of law, modified by AHMED IBN HANBAL a pupil of IMAM HANBAN, TAAT-UR-RASUL and KIITAB-UL-ALAL

*[H.K S. 1987, 70].*

অসিশিংসিনি। হায়রিবা ব্রায়েল-ব্রাখুনশিংসিদা পুক্লীঙ হকচাং লুপশিন্না থম্বা ঙমদবগুম উরিবসি হিংননবগী লানফমদা থাঙশাং হাইগত্তুনা যেক্লবা তম্না চেনশিন্নরিবা মতমনি অমসুং মখোযগী মতমদুগী খা-নোংপোক এসিয়াগী অব্রাং-নোংচুপগী চীদাই ওইরবা অমদি খা-এসিয়াগী অব্রাং-নোংপোক্কীসু লাংদাইফম ওইবিবা মফমসিদা লৈরুবনা মখোয়সু লমদমসিগী শা-লানগী, শাফম-লানফমগী নৎত্রগা লান্দা-লানকনগী থৌওং-থৌদৌশিংনা মখোযবু খুনবান-লৈপানগী আইন্দগী শাথেং-লাস্থেংনবগী আইন্না হেন্না লীচিং কন্না চিংখিরম্মী। তশেংনমক মণিপুরগী ইতিহাসতি শা-লানগী ইতিহাসনি। মবম অসিনা হিংননবগীদমক্তা মখোয়না থাঙ হাইখি, চোং-ফনখি, নোংমৈ কাপখি অমসুং শাফা--লানফাখি।

## মৈদিংঙু খাগেম্ব (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) গী সনা হাক্তক্তা

মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তক্কী খৃঃ ১৬০৬ তগীদি মৈতৈ পাঙলশিংনা মৈত্রবাক মণিপুরদা তঙ-তানা ময়ুম-মকৈ লীংদুনা খুনবান-লৈপানবা হৌরকখি। হায়রিবা মুস্লিমশিং অসি মীনা লান্নেক্কুনা লান পাংবা লাকখিবনিনা মখোয় নুপীশিং অমসুং মচা -অঙাংশিং লোইনরক্তে। মরম অসিনা মৈদিংঙু সেনবী খাগেম্বনা মহাক্কী মতমদুগী মীশীঙ য়ামদ্রবা মরৈবাক অদুদা মীশীঙ হেনগত্তুনা মীকোক মশীঙ য়ামখৎহন্দুনা খুনজাওনবগী লৈঙাক্লোনগী, খুন্নাইলোনগী অমসুং শেন্দান-শেনচৎলোনগী পরীং-পরমদা তারিবা লৈপাক /জাতিগী মপাঙ্গল কনখৎহন্নবগী অমসুং হিরম কয়াদা খুৎকন-পাঙ্গন্নবগী থৌশীল অমসুং থৌরাং লৌখৎলকখি। হায়রিবা থৌশীল-থৌরাংসিগী পান্দম মখাদা অমসুং মখোয় মীরৈবাকচা পাসা/পাঙল (মুস্লিম)শিংদু মখোয়না হান্না লৈরম্বা মরৈবাক লমদমদুদা চেনখিদনবা অমদি তুমিন্না লোন্না চেন্নীঙদনবা নৎত্রগা চেনবা য়াদনবা খুজীন-পোশীনগী মীৎয়েংদা মখোয় খুদিংমক্তা মৈতৈ নিংঙোল/নুপী অমমম থাজদুনা তান্নোই/মতু ওইনা পীশিন্দুনা মবৈপাক মরমদমদা তাক্লমদনা/খঙহন্দনা চৎখিবা য়াদনবা থবক লৌখৎখি। হায়রিবা থৌশীন-থৌরাং/খুজীন-পোশীন অদুগী মতেংনা মতমদুগী তুংলমচৎ ওইবিবা মতুং তারকপা মতমশিংগী মীবোনশিং অমসুং ঙসিগী মীরোন অসি ফাওবদা মৈতৈ পাঙলশিং শমথরক্কুনা লৈরিবা অসিনি। মবম অদুনা ঙসি-ঙরাং অমসুং নহানগী মৈতৈ পাঙল, খৃঃ ১৯১০ গী মতুংগী মণিপুরী মুস্লিমশিংনা মপা ময়াং/বেঙ্গোলীগী মরোনশিং লোন্দ- ঙাংদনা মখোযগী মমা-মমা মৈতৈ নিঙোলশিংগী মরোন মৈতৈলোনখক্তা ঙাং-শক্তুনা লোন অসিনা মমারোন ওইরিবসিনি।

মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তগী লৈবকপা মৈতৈ পাঙলশিংগী লৈপাক থৌদাং পুবা অমসুং নিংথৌগী থৌদা, থৌগায়নচিংবা পাঙথোক্ল-থৌশীল-থৌরাংবা পাঙল লোইশঙ অমদি মশানা য়ানা চহী অম(নুমিৎ ৩৬০ নিনা শাবা) দা থা অহুম লাল্লুপ থৌদাং পুবগী লৈপাক-নিংথৌ থৌখন থৌদা চথ্দুনা লাকখি।

### (১) মৈদিংঙু খাগেম্ব'-খুন্নাইদা পাঙলগী শক্তম

মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তা মৈতৈ/মণিপুরী সমাজদা তাবিবা মৈতৈ পাঙলগী শক্তম অসি মতমসিগী তুংলমচৎকী মৈতৈ খুন্নাই/সমাজশিংদা চাদা-নাউদা মখা শমথরকপা মৈতৈ পাঙলশিংগী শক্তমশিংদুগী ফিবম, পান্দম, পাদম অমসুং ফিরেপ লৌনফম্লি। হায়রিবা সনা হাক্তকসিগী খৃঃ ১৬০৬ তা লীংখৎখিবা পাঙল লোইশঙ নৎত্রগা মংকল শঙ [office/Institution of the Bengalee/Maughal Ethnic Islamic People] অসিনা মতমদুগী খ্বাইগী ওইবা থৌ-ব্রাগী হিরম পূম্নমক্কী ওইবা মথৌ-মঙম পূম্নমক পুই অমসুং থৌদাং খিবিকসু লৌই। হায়রিবা লোইশঙসি মুসলমানশিং কচরী [ কচহরী হায়বা ব্রাহৈসিগী লোন্থৈনি, অর্থনা কোর্ট

ওফ লো (Court of Law) হায়বনি] থবকশিংসু অদুম্মক পুরকখি অমসুং মসিনা মণিপুরদা লৈরিবা পাঙল খুন্নাই অদুগী মীহাৎ- মীশি, মীফা- মীপুন, হাৎন-শুনবা, অসিনচিংবা ফৌজদারী-মুকদ্দমা (Criminal case) শিং অমসুং মীচম মশেন খৎন-চৈনবা, য়েনা-শুনবা ফুনা থানবা, কাওনা-থিন্নবা, লৌ ঈংখোল মুন্নবা, লৌরী য়ুম্ফমগী খৎনবা অসিনচিংবা দেৱানী মুকদ্দমা (Civil case) শিংগী ৱাকৎনবশিংগী ৱায়েন-চৈরাকপা, ৱাতেম-ৱাতাইবনচিংবসু অদুম তৌরম্মী। অসুম্না লোইশঙ/কচহরীসিনা হিরম খুদিংমক্কী থৌশীল থৌরাং পূম্নমক্কী থৌদাং, থৌগায় অমসুং থবক পূম্বা লৌননবা পরম য়াৎলবা পাঙল/মংকন-শঙনি।

খৃঃ ১৬০৮ দা মৈত্রবাক্কী পাঙল খুন্নাই [Muslim Society] অদুগী অমসুং মতুং তারকপা মতমশিংগী মহম্মদন/ইস্লাম ধর্ম্মগী লাইনীঙ পরম, য়াৎলরিবা, ধর্ম্মসিগী লাই-তীন, লাইশোন- তীনশোন, লাইনীঙলোনগী পথাপনচিংবদা থৌদাং লৌখিবা অমসুং মতুংদসু খ্বাইগী থৌদা-থৌগায় পুররিবা মীওইশিং অদু খুম্হোক্লক্কুনা লৈররে। মখোয়না মুস্লিম লাইনীঙলোনগী য়ুম্নাক শাগৈ লেপ্লগদবা মওং মতৌদা শেম-শাখ্রে।

মথক্কী ৱাফমশিং অমসুং মরম অসিদগী হৌজিক্কী মীৎয়েংদা তারক-উরক্লিবশিং মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তকসিদা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী অহানবা অমসুং অহৌবা থাক্কী অমসুং মতম তাংকক্কী ওইনা মুস্লিমশিংগী খুন্নাইদা লৈঙাক্লোনগী পরীংদা সৈন্যবহিনী (Territorial/Local Militia) গী খুন্নাই-মচা অমসুং সমাজিক নিতিগী ধর্ম্মিক পন্থী (Religious culturists) গী পরীংদা লৈবশিংগী খুন্নাই মচা অমা অনী থোক্লা মশক উরকখি। অদুবু খুন্নাই মচা অনীদু অমগা অমগা খৃৎশম্নবা অমসুং অমনা অমগী মখাপোন্নবগী মশক শেংনা লৈবম্মী। হায়রিবা মতমসিগী মৈতৈ পাঙলগী মপা-মপুশিং অদুগী অমসুং মখোয়গী অপূনবা খুন্নাইদুগী য়ুম্বান-কৈবান, ফিজেৎ- ফিথোন, চাকচা-য়ুথক, লাইনীঙ-লমচৎ, হৌন-লোনচৎ, শাজৎ-লীচৎনচিংবগী হিরম/মতৌ খবদা খেন্ন-তৈনবা, তোপ্ন-মান্নদবনচিংবগী লমদাংশিংদা মমি তাদবদি নত্তে। মসি চৎলম - লুপতীন মান্নবশিং পুনশিন্দুনা শেম্লকপগী অহানবা লেঙবা বৈজয়ন্তী মালা (মচু মঙাগী লৈ পরেং) দুনি। অদুগা হান্ননা লৈরম্বা মৈতৈ খুন্নাইদসু অহোংবা অওনবগী মশক কয়া লাকখি। খুদম ওইনা নুবিয়া শৈখ/শেখ (ফুশম শাগৈগী পুকোক) না হান্ননা লৈবম্বা ফু/চফুশিংদুগী মথক্তা মহুপ-কুপ্না ফুওৎ ফজবা পাঙলপুল/ঈরাৎপুল (ঈশিং লাংনবা/শোক্লবা/কৎনবা চফু) শাদুনা পুথোক্লককখ্রিবদুনি। অদুবু মসিশিংসি লমদম থাপ্না-তাম্না/লাপ্না লৈখ্রবা পাসা/বাসা/বঙ্গগী লমদমদগী মফমদুগী বাঙ্গলী খুন্নাইদগী লাকপা/খুন্দাববা মীওইশিংনিনা মতম খরগী ওইনা খরমখৈ থৈন-তৈনবগী ৱাফম্নি।

## (২) মৈতৈ অমসুং মংকন (মোঘল)

ভারতবর্ষগী বঙ্গদেশতগী হৌদুনা অৱাং-নোংপোক্কী লমদমশিংদা গ্রীগোবিয়ান কুমশীঙ চামা ১৩-১৪ শুবদগী য়ুমলিং-খুল্লীংদুনা পাল্লক্লিবা ১৬ শুবা গ্রীগোঃ কুমশীঙ চামা ফাওবগী মমাঙগী মুস্লিমশিংসি অফগানী মুসলমান ঙাক্তনি। *[ R.C.M. 1978, 459]* । মখোয়গা মোঘলশিংগা মোঘল বাদশাহ জাহাঙ্গীর ( খৃঃ ১৬০৫-২৭) গী মতমদা বেঙ্গোলগী গভর্ণব ওইনা ইস্লাম খাননা পুরিডৈ খৃঃ ১৬১২ গী মার্চ ১২ দা লান শোক্লখি। লান্দুদা মখোয়গী লুচিংবা লানজিংলেন-পুরেন উসমান খান মকোক্তা খূৎলাইনা শোক্তুনা লৈখিদবদগী মায়থীবা ফংখিরম্মী। হায়রিবা অসিগী মতুংদগীদি মোঘলশিংসিনা অৱাং-নোংপোক্কী কামরূপ, কছাড়নচিংবা লমদমশিং/লৈপাকশিংদা লান্দাদুনা লোইপোৎ লৌবা, লম তকশিনবা, অসিনচিংবদা খুমাঙ চাওশিন্না চঙশিল্লক্রম্মী। মোঘল লান্মীনা ইস্লাম খানগী মখাদা লৈবা লান্মীগী লুচিংবা/লাঞ্জিংবা, লাঞ্জিংলেন্নচিংবা কয়া শীজিন্নদুনা কামরূপ, কছাড়নচিংবা লৈপাকশিং মখোয়গী লোইলমগী মখাদা থম্লম্মী। মোঘলশিংনা কছাড়ীশিংগা থেংনখিবা লানথেং-লাল্লোংগী ঈ পাউদি ঃ-

> সম্রাট জাহাঙ্গীরের রাজত্বকালে ১৬১২ খ্রিঃ দু-বার কছাড় মোগল অভিযান হয। দ্বিতীয় অভিযানে বর্তমান করিমগঞ্জ জেলাব অন্তগর্ত প্রতাপড এবং অসুবাইটিকর ডিমাসাদের হস্তচ্যুতে হয। মীর্জ্জা নাথনেব Baharistan-I-Ghaybi গন্থে এই যুদ্ধের বিবরণ আছে। নালমীন্দ্র কুমার বর্ম্মন এ সম্পকে লিখিছেন, - The first invasion took place during the reign of the Emperor Jahangir led by Islam Khan, the Governor of Bengal. They were boldly encountered by the Herambo king, Upendra Narayan leading the force himself. He faced the Muslim near Patharia in a battle in which his army was out numbered by the Muslim soldiers. Upendra Narayan was killed but his son, Satrudaman and his heroine wife replaced him and rallied his forces against the odds. As a result of which the Muslim commander was killed and his forces got disorganised and retreated ( The queens of Kachar Herambo and the History of the Kachari, Borkola, Bijoypur, Cachar, 1974, Page - 107 ) *[ S.U. G, 2006, (viii) ]*

অসিনি। মথক্কীসি হায়নদুনসু মোঘল লান্মীশিংনা খৃঃ ১৬১২ গী মতুং মতম খরদগী মতমদা মখোয়না অৱাংথংবা কছাড়গী শরুক্তা লৈরিবা কছাড়ীশিংগী কোনুং পায়শিনখি।

মোঘল সম্রাজবাদীশিংনা মখোযগী বঙ্গদেশকী সুবদাব(Governor) গী লাঞ্জিং

মখাদা অরাং-নোংপোক থংবা ভাবতবর্ষগী চীঙলক-মাল্লক্কী লমদমশিং অমসুং লৈপাকশিং লোই চনবা অমসুং লম শন্দোকপগী থৌশীন অমসুং খোঙথাংদা কামরূপ, অহোম অমসুং কছাড়ী/ডিমাসাগী লৈবাক 'হেরম্বো' লোই চনখ্রবা মতুংদা লমদমসিগী চীদায়দা মনীঙ-মখা তম্না পাল্লিবা মৈত্রবাকসু লোই চন্নবগী থৌরাং লৌখৎলক্লম্মী। হায়রিবা থৌরাংসিগী অরোনবা শরৌংদা মৈতৈ নিংথৌ ফাননবগী থবক লৌখৎ-পায়খৎনবা ব্রা তানরম্মী। অদুগা তৌগদৌরিবা অরোনবা শরৌ লাংথাক্কী খুজিন্দুদি মখোয় মখৈ খঙনরগা অফোঙবা লাল্লোংদা পুথোক্তুনা রাজনিতিগী সম্বন্ধ(Political Alliance) থম্নবগী মওংদা উৎননবা হোৎনবদা মখোয়গী মতেং পাংবা ঙমগদবা মী থিরম্মী। মতমসিদা মখোয়না কছাড় লৈপাক্কা তাইনরিবা মণিপুরগী মনুং চনবা মণিপুরগী নোংচুপকী চীঙশাংশিং অমসুং চীঙগী লমদমশিংদা খুন্দারিবা কবুই (হৌজিক্তদি রোংমৈ, লিয়াংমৈ, জে-মৈ, অসিনচিংবা মিংথোনশিং মশা মশানা থোঞ্জদুনা লৌনখ্রে) চীঙমীশিংগী খুঙ্গংশিং- কবুই লাংখোং, লুখম ই/লুখম্বী (লুখমই/লুখমৈ), হৌজোং/হাওচোঙ, ইংথি, ময়ুরোন, থোল্লাং, থৌপুম, পোংনাম, অখুই, পালোক/ভালোক (ফালোক) অমসুং ব্রাইরংবা - হায়বা/ কৌবশিং অসিগী মনুংদগী-অমগী খুঞ্জা কবুই আসাম/অসম কৌবা চীঙমী কবুই নুপা অমা মখোয়গী থবক্তুদা তেংবাংনবা ফংলম্মী। মোঘল সিপাই সর্দ্দারশিংদুনা কবুই অসমবু খূৎলাই ওইনা শীজিন্নদুনা মৈতৈ নিংথৌগী কুচু থৌদাফমদা লাইবার (Envoy) ওইনা থারকখিরম্মী। অদুগা মহাকপু মৈতৈ নিংথৌদা মোঘল অমসুং মৈতৈ অনীসি লৈঙাক্লোনগী খোঙথাংশিংদা লাল্লোইবা (Ally) ওইনবা অমসুং মরুপ-মপাং ওইবা লৈপাকশিং ওইননবা শক খঙননীঙবা অমসুং উনদুনা ব্রারী - ব্রাতাই শাননীঙবগী ব্রাফম ফোঙদোকহনবগা লোইননা উননবগী মফম ঘাত্তি হিথেন [থ্বাই/বরাক তুবেনগী হিরানফম, হৌজিক্কী তমেংলোং ডিষ্টিক্টকী তামৈ সব-ডিভিজনগী লাংপরম খুঙ্গং লৈরিবগী মপাদা লৈরম্বা হিদেন/হিরানফম ] দা উন্নসি হায়দুনা খৃঃ ১৬১৫ দা পাউকৎহল্লম্মী(বার্ত্তন তৌহল্লম্মী) *[চৈথাংকুমঃ, ২০০৫, ৩৫]*।

মোঘলশিংদুনা মতমদুদা শীল্লিবা অরোনবা শরৌ-লাংথাক অদুদি- মৈতৈ নিংথৌবু মখোয়না হি থৌরাং তৌদুনা ওক্লনবা অমসুং হি লান্নবা অফবা শাদুনা শীন-লাংগদবনি। হি অদুগী হিনাউগী হিমৈদা য়োৎলী থাংদুনা য়োৎলীদু ঈশিংগী লৈমায়গী মখাদা মী অতোপ্পনা উদ-খঙদনবা পুরক্লগা মোগল লান্মীগী লানশঙ মনুংদা পুশিল্লক্তুনা লানদুদগী য়োৎলীদু চিংদুনা হি অদু মোঘলগী মায়কৈরোমদা লৈরিবা তোর্ব্বানলোমদা চিংশিনবা য়ানবা শেম-শাগদবনি। মৈতৈ নিংথৌনা হায়রিবা হি অসিদা হেক তোংখৎপগা মোঘল লান্মীশিংনা নোংমৈ কাপ্তুনা মখোল থোকহনগদবনি। নোংমৈ মখোল হেক তারকপা মিকুপ্তুদা য়োৎলী থাংবা হিদুগী য়োৎলি য়ারিবমখৈ থুনা মোগল লান্মীশিংগী লানশঙ লৈরিবা তোর্ব্বানল্লোমদা চিংশিনগদবনি। অসুম্না হিদুদা মৈতৈ নিংথৌ য়াওরক্তুনা

*মোঘলগী মায়কৈদা থুংলগনি*, *অদুগা নোংমৈগী মখোলদুদা মৈতৈ লান্মীশিংদু কিদুনা* করিসু তৌরকপা ঙস্মোয় অমসুং অসুম্না লান তৌনদনা মৈতৈ নিংথৌবু ফাগনি অর্মাদ মাগী মরৈপাকপু লোই চনগনি- হায়বসিনি। মখোয়গী ফত্ত-লৌশিংগী অরোনবা শরৌসি তৌরক্কনি/তৌরমগনি হায়বসি খল্লুদবনা মৈদিংঙু খাগেম্বনা পাউকৎলকপা নুমিত্তুগী হায়রক্লিবা মফমদুদা মোঘলগী সর্দ্দারশিং অমসুং মখোয়গী সুবেদার উন্ননবগীদমক্তা লাকখিরম্মী।

হান্ননা থৌবাং পূন্নমক শেম-শাদুনা লৈরম্লবা মোঘলশিংনা মৈদিংঙু খাগেম্বা অমসুং মহাক্কী লান্মীনা হিরানফমদুদা থুংলবা মতমদুদা মোঘলগী লাঞ্জিংবা অনন খাঁ অমসুং মঙ্গন খাঁ কৌবা অনীনা লুচিংদুনা হি অদু মৈদিংঙু খাগেম্বনা লৈরিবা তোর্ব্বানিলোমদুদা হোঞ্জিল্লক্তুনা হি থাংলম্মী *[ওঃভঃ সঃ ২০০১, ৩-৪]*। মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনাহাকথং [ Body guard ] গী মোংবীজাম্বা হাউমু য়ারাবনা মোঘলগী হি অদুদা কাখত্তুনা তোংখৎলগা চঙশিনখ্রে। অদুগা মৈদিংঙু খাগেম্বনা হিদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মখোঙ নামনা লৈরাযদা লেপ্লগা নামনা হিদা কাখৎনবা থাঙ্গৎকে তৌবা মতমদুমক্তদা মোঘল লান্মীশিংনা নোংমৈ কাপ্লকখি। মতৌদুদা মৈদিংঙুনা হিনুংদা লেপ্তুনা মৈদিংঙুবু ওকপা শাররিবা মখোয়গী লুচিংবা অনী আনন খাঁ অমসুং মঙ্গল খাঁবু হিদুনা মনীঙলোমদা চিংখিবগী তাঞ্জদুমক্তদা কোন্দুনা হিনুংদগী চিংথহৌরম্মী। হিদুদি মোঘলগী মায়কৈরোমদা মোংজাম্বা হাউমু য়ারাবা পুদুনা চিংখ্রে অমসুং মোঘলগী অকনবা অনীদুনা মৈতৈগী লানফা ওইহৌরে *[মথক্কীসিদা, ৩-৪]* । অদুগা মতমদুদা মৈতৈ লান্মীগী মরক্তগী লাইরিকয়েংবা চকসিং/জগসিং (নোংশামৈ) না মখোয়গী বাঙ্গলী মরোন্দা, "... নঙখোয়না রাকয়ৈ হিকুনুংদা পুরিবা মৈদিংঙুগী মদাইরেম হাউমু য়ারাবদু মৈতৈ নিংথৌগী অচেৎপা মনাইনি, থুনমক থাদোক্লকউ" হাযনা তোর্ব্বান্দগী লাউদুনা হায়খিরম্মী। *[মথক্কীসিদা, ৪]*। অসুম্না মোঘলগী লান্মীশিংনা নোংমৈ কাপ্লবগী মতম-তাঞ্জা শোয়জবা অমসুং মৈতৈগী লাইনা য়োকপা মৈদিংঙু ওইবনা মৈতৈ নিংথৌ ফাননবগী খুজিল - থৌরাংদু মায় পাকখিদে। অদুবু মখোয়না ফাগে হায়দুনা পান্দল্লিবা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মখোয়গী লাঞ্জিংবা সর্দ্দার অনীদুম ফাহৌখি। হায়রিবা মোঘলগী মুস্লিম অনীসিসু মৈদিংঙু খগেম্বনা মৈতৈ লৈপাক্তা খুন্দাহল্লমখিবা মাল্লি। মরমদি মখোয় অসি থাদোকখিবা নৎত্রগা হলহনখিবগী ঈ-পাউ ফংদ্রে।

মোঘলশিংগী শরৌ-লাংথাক থৌরাংসিদা নিংথৌগী হাকথং খনবা লাল্লোই ওইরুবনা নিংথৌগী মাঙ থানা হিকুনুংদা চঙফম থোক্তুনা হিদা তোংখৎখিবা মৈদিংঙু খাগেম্বগী নমপোক চৈথং (নঙ্গনগা হেক থংননা/তাইননা তুংদা লেপ্পা) চীঙখোঙ পু-য়োক্লোই, নিংথৌ পুকলোই মোংবীজাম্বা হাউমু য়ারাববু ফাদুনা পুখি। অদুবু মখোয়না ভারতবর্ষগী রাজপুতনাগী চীঙলক্কী লানবন কয়া নৈখায়গ্রবসু অৱাং-নোংপোক্কী চীঙনুংগী

লানবন অমদা চঙননবা হোৎনরকপদুদি মায়থিখি। অদুনা মসিগী মতুংদা অসামদা নংত্রগা কছাড়দা তৌবগুম্না অমুক হন্না নংত্রগা হৃঞ্জিন-হঞ্জিন্না লান্দাশিন্দুনা লোই চন্ননবা হোৎনবদু তৌরকখিদে, মরমদি মফমসিদদি চঙজরকপশিংগীদি থোঙ লাউনা হাঙদোক্নুনা থম্মী। অদুগা লান্দারকপশিংবুদি কবরনুংদা চঙহন্নবা শেম-শাহল্লি। মোংবীজাম্বা হাউমু য়ারবসি মখোয়না ফাজিল্দুনা চহী খরা কছাড়গী/অসামগী মফম অমদা কৈশুমদা শুমদুনা থল্লগা থাদোক্লকখি। অদুগা মহাক মফমদুদা লৈরম্লগা কছাড় লৈবাক্তা তারক্নুনা মণিপুরদা হন্ননবগী খুদোংচবা ঙাইদুনা লৈখি। মতম ঈকুই কুইদনা মফমদুদগী মণিপুরদা খুম্থোক-খুনহোংনবগীদমক্তা বঙ্গদেশকী মফম অমদগী খুল্লাল্লকপা মীওই মাপন্না শাবা খৃৎপু অমা থেংনদুনা মখোয়গা খোঙবু ওইদুনা মৈত্রবাক্তা অমুক হন্না হল্লকখি। মহাকপু মৈতৈ নিংথৌনা লম্বীদগী মাবু ওকপা মী থাদুনা মশাগী মথৌ খঙবা মীশক অমদা উৎফম থোকপা হৌন-খঙবগী মশক উৎখি। মহাক্না মতুং তারকপা মতমদা নহারুপ [মণিপুর তম্পাক্কী খা-নোংচুপ থংবা মশুঙ/পানা ] লাকপগী ফমথোন ফাওদুনা অমুক হন্না মবৈবাক্কী সেবা তৌরখি।

**মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তা লৈরম্বা পাঙলগী খুন্নাইলোনগী থাক**

মৈদিংঙু সেনবী খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তা লৈবম্বা মৈতৈ পাঙল (খৃঃ ১৯১০ গী মতুংদগীদি মণিপুরী মুস্লিম হায়রে) শিংগী খুন্নাই/সমাজ অদু মতমদুগী মৈতৈ লৈপাক্কী অপূনবা মৈতৈ খুন্নাই/ সমাজ অদুগী মনুংদা লৈবা/ চনবা খুন্নাই অমনি। অদুগা মতমদুগী মুসলমান মীওই অমমমসি মখোয়গা খুন্দা-লৈতামিন্নরিবা অতৈ ফুরুপ কাংলুপশিং (ক্ষেত্রি, লাইরিকয়েংবম, বামোন/ব্রাহ্মন, অকোকশা, অখেশা, ডিমাশা, হোজাইশা, কালিশা, খাগী, কবো, ঔরা/খাম্রন, অসিনচিংবা)গী মীওইশিংগুম মৈতৈ নিংথৌগী প্রজা অমমম্নি অমসুং মৈতৈ লৈপাক্কী অমদি সমাজগী খুজিং অমমমসুনি। অদুগা মুসলমান পাঙলশিংসি মতমদুগী লৈঙাকলোনগী শাফম-লানফমশিংদা চিংথদনা থৌগায় পুবনি, থৌদাং পুবনি, থৌদা ইনবনি অমসুং ফিবম-ফিরেপশিং, থৌওং- থৌদৌশিং পূম্নমক্তা, ধর্ম্ম-কর্ম্মগী রারম-রাফমশিং নত্তবা খুদিংমক্তা লৈবাক্কীদমক্তা মায়রোঙ/মায়য়োক য়ারকপা/লেপ্পকপশিংনি। অদুদসু নত্তনা খুন্নাইলোনগী অমসুং শেন্দান-শেচৎলোনগী লৌউ-শীঙউ, শীনশূ-শীস্থা, শীঙখাঙ-শীঙয়ান, নাফান-ইফান, ঈথিং-পনথিং, শঙশা-থোংশা, লমশেং-লমলোইবা, ঈতেং-খোংদেংবা, তুতেং-তুতৌ, অসিনচিংবা পূম্নমক্তসু শরুক লৌরকপনি। মবম অসিনা মখোয়সি মতমদুগী ওইবা লৈপাক খ্বাইগী অথোই-অহেন তান্নবা, চহীগী/কুমগী ওইবা শান্ন-খোৎনবা, ফান-তান্নবা, মশান্নগী ওইনা শাথেং-লাম্থেংনবা, শাবীৎ-শারাক তৌনবা, অথোই-অহেন, তান্নবনচিংবদা য়াওবা য়াবগী মফম কনবা ঙম্লম্মী। *[T.C.H., 2003, 53]*। অদুগা শাফম-লানফম /শা- লানগী মহৈ-মশিঙদা শোনবা নংত্রগা হৈতবা বামোন ( অহোম/

অসমীশিংগী "বামুন" হায়বা ব্রাহৈসিগী লোন্থৈনি, "ব্রাহ্মন" শিংবু খঙনবনি) অমসুং বৈশ্য, সুদ্রগী থাক্তা লৈবা নাই [ মীরৈবাক, তখেন, ময়াং, তেখাও/তিলাও, পাসা, খাগী, খান্ত্রন্নচিংবদগী খুনহোংলকপা, মরু ওইনা নোংচুপ হারমচাশিং, নিংথৌনাই (নিংথৌ মনাই), অমসুং লৈমনাই (মহারাণী/রানী/ লৈমগী মনাই) হায়না খায়দোকই (মফমসিদা ফুঙ্গানাইশিংদি লৈত্রি)], কই/কৈ [ কৈ, গোদাউন শঙবা, মদুদা থবক শুবশিংনি, অয়াম্বনা 'নাই' গী কাংলুপ্তা চল্লি ], অমসুং লোই [ চহীগী অমসুং মতম-মতম লোইপোৎ হাবা/কাবা/পীবা; নমদুনা নৎত্রগা লোইচন্দুনা থম্বা কাংলুপ-ফুরুপশিংনি; চীঙলোই (চীঙমীশিংনা লোই ওইবা) অমসুং তম্পাক্লোই [(তম্মীনা লোই ওইবা, খুদম ওইনা, মোইরাং, অন্দ্রো, চাইরেন, সেকমাই, লৈমরাম, ফয়েং, অসিনচিংবা) হায়না খায়দোকই ] গী কাংলুপ ফুরুপশিংসিদি চহীগী মশান্নগী কুম্মৈসিদা শান্ন-খোৎনবা য়াওবা য়াহল্লমদে [*মথক্কীসিদা, ৫৩*]। হায়রিবা অকোনবগী কাংলুপ অহুম অসি মতমদুগী মৈত্রবাক্কী মীশিংগী থাক্কী মথং-মনাউ লৈরিবদুদা খ্বাইদগী হেন্না নেম্বা থাক (Lowest status/grade in Social stratification) তা লৈবা মীওইশিংনি।

মৈত্রবাক মণিপুবগী চহীগী পাংথোকপা মশান্নশিং [মরু ওইনা লমজেন, মুক্লা কাঙজৈ, শগোল -কাঙজৈ, মুকনা, হিযাঙ লমজেন, চেঞ্জোঙ, মাঙজোঙ, নুঙ হুন্নবা, তেনকাপ- তেনম্নেবা, অসিনচিংবা] গী অথোই-অহেন তান্নবসিদা মৈতৈ /পারা পাঙলশিংসিদি যাওবা, শকক যাবা খাননিনা মখোয়সি মৈত্রবাক্কী খ্বাইদগী হেন্না তোনবা/ নেম্বা মীওইশিংগী মী-শীঙলুপ (class of ethinic group) অদুগী মনুংদুদদি চন্দ্রে/ য়াওদ্রে। অদুগা মতমদুদা মৈত্রবাক্কী মীশক মীওইশিংগী অমসুং মখোয়গী মী-ফুকপ কাংলুপ অমসুং শীঙলুপ-মীকোক্কী থাক/মশক নৎত্রগা শীঙথা- মিংথা লেপ্পগী ব্রায়েন - ব্রাখুন অমা লৈরম্লিবসিগী য়ুম্ফম, উচন-উফম অমসুং মতিক-ময়াইসি মীদুনা/ ফুরুপ্পুনা/কাংলুপ্পুনা পোল্লক-শাৎলকপগী ঈগী মরী/পরীং, লাকফম-হৌরকফমগী মশকশিং, শীন্থা-শীল্লমগী মতৌশিং অমসুং মখোয়না/মানা হান্না ওইরকপা মফম ফমথোনগী ব্রাবম-ব্রাফমশিংগা মরী লৈনদে অমসুং মদুশিংদুদা মীৎয়েং থমদে; মী মহাক অদুনা নৎত্রগা ফরুপ মশাদুনা শাফম-লানফমদা তৌথোক্লকপা থবকশিং, শা-লানগী মহৈ-মশিঙদা হৈ-শিঙবা, শারম-লাল্লমদা তৌবা ঙম্বা, মথৌনা-মরীংজেন পানবা অমসুং শা-লানগী মহৈ-মশিঙগা শাগোন্ননা লমচৎ-শাজৎ ফজবা, হৌন'-খঙবগী মতীক মঙম লৈবা, অকল-অথৌ ওইবগী মহী-ময়াই চেনবা অমসুং মথৌ খঙবগী মগুণ চেনবা— হায়বশিংসিদা অহকপা ব্রাখল থম্বা মাল্লি।

মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমসিদা লৈপাকসিগী শান্ন-খোৎনবগী মশান্নশিংগী মকোক-মথং তাবা তান্নবগী চহীগী ওইনা পাংথোক্লিবা কুম্মৈ নৎত্রগা থৌবমসিদা পানা মচা

[লৈবাক্লা শকখঙলবা লৈঙাক্লোনগী খুঙ্গং লৈয়াং অচৌবগী লমদমদা লৈবা মীশিং (General people inhabited in the political rural divisions)], লৈকোক লৈকায় মচা [লৈপাক্লা য়ানববা লৈঙাক্লোনগী কংলৈ লৈয়াংকী নৎত্রগা খুঙ্গং লৈয়াংকী লৈকোক ওইবা লৈয়াংকী লমদমশিংদা লৈবা খরা হেন্না ফগৎপা মীওইশিং (Superior general people resided in the political urban subdivisions or in the communes of rural divisional head quarters)], অচৌ-অশাং (Superior wellbron community), অঙম-অথৌ (Noblemen and courtiers), নিংথেমচাশিং (Royalists and royal personnels), অমসুং নিংথৌমচাশিং (Princes), অসিশিংসিদমক য়াওবা য়ারম্মী। মখোয়সিগী মনুংদা মৈতৈ পাঙলশিংসি পানা মচাশিংগী থাক্তা/কাংবু (Community) দা চল্লি/য়াওই। অদুগা হায়রিবা থাক অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতুং তারকপা নিংথৌরোলশিং [মৈদিংঙুশিং- ১) খুঞ্জাওবা (খৃঃ ১৬৫২-৬৬), পাইখোম্বা (খৃঃ ১৬৬৬-৯৭), ৩) চরাইবোংবা ( খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯), ৪) মৈদিংঙুময়াম্বা/গরিবনরাজ( খৃঃ ১৭০৯-৪৮), ৫) চিৎ শাই (খৃঃ ১৭৪৮-৫২), (৬) ভারত শাই (খৃঃ ১৭৫২-৫৩), ৭) মরাম্বা/গৌরশ্যাম (খৃঃ১৭৫৩-৫৯, ১৭৬১-৬৩), ৮) চীঙথংখোম্বা/ভাগ্যচন্দ্র (খৃঃ ১৭৫৯-৬১, ১৭৬৩-৯৮), ৯) লবন্যচন্দ্র (খৃঃ ১৭৯৮-১৮০০), ১০) মধুচন্দ্র (খৃঃ ১৮০০-০৩), ১১)চৌরজিৎ (খৃঃ১৮০৩-১৩), ১২) মারজিৎ (খৃঃ১৮১৩-১৯), ১৩) গম্ভীরসিংহ (খৃঃ ১৮২৫-৩৪), ১৪) চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (খৃঃ ১৮৩৪-৪৪, ১৮৫০-৮৬), ১৫) নরসিংহ (খৃঃ ১৮৪৪-৫০), ১৬) দেবেন্দ্র সিংহ (খৃঃ ১৮৫০), ১৭) সুবচন্দ্র (খৃঃ ১৮৮৬-১৮৯০), ১৮) কুলচন্দ্র (খৃঃ ১৮৯০-৯১)] অসি লান্না মথং মথং পুথদুনা লাকখ্রিবনি।

**মৈতৈ পাঙলগী শীম্লোঙ-শীস্থা**

মৈত্রবাক মণিপুর অমসুং মসিগী মৈতৈ/মণিপুরী সমাজগী মচৎ-মনাৎ/কলচরগী ইতিহাস অসিসু শা-লানগী সমাজিক অবস্থা অমসুং ফিবম ইতিহাসনি অমদি অপূনবা মৈতৈগী/জাতিগী মতম-মতমগী ওইরকখিবা ফিবমশিংদুসু খরুং মফম চাদবদা লৈবগুম্বনি। কৈদৌঙৈ লান্দরক্কনি, করম্বা মতমদা লানহৌরক্কনি অমসুং কৈদৌঙৈনা লান চৎকনি হায়বসিগী অরেপ্পা লৈতবা অমসুং তঙ-তাবা ঈ-পাউ খঙদবা খুনবান-লৈপানগী ফিরেপ্তা লৈরক-লেল্লকপনি। মরম অসিনা হান্নানা খুৎলীংদুনা লৈতবা য়াদবনা লাল্লুপকী থৌ অমসুং থৌগায়সি অমদি মীয়ামগীদমক মীয়াম্না থৌ পুবসি হৌদোকখিবনি। হায়রিবা চহীদা থা অহুম (নুমিৎ ৪০ নি খুদিংদা নুমিৎ ১০ নি লৈবাক থৌগায় লাল্লুপ থৌদাং) গী থৌদাং পুবসি মৈত্রবাক্তা মতমদুদা (খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা) লৈরম্বা নুপা ওইবশিংদা মশাগী চহী ১৭(তরাতরেৎ)তগীনা চহী ৬০(হুম্ফু)শুবা ফাওবগী

মীওইশিংগীদি তৌদবা য়াদ্রবা, শোয়ফদ্রবা হায়বদি শুপশোয় শোয়দনা তৌরগদবা মথৌ ওইনা মশানা য়ানা মঙমগী থৌদাং পুবা অমসুং লৈপাক -নিংথৌ লৈপাক খ্বাইনা য়ানরবা নুপাগী মথৌ-থৌদাং/থৌপু ওইনা লেপ্লদুনা লৈখ্রবনি। মৈত্রবাক্কী মশা-মশানা য়ানা থৌপুনরিবা লাল্লুপ-থৌসিদা মৈত্রবাক্কী মশা-মশাগী মখুঙ্গংগী অমসুং কাংলুপকী ওইনা মশা মতোম-মতোমতা ৱায়েন-থৌদা তৌজবা কাংলুপশিং (Autonomus ethnic groups/Sections) - লোই, কৈ অমসুং নাইশিং নত্তনা অতৈদি জাতি-বিজাতি/ জাৎ-বিজাৎ খায়দনা বামোন, মৈতৈ, ক্ষেত্রি, লাইরিক য়েংবা, অমসুং পাঙল খাক্তনা চপ মান্ননা থৌপুনরকখি। মরম অসিনা মৈতৈ পাঙলশিং অসিসু লাল্লুপ থৌসিদগী নাম্থোকপা নৎত্রেগা মনীঙ তম্বা ঙল্লমদে।

লাল্লুপ অসিবু পঙশিন্নবা বৃটিশ মচাশিংনা ফোর্স লেবর (Forced Labour) হায়না ৱাহন্দোক (Meaning),খঙনবী (Denotation) অমসুং পাক্লা-শন্না খঙন-হায়নবী (Connotation) দা অর্থ নমপী-পীশিল্লি। মখোয়না মখোয় লণ্ডননচিংবা সহরশিংদা সহর-সহরদুগী অঙাক -অকন্নচিংবা তৌননবা লৈরম্বা/লৈরিবা সিটিজন্স মিলিসিয়া (Citizens' Militia) শিংদু ফোর্স লেবর তৌহল্লম্বা তাই, নত্তদুনা হায়নীঙবা পঙহায়দা হায়নবগী ৱাফম ওইরগনা – "অফ্রেড দি ক্রেক (Afraid the Crack) হায়রগা অলফ্রেড দি গ্রেট [Alfred the Great (849-899 A.D)পু খঙনবা তাই, এডোল্ফ হিটলরগী ভি-I, ভি -II বোম (Bomb) গী লান্দাদা লণ্ডনগী ক্রিটশিংদা অহিং তুমদনা লণ্ডন সহর ঙাকখিবা লণ্ডনগী সিটিজনশিংদু কুলি (Coolie/cooly) শিংনি, হায়বদা মখোয় শোয়দনা য়াগদবনি। মৈত্রবাক্কী লাল্লুপ হায়বসি, লৈপাক প্রজাশিংনা মশা- মশানা লৈপাক্কী পীফম থোকপা লম্বানশেন, ঈশিং-নোংশিংকী মমল উয়ান-শীঙয়ান, নাফান-ঈপান্নচিংবগী মমল ওইবা শেনফমশিংদু মশা-মশানা যাজনা খৃৎশূমন/পাঙ্গলমনগা শীন্নজবা [ People's Voluntary Labouring or labour-participation for payment of taxes, duties, revenues etc, in kind or in the tune of labour ] হায়বসিনি। অফ- ফত্তবা, হেঞ্জিন-হাপচিনবনচিংবা কয়া লৈরমগনি, মদুদি মীওইবা জাতিগী মহৌশাননি, লল্লোনবা লাক্লগা মীগী মরম মুন্দুনা শাসন লীংখৎলবা অদুগুম্বদি নত্তে।

মৈতৈ নিঙোল লৌবা নৎত্রগা/অমসুং মৈতৈ নিঙোলনা পোকপা মৈতৈ পাঙলদুনা মখোয় মখোয়গী মতমদুগী মশেন/মবাই অমসুং/নৎত্রগা মপুম /মামা (Maternal uncle) ওইবা মীওইশিংগা লোইননা মৈতৈ সমাজদুদা তিংননবগী পুক্নিগী লানফম / লান লাম্থেংননবগী হোৎনরকপদা মথৌ ওইনা শীন্থা ওইবা কয়া মকম পায়খৎনরকখি। মতমদুগী মৈত্রবাক মণিপুরগী লমদমদা শা-লান লৈতবা তাঞ্জা, মীরৈপাক-মীবমদমদা শাচৎ-লানচত্তবা, লানখোমপোৎ/লাম্লোকপোৎ লোকপা/খোম্বগী পরমদা

শেন্দান-লান্দনবা চত্তবগী তাল্লক অমসুং লৈপাক থৌগায়, মশাগী থৌদাং ওইজবা লাল্লুপকী মথৌ-শীন্থা হাওবা মতমদা মশাগী লল্লাইগী, মরল্লাই ময়ুমগী শেন্দান-থুমদানগী ওইনা শেন-থুম ফংননবগী লম্বী-লমদাংদা খূৎ থানরম্মী। মখোয়না খূৎশা-হৈবগী থবক থৌরমশিং অমসুং খূৎনা নৎত্রগা পাঙ্গলনা নৎত্রগা অনীমকসিনা শূবা/নোম্বা শীনশূ-শীন্থা অমসুং শীল্লম-শীম্থোক কয়াদা চওশিল্লম্মী। হায়রিবা শীনফমশিংসিদা মমিং শীওথাবা য়াবা শীল্লমশিং খরদি-

(১) অকোয়বা কাংখোঙ/মকোয় শীজিন্নদুনা চফু শাবা (Wheel Pottery),
(২) চে শাবা,
(৩) দোলাই শাবা,
(৪) ফুন্দ্রে খেৎপা/চিংবা,
(৫) ঈংখোল শূবা,
(৬) শঙ্গোম শুম্বা,
(৭) থাউ শুম্বা,
(৮) চুহী শুম্বা অমসুং চিনি (গুর) কাংবা/শাবা,
(৯) ফিশা- লোনশাবা,
(১০) ফক শাবা,
(১১) থুম্মোক তাইকক শাবা,
(১২) ইন শাবা,
(১৩) লাং শাবা,
(১৪) ঙানু-য়েন লোইবা অসিনচিংবনি।

**শীন্থাগী মতুং ইনবা পাঙলগী লুপশিং**

মৈদিংঙু সেনবী খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তগী মখোয়গী লোইশঙ লীংদুনা অমসুং খুন্দা-লৈতাফম "পাঙল পারা" লীংদুনা মৈতৈ লৈপাক্তা পাল্লক্লবা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম) গী উপজাতি অমসুং সমাজ অসি মতমগী খোঙজেন্না পুরকপা মীশীঙ হেনগৎপগী খুদোন ফংদুনা পাকথোক-চাওথোকপা হেনগৎলকখি। মরম অসিনা সমাজসিগী খুজিং ওইরিবা মীওইশিংসি মখোয়গী পাঙল পারাদুগী লমখৈ খা-ৱাং অমসুং নোংচুপ-নোংপোক্তা শন্দোক্লকপদা নত্তনা মানা মানা লৈবদা খুদোং চাগদবা, হিংবগী লমদাংদা শাফগদবা অমসুং মশা কোম্না পাল্লুগদবা মৈতৈ লৈপাক্কী অতৈ মফমশিংদসু য়ুমহোং-কৈহোংনরকখি। অসুম্না ঙাংঙৌ, থৌবাল, হৈপোক, খোংজোম-ফুন্দ্রে, সোরা, ক্বাক্তা, ময়াং ইম্ফাল, ঈরোঙ, য়াইবীপোক, ফৌদেল, য়াম্বেম, চাঙমদবী অসিনচিংবা লমদমশিংদা খুন্দা-লৈতাফম শেম্নদুনা পান্নরকখি। অদুগা মৈতৈ পাঙলশিংনা খুন্দা-

লৈতাফম নৎত্রগা য়ুমলীং-কৈরীংফম খনবদা মরাং কায়না ঈশিং ফংগদবা মফম/লম খনবা হায়বসিমদি শোয়দনা মতৌরে। মরম অসিনা মৈতৈ পাঙলশিংসি তুরেনগী ঈশিং চাবা, পাৎকী ঈশিং চাবা অসিনচিংবা লমশিংদা ঈশিং মপাল নক্না খুন্দাগল্লি। মখোয়সি মৈতৈনা মমাঙদা শীজিন্নরম্বা ব্রাহৈ/মিঙ্গৌ "ঈরম/ঈঙৌ" অমসুং "খোইরম/ঈমু" হায়নবা লমশিং অদুদা খুনবান-লৈপানবা ঙাক্তনি। মৈতৈ পাঙলশিংনা খৃঃ১৬০৬ কী মতমদা অহানবা খুন্দাখিবা পারা (পাঙলপারা) হায়বসি হৌজিক্কী হাপ্তা/হট্টা অমসুং গোলাপতিনা ময়ায় ওইরগা ইম্ফাল ওয়/নোংপোক থংবা তোর্বানগী লমদমসিদনি। *[চৈথাঃ কুমঃ ২০০৫, ৩৭,৩৮]*। হায়জরিবা ব্রাফমসিগী ঈ-পাউ ওইনা ফংজরিবদি ঃ-

(১) হৈরাংখোংজম মোনশাংগী কুম শক ১৫২৮ (খৃঃ১৬০৬) ইবুংঙো শনোংবনা চিংদুনা য়াংকোইরোমদা ময়াং লাকএ হায়দুনা চৎএ।। ... শামু ৩০, নোংমৈ ১০০০, পাঙল পারা ১০০০, থাঙ শাবা , কোনশাবা, খুৎহৈবা... অসি খৈবিক লোকলৌ-এ।। পাঙল অচঙবা খৈবিক্তি লোইশঙ অমা লিংলৌএ *[মথক্কীসিদা, ৩৩]*।

২ ) যাংঙম্বম অকেংগী কুম শক ১৫৪৬ (খৃঃ ১৬২৪) তা... পারা থিঙেন থিংবদা হুইতোনবম অরোক শিএ *[মথক্কীসিদা , ৩৭]*।

(৩) নোংপোকপম ঙাংবগী কুম শক ১৫৫২ (খৃঃ ১৬৩০) পারা তুরেন তৌএ *[মথক্কীসিদা, ৩৮]*।

অসিশিংসিনি। হায়রিবা পাঙল পারাগী লমকনসি পাকথোক-চাওথোক্লক্তুনা অব্রাংলোমদা খুরাই হৈক্রেমখোঙ (হৌজিক্কী), নোংপোক্লোমদা কোংবা তুরেল মপাল (কোংপাল), খারোমদা চাখাবা ঈরেনগী মপা (হৌজিক্কী BOAT লৈরিবসিগী অকোয়বা লমদমশিং) অমসুং নোংচুপ্তা ইম্ফাল তুরেলগী ওয়থংবা/নোংপোকথংবা তোর্বান্না লমখৈ-ঙমখৈ ওইদুনা লৈরকখি। হাযরিবসিগী মতুং তারকপা মতমদা মখোয়গী (পাঙল পারাগী) লমখৈ খরমখৈ হেন্দোক্লকখিবা, খরসু অমুক পীকশিনখিবা (অতৈ মফমশিংদা খুনহোংখিবনা) গী ব্রাফমসু থেংনৈ।

মৈতৈ পাঙল সমাজসিনা মৈদিংঙু সেনবী খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তগী মৈদিংঙু ময়াম্বা/গরিবনব্রাজ মহারাজগী সনা হাক্তক্কী মতম অসি ফাওবা চথরকপগী খোঙথাং অমসুং খোঙফমশিংদা পাঙল-খুন্নাই লুপ অনী থোক্লা থোক্লকখি। লুপ অনীসিনা মৈতৈ - পাঙল সমাজসিগী মথৌ তারিবা হিরম অনীগী হিরম অমমমগী লুব্রাংজৈ [বাজদণ্ড (Sceptre/Scepter)] পায়নদুনা মুস্লিম খুন্নাইসিগীদমক্তা নাক নাক লেপ্লকখি। হায়রিবা লুপ অনীসি অমনা খুনঙাক-লৈঙাক্কী খুল্লাক-লৈরাকপগী লুপ (মসি মমৈদা "খুঞ্জা"হায়না খঙনরকখি ) অমসুং লাইনীঙ-লাইশোন পরমগী মির/মীর-মেরাইগী

লুপ(মসি মমৈদা খুঞ্জাগী লুপ্তা চনবা/চিংবা মৌলৱীগী লুপ ওইরকখি। হায়রিবা লুপ অনীসি মানা মানা পায়রুবা থৌরম-ৱারম, অপূনবা সমাজগী ওইনা পুরিবা থৌগায়, লৌরিবা থৌদাং অমসুং তৌরিবা মথৌ-মঙমশিং অমদি পাঙল/মুস্লিম সমাজদুগী ওইনা মখোয়-মখোয়না শ্যাংথোক্লিবা থৌরম, থৌদাংশিং, থারিবা শীল্লম-শীষ্ঠা অমদি তৌরিবা থৌরম-থৌদৌশিং অদুদা মশক লেপতুনা থোক্লককখিবনি।

মতমদুগী মৈতৈ লৈপাক্তা নুপা মচা অমা পোক্লক্লবদি মৈতৈ লাম্মী অমা পোক্লক্লবনি নৎত্রগা মৈতৈ লাম্মীগী মশীঙদা মশীঙ অমা হেনগৎহল্লবনি। মহাক বামোন, ক্ষেত্রী, বৈষ্য, সুদ্র, ওইসনু, মুসলমান/পাঙল, ময়াং ওইসনু, মহাক মৈতৈ নিংথৌগী প্রজা অমা ওইরবনিনা নৎত্রগা/অমসুং মৈতৈ লৈমগী ঈশিং থক্লবা মচেঙ চারবা অমসুং মৈত্রবাক্কী নুংশিৎনা নীংশা/ নুংশা শোর হোল্লবনিনা মহাক মৈতৈনি। নুপা অমনা অপূনবা মৈতৈ লৈপাক অমসুং সমাজদা (United/integrated Meitei Kingdom and society) লাম্মী ওইনা থৌদাং তৌবা, লাল্লুপ কাবা হায়বসিদি শোইফদ্রবা মথৌ (Compulsory duty) ওইনা লৈবসিদা মৈতৈ পাঙল খুদিংমক্না থৌদাং য়াই। অদুবু হায়রিবসি ওইদুনসু হেন্না থৱায় য়াওশিন্না/খোয়দানা (পামজনা) লাম্মী থৌদাং তৌবসিনা খুনঙাক-লৈঙাকপগী শীল্লম/শীনফমসিদা খোঙদাদুনা/তৌদুনা লৈবসি খুল্লাক- লৈরাকপগী লুপসিনা মায়পুনরকখি অমসুং মদুনা অতৈ ময়ামগী ৱায়েল-চৈরাক্লচিংবগী মথৌ-মঙম পাংথোক্লকপসিদা পাঙল খ্বাইনা থাজবা থল্লকখি। মরম অসিনা মখোয়সিনা পাঙল লোইশঙ নৎত্রগা মংকল/মঙ্গল শঙলেন্দা ৱায়েল-থৌদাবা, লাল্লুপ কারক্লিবা পাঙল মচাশিংগী মথৌ-মঙম শীন্দোকপা, লাম্মীনা লাম্মী মশঙদা/মফমদা থাবা অমসুং শীন্মী, খৃৎহৈবা-মী, ঈথিং-পম্বীঙ হৈবা মী, ঙামী, অসিনচিংবা মাগী মাগী শীনশঙদা থবক শৃফমদা থাবা, থবক পীবা অসিনচিংবা শীন-লাংবগী থবক-থৌরমশিংসি মখোয়না তৌরকখি/পুরকখি।

মীর/মেরাইগী লুপসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিগী মরক্তা শা-লানগী শাফম-লানফমগী ওইনা মমিং চৎপা/লৈবা মীওশিং [ খুদম ওইনা "মেরাই ঙাংবা" *(চৈথাঃ কুমঃ২০০৫, ৬৬)*] য়াওরবসু মখোয়না ইস্লাম ধর্ম্মগী ৱারম-ৱাফমশিংগী ওইবা থবক-থৌরমশিং পায়খৎলি, তৌরম্মী। মখোয়না মখোয়গী ধর্ম্মসিগী ওইবা ৱারমশিং, ৱাফমশিং অমসুং ৱাথোকশিং লাকপদা ৱায়েল-ৱাতাইবা, অচূম-অরানগী ৱাখুলশিং পুথোকপা, অফ-ফত্তগী ৱারেপ লৌবা অমদি খ্বাইগী ওইনা লাক্কদবা অকায়-অতোয়গী ৱারম-ৱাফমশিংদা য়েংশিল্লি অমসুং মীৎয়েং থম্মী। হায়রিবা মতমশিংদা মখোয়গী মখূত্তা ইস্লাম ধর্ম্মগী লাইরিকশিং- ১) কুরান, হডিসশিং, শরিঅট (Shariat) অসিনচিংবা নৎত্রগা মখোয়সিদগী অমা মণিপুরদা পুরকখ্রবা, হায়বা ৱাফমসিদি থিজিন-হূমজিনবগী মনুংদা থমজরি, মরমদি ঃ-

(১) ... তরপ সনা লৈপাক্কী সয়েৎ ঔরিয়া কৌবা বাজা নিংথৌবেল মহমদ নাক্সি কৌবগী গুরু ওইরিবা অদুগী মসানৌ সয়েৎ অম্বিয়া কৌবগা সয়েৎ আবদুলা, কালিকা সয়েৎ হুইসেন কৌবগা ৩ মনা থোকলকলে।। সয়েৎ হুইসেন কৌবদি লাইরিক পুরান অচৌববু লৌরুগে হায়না হনরাইখিদুনা লাইরিক পুরান অচৌববু পুরকএ।। *[রা.কু.স. ১৯৮৯, ৩৭]*

(২) .... ৱারম করি লৈবগী নিংথৌ ঐগী স্না লৈপাক্তা লাকপনো হায়না পাওহংবনা সয়েৎ ৩ মনা পত্র লাইরিক পানা ৱাহমখি-এ । হে নিংথৌ য়াইফব-ও।... অচিনববু লৈতে... লৈপাক অসিদা অতোম পোকলেন অচিবগী স্না খুফমলেন মালং নোংপোক হুমওইবা তীর্থ লাইফমলেন লুমবসা লৈপাক্কী চীঙলেন লংনা পাইরকপবু শূন্য অতিয়াদা তম্পাক লৈতাদনা লংনা লৈএ হায়বগী লংমাই চীঙ-ও তৌনা কৌএ হায়না পাসা লৈবাক পুন্নমগী পুরান লাইরিক অচৌবদা লৈঙম্ববু নাতাযে। অদুগীবু তপ্স্যা লাই নিংগে,লাইয়িংথৌ নোংপোক হুমওইবগী স্না খুফমলেনবু প্রুমজগে হায়না সনা লৈপাক ইন্দানলক পনে,....*[মথক্কীসিদা, ৩৮]*

হায়রিবসিদা য়াওরিবা “লাইরিক পুরান অচৌবা” অমসুং “পুরান লাইরিক অচৌবা” হায়রিবসিদি ঐতিহাসিক লাইরিক (Historical book, puraan=history)শিংনি। হায়বিবসি কুরআন নৎত্রগা শ্রীহস্তের ইতিবৃত (History of Sylhet) ওইরম্বা য়াই। মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী লুপ অনীসি মতুং তারকপদা ‘লান্মী’ অমসুং ‘মৌলৱী’ হায়বা মমিং অসিগী মখাদা পুরকখিগনি, অদুগা অকোনবগী লুপ মীর/মেরাই’ অসিদি অহানবগী খুল্লাক-লৈরাকপা লুপসিগী অয়োক-অকন, ঙাকখৎ- শৌগৎপা অমসুং শেন্বী--শাবীবগী পল্লোন্নুংদা লৈ।

**মতুং তারকপা মতমগী পাঙলগী লুপশিং**

লান্দারকপগী লান শোক্লরবসু, মীরৈবাক্তা লান্দারুনবা চৎলবসু, লান হৌরকপশিং নমথনবা লান থেংনরবসু অমদি মখোয় লানহৌবর্শিংগী লাল্লোই ফাননবা তান্নবগী লান্দানবা চৎলবসু অমসুং য়ুমদা ফমদুনা লৈরবসু হিংননবগীদমক্তা চাদ-থক্তবা য়াদে, খুন-লৈকায় পাল্লিবগী খুঞ্জা/লৈকায়চা অমা ওইকবগী অঙ্গং-অশা ঙাক্লবা অমদি ঈকাই-ঈকি কন্ন-ঙাক্লবা হকচাংদা ফি থোংদবা, শেত্ত-লীত্তবা যাদে অমসুং হিংননবগী শূরু-নোম্লবা, চৎলু-চেল্লুবা, চোংলু-ফল্লুবা অসিনচিংবগী হল্লক্লগা পোথনবা পোথাফম অমদি, নোংজু-নুংশা, ঈনুং-অমম্বা অসিনচিংবগী থুপফম মফম য়ুম (Home/ House) লৈতবা লীংদবা যাদে। মরম অসিনা মীওইবনা মী ওইনা মালেমগী লৈমায়সিদা লেপ্পদা/লেপ্পনবগীদমক্তা চঙদবা য়াদ্রবা পোৎলম/ মরম অহুম – (১) চাননবা চীঞ্জক, হায়বদি অহিংবা/অচঙবা নৎত্রগা শিদ্রিবা (থৱায় পানবা) জীব/মী ওইবগী খাদোকপা

যাদ্রবা থবক ইনখাংশিং তৌবা/পাংথোকপা ঙম্নবগীদমক্তা চঙলিবা পাঙ্গল (strength) অমসুং ময়াই (Energy) হঞ্জিনহন্নবা, হাপকৎনবা নৎত্রগা লৌনবা চীঞ্জাক, (২) শেৎন-ইন্নবা ফি হায়বদি হুকচাং কুপ্পবা, লৈতেং ওইনবা অমদি মশক তাক্লনবা ফিজেৎ/ফিজোন অমসুং (৩) লৈননবা য়ুম - হায়বসি লৈতবা/ ফংদবা য়াদবনিনা মরম/পোৎলম অসি ফংহন্নবা/লৈহন্নবগীদমক্তা থৌরাং তৌবগী মথৌ তাই/চঙঙি।

কল্পনা (idea, fancy or image conceived in the mind) গী ভগবন (Saviour or presiding lord of fate and fortune) না ব্বারী-লাইরিক্তা নৎত্রগা মীগী মচীন্না ঙাংন-শানবদা হায়বদা নত্তনা থবক্লা নৎত্রগা পোৎশক্লা খুদম-চাংদম নৎত্রগা শাক্ষী প্রমাণ ওইবা মওংদা নৎত্রগা ওইবা য়াবা মতৌদা করিগুম্বা অমতা মীগীদমক্তা তৌবীখিদ্রি নৎত্রগা মীদু ব্বারে, মহাকপু য়াম্না শোঞ্জরে, কৌজরে, হায়দুনসু করিগুম্বা পোৎ অমতা ফাওবা থম্বীরম্বা লৈখিদ্রি, ব্বাখন্না শাজিন্নদুনা চীন-লৈ পাল্লি হায়দুনা পঙঙাং-ঙাংবগী ওইরবদি মদু পঙহায় হায়বা, হায়বদুনি। মীওইবনা মী ওইনা মীগীদমক শৃ-নোমদুনা মখোয়গী দরকার লৈবা পোৎলমশিং পুথোক্কুনা থোকহঞ্জবা হায়বসিদি মীৎনা উরিবা শোয়দ্রবা ব্বাফমনি। অদু ওইরবদি মীওইবনা উবসু ফংদবা মখোনসু তাদবা, মনমসু নমদবা, মহাউসু লৈতবা অমসুং শউমসু ফংদবা লাই (ঈশ্বর, অল্লাহ, গোড, চীঙ অসিনচিংবা) মহাকপু করিগী নীঙলিবনো, 'পুক্নীঙ/ব্বাখল' শান্তি ফংননবগীদমক্তনি। মীনা, মীনা শীজিন্নবা পোৎ শাজবা, মীনা চানবা পোৎ মীনা থোংজবা অসিনচিংবগী মশানা তাজরবা ব্বাফমশিংসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা মৈতৈ পাঙলশিংনা মখোয়না মৈত্রবাক্তা খুন্দা-লৈতাবা মতমগী মচীনঙৈদগী হৌনা মশানা মশাগী দ্বায়িত্ব পুজদুনা অমসুং লৌজদুনা লাক্লি। মরম অসিনা খুনঙাক-লৈঙাকলিবা অমসুং খুল্লাক-লৈঙাক্লিবশিংগী মীৎয়েং মখাদা মীনা হিংবদা চঙবা পোৎলম- পোৎশকশিংগী তোঙান-তোঙানবা পোৎশক-চৈশকশিং পুথোক্লবগী/শানা শেম্নবগী লমদাংশিংদা শীঙ্গা-শীনশৃরক্লিবা মীওইশিংগী মীশীঙ অমসুং মখোয়গী শীল্লম-শীন্থোঙ, থবক-থনানচিংবগী মশীঙ হেনগৎলকখিরম্মী। মসিনা মবম ওইদুনা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী-খুন্নাইলুপকী মশীঙশিংসু হেনগৎলকখি। মদুশিংদুদি ঃ-

১) মীর-মেরাই= মৌলব্বীগী লুপ (Religious Section)

২) খুল্লাক-লৈরাক=খুঞ্জাগী লুপ (Administrative Section)

৩) খুঞ্জাগী লাম্মীগী লুপ (Martial/Military Section)

৪) ঈংখোল শঙবগী লুপ (Vegetable growers' Section)

৫) ঈংখোল শঙবদা খুৎহৈবগী লুপ (Skilled Artisans' Section)

৬) ইংখোল শঙবদা শীন্মীগী লুপ (Industrial workers' Section)

অসিশিংসিনি। অদুবু লুপ তরুকসি অহানবগী লুপ অহুম অসিনা খুঞ্জাগী মখাদা অমসুং

অকোনবগী অহুম অসিনা ঈংখোল শঙবগী মখাদা লুপ অনীখক্তং থোক্লা খায়দোক্তুনা থম্নীরম্মী।

**(১) মীর -মেরাই (মৌলৱী) -লুপ [Socio-Religious Section]**

মৈত্রবাক মণিপুর অহানবা মৈতৈ পাঙলগী খুম্হোক অমসুং খুন্দা'- অচৌবা, মৈদিংঙু খাগেন্দ্র (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) গী সনাহাক্তক্কী খৃঃ ১৬০৬ কী খুম্হোকসিগী মতুংদা মতম ইকান-কান্নদনা মৈত্রবাক্তা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরিবা পাঙল মুসলমানশিংদুগী মরৈবাক মরমদম ওইবিবা, পাসা লমদমগী মনাক্কী 'তরপ' হায়বা নিংথৌ পানবা লৈপাক মচা অদুদগী মুসলমান/মুস্লিম মখোয়গী ইস্লাম ধর্ম্মগী লাইনীঙ-তীন্নীঙ, লাইশোন-তীনশোন্নচিংবগী হিরমশিংদা তরপ মুস্লিম নিংথৌগী পুরোহিত মকোক, শৈখ-উল-ইস্লাম (Shaikh-ul-Islam) ওইরিবগী মনাউ নুপা উলমাদুগা অতৈ অতোপ্পা উলমা (Ulama) অনীগনা লুচিংবা পাঙল খৃৎপু অমা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্তা লাইফম থিদুনা লমকোয়বা খৃৎপু ওইদুনা খৃঃ ১৬০৯ দা থোক্লকখিরম্মী। খৃৎপুসিবু লুচিংলকপা উলমা নৎত্রগা সয়েদ অহুম অদুবু মৈত্রবাক্তা খুন্দা-লৈতাফম পীদুনা অমুক হন্না মরৈবাক্তা হলহন্দনা লৈপাকসিগী মী ওইনা লৈরকপদগী মখোয়গী ইস্লাম ধর্ম্মগী ওইবা লাইনীঙলোনগী মচৎ-মনাৎ লাইনীঙ-লাইশোন্নচিংবগী পরীং অমসুং পরমদা মাঙজীন থানা খোঙদাদুনা মদুশিংদুগী থৌদাং লৌদুনা অমসুং পুদুনা লৈরকপদগী মতমদুগী মৈতৈ পাঙলশিংগী সমাজদুদা সমাজিক/খুন্নাই লাইনীঙ-লাইশোনগী ওইবা লুপ অমা ওইনা চোংথোক্লখিবম্মী। তশেংনমকতি মীর-মেরাইগী লুপ অসি মৈতৈ পাঙলশিংগী খুন্নাই-লুপ 'খুঞ্জা' হায়বসিগী মশা/ম-শা ওইবা লুপ অমনি অমসুং মসি খুঞ্জা-লুপসিগী মনুংদা/কাংলুপ্তা চল্লি।

খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা মণিপুরদা "মৌলৱী", হায়বদি ইস্লাম ধর্ম্মগী কুরান (Quran) অমসুং হাডিস (Hadis)শিংবু পারা নাইনা তম্লক্লবা মীওইশিংনা মীরৈপাক্তগী, মরু ওইনা সিলেট (Sylhet) তগী থোক্লক্তুনা লৈরবা হৌখ্রবসু, মৈতৈ পাঙল মরক্তগী, হায়বদি মণিপুবদা পোকপা মুসলমান(মুস্লিম)শিংগী মরক্তগী মৌলৱীগী থাকসি ফংনবা মহৈ তম্লুরবশিংনা মণিপুরদা লৈরকখিবসিদি খৃঃ ১৯০৯-১০ গী মতম/চহীসিদগীনি। হায়রিবা 'মৌলৱী'গী থাকসিগী মরমদা পীবম্বা ৱারোন্দি ঃ—

> '... It is also equally universally known that in every Muslim country theologians are the only jurists for the civil law, is merged in and is subordinated to the canon law, and to understand and appreciate if a jurist, must master the Quran and the Hadis and must be a Maulavi. This class, called the Ulama, weilded enormous influence and shared

power with the Muslim Sultan in India and other countries under Muslim rule *[A.L.S. 1987,1]*.

অসিনি। অদুগা মমাঙঙৈগী মতমদা মণিপুরগী মুস্লিম , ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপশিংগী ধর্ম্মগী লুচিংবা/ৱায়েনবা সয়েদ অহ্মদু মৌলৱী ওইখিৱা নৎত্রগা ওইখিদৱা হায়বসি কনানসু খঙবা ঙম্লদ্রি, অদুবু ওইরম্বদি য়াই, মরমদি হায়রিবা মতমসিদদি মৌলৱী তম্নবা মদ্রাসাশিং য়াম্না দিল্লি, লক্ষ্ণৌ, আগ্রানচিংবা সহরশিংদা মরাং কায়না লৈনরে। হায়রিবা মদ্রাসাশিংসিবু শক্তাক্লিবদিঃ-

.. The madrasaha -s were the centres of theology with subsidiary linguistic studies *[ibid,78]*

হায়বসিনি। অদুগা মণিপুরদা মমাঙগী মতম তাংকক অমদা লৈরম্বা মুসলমান অহলশিং অদু মৌলৱী ওইরম্লবসু নৎত্রগা ওইরমদ্রবসু মখোয়না ইস্লাম লাইনীঙলোনগী, লাইনীঙ-পরমগী,লাইশোন-তীনশোনগী অমসুং চৎলম-লুপতীন্নচিংবগী ওইনা থবক পায়খৎপীরমদুনা ঙসিগী মখোয়গী চাদা-নাউদাগী শূরোন-মীরোন ওইহৌরিবা মৈতৈ পাঙল (Manipuri Muslim) শিংগী ধর্ম্মগী পবীং অমদি থম্বীরম্লে।

মৈতৈ পাঙলগী মীর-মেরাই লুপ অসি মখোয় মুসলমানশিংগী ধর্ম্ম ওইরিবা ইস্লাম ধর্ম্মসিগা মরী লৈনবা থবক-থৌরমশিং ৱারম-ৱাফমশিং, থৌদৌ-থৌওংশিংনচিংবা হিরমশিংগী থবক পায়খৎলি, পাংথোকই অমসুং লৌখৎনবা হোৎনৈ। মখোয়না ধর্ম্মসিগী চৎন-লোনচৎ, চৎলম-লুপতীন, চৎনবী পথাপ্পচিংবা ঙাকপা, তেংবানগী অমতা ঙাইরবা মপু (অল্লাহ) বু খুরুম-খাজঙজবা, মপু মহাক্কী মিংখৈ শোনবা, মিংলেন-মিংচৎ শকচ-শোঞ্জবা, নীঙশিঙ পাউজেনবা, অসিনচিংবগী পরীং-পরমদা খুন্নাইদা লীখুন-পোমিৎ উৎপা, লীক্লম-কাংখুন তাকপা, অল্লাহগী পাউচেনবগী ৱারী-ৱাতাই লীবা,মপুগী য়াথং করম্না ইনগদবগে অমসুং ঙাক্কদগে, হায়বনচিংবসি তম্বী-তাকপীদুনা লাইনীঙ পবমগী পরীং কায়দনা থম্লনবা হোৎনৈ। হায়রিবশিংসিগা লোইনা-লোইননা মীওইবা সমাজগী ওইবা মীগী ৱাখল অমসুং থম্মোয অনীসিগী লৈনরিবা মরীদা মখোয়না ধর্ম্মগী মিংদা খুন্নাইগী ওইবা থৌদা-থৌগায় অমসুং থৌপু-থৌদাং ওইনা পায়খত্তুনা অপূনবা অমসুং মশাগী ওইবা সমাজশিংদা শান্তি পুরক্লনবা অমদি সমাজগী খুজিং অমমম ওইরিবা য়ুমথোঙ খুদিংমকপু পুক্নীঙ লৈতানা,ৱাখল ঈংনা-তপ্পা, মী অমগা অমগা নৎত্রগা ইমুং অমগা অমগা চান্ন-চীন্ননা লৈমিন্ননবা অমসুং পুক্নীঙ-ৱাখল মরা-চেৎনা লৈমিন্নবদুনা নুংঙাই-য়াইফনা পানমিন্ননবা মহম্মদন/ইস্লাম লাইনিঙ লোনগী য়ুম্ফমদা চপ মান্নবা মীওইবা খুন্নাইগী য়ুনিভর্সেল ব্রর্ডহুড (Universal Brotherhood) শাগত্তুনা অপূনবা মৈতৈ জাতিগী লৈরাং পরেংদা লৈচন য়াম্লবা চীঙমী-তম্মীগী ফুরুপ-কাংলুপ অমসুং শাগৈ-জাতিশিংগী মনুংদা মখোয় মুসলমান /মুস্লিম কাংলুপকী ওইজবা

শক্তমদু উৎলি। মীর-মেরাইশিং অসিনা খুন্নাইদা লৈরিবা মীনা মী ওইরক্লবা মতমদুদা মীওইবনা খঙবা-উবা ঙম্বগী ৱাংমদা অমসুং মীওইবগী তৌবা ঙম্বা মতিক-ময়াই/ মপাঙ্গল-মঙম (শক্তি) গী পনখৈ লানখ্রবা, লাইগী/তেংবান'-মপু মহাক্কী ওইবা ৱারী-ৱাখোঙ, ৱারম-ৱাফম, ৱাখুন-পোমীৎ অমসুং ৱায়েন-কাংলোনগী পাউজেল পীদুনা অমসুং পাউতাক তাক্লুনা মী ওইদ্রবা মীদুবু অমুক হন্না মী ওইহন্নবা, মীওইবা ওইননবা হোৎনৈ।

মৈত্রবাক্কী মীর-মেরাইগী লুপ মনুংদা লৈরিবা মীওইশিংবু মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী নৎত্রগা মণিপুরী মুস্লিম সমাজগী অতৈ লুপশিংগী মীপুম খুদিংমক্লা ধর্ম্মগী পাউজেনবা নৎত্রগা পাউতাকপা গুরু (Preceptor) ওইনা ঈকাই খুম্নবা থম্লম্মী। অদুগা মৈতৈ পাঙলশিংগী খুন্নাইদা মণিপুরী/মৈতৈ হিন্দুশিংগীগুম্বা ধর্ম্ম-কর্ম্ম, উসব-মেলানচিংবগী থৌরম পাংথোকপদা কাংলুপ/ফুরুপ অদুনা নৎত্রগা শাগৈ/য়ুম্লাক অদুনা থৌরমদু/ কর্ম্মদু তৌগদবনি হায়বগী ৱাফম লৈতে, অমসুং হায়রিবা মচৎ/মনাৎসি ইস্লাম ধর্ম্মসিগী অপূনবা সমাজগী ওইনসু লৈতে; মসি মী-মীদুনা মানা-মানা হৈজবদু তৌজবা, মীগী ৱা নৎত্রগা মতেং ঙাইদুনা থবক্তু পাংথোক্লবা তৌরকপদগী মতুং ইন্দুনা চৎনরকখিবা মাল্লি। অদুগা মুস্লিমশিংগী ধর্ম্মগী শেংলবা লাইরিক কুরান্না পীরিবা মরু ওইবা ৱাফম্না-– "অল্লাহ/খুদাগী পাউতাকপু ঙাক্লিবা, হায়বদি, তাইবংপানবা মপুগী য়াথং ইল্লিবা মহাক অদুনা হেক্তমক ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থৌবমশিং পায়বা/তৌবা য়াই" —হায়বসি লৈবনা মুস্লিম খুদিংমক্লা লাইথৌ থৌরমশিং মশা মশানা তৌবা য়াবগী হক ফংবনি, হায়জনীঙঙি।

**(২) খুল্লাক-লৈরাক (খুঞ্জা) লুপ (Socio-Politico-Administrative Section)**

মণিপুরী মুস্লিম সমাজগী "খুল্লাক-লৈরাক (খুঞ্জা) লুপ [Socio-politico-Adminstrative Section of Manipuri Muslim Society] অসি, মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনাহাক্তক্কী খৃঃ ১৬০৬ কী অহানবা " মৈতৈ-পাঙল খুন্থোক" অচৌবগী লুচিং-পুবেন অমসুং পাঙল লান্মীগী লাঞ্জিং-পুরেন পাসা(সিলেট) তরপ কৌবা মুস্লিমগী নিংথৌ পানবা লৈপাক্কী নিংথৌমচা মুহম্মদ সাহ (মৈতৈনা "মংকল নিংথৌ সায়ি" মিংথোনবা) দগী অহানবা ওইনা শন্দোকখিবা অমসুং শমথরকখিবনি। লৈপাক অমা লৈদুনা খুন অমা লীংখৎলবদি নৎত্রগা পাল্লবদি খুন্দুগী ৱায়েন-থৌদা, লৈঙাক থৌদাং লৌননবা খুন্দুবু লাকপা " খুল্লাকপা" হায়বসি লৈতবা যাদে অমসুং খুল্লাকপসিনা খুন অদুগী নৎত্রগা খুন্দুদা লৈরিবা খুঞ্জা/খুনমীশিংদুগী ওইবা হিরম-ৱারমশিং— শা-লানগী নৎত্রগা খুন্নাইলোনগী থৌশীল-থৌরাংগী ওইনা লাক্লিবা থবক থৌবমশিং অমসুং পামদবা থৌদোক-ৱাথোকশিং অমসুং শাথোক-লাম্থোকশিং থোক্লকপদা থোক্লক্লিবশিংদু মায়য়োক য়ানবা; অৱা-নুংঙাই, খুদোংগীবা নৎত্রগা খুদোং চাবদু লাম্থোকহনখিনবগীদমক্তা থৌশীল-থৌরাংবা, পোশীন-খুজীন শীনবা, থবক লৌখৎপা

অসিনচিংবগী থবকশিংসি তৌই অমদি থৌদাং পুই। মৈতৈ পাঙলশিংগী মৈত্রবাক্কী লৈপাক নিংথৌনা শকখঙলবা খ্বাইদগী ঈহানবা খুন লীংখৎখিবসি খৃঃ ১৬০৬ তনি অমসুং মতমদুদা পাঙল'- খুন অসিগী মমিংসি "পাঙল পারা", শমজিল্লগা পাবা/পরা হায়না কৌবস্মী *[চৈথাঃকুমঃ, ২০০৫, ৩৩,৩৭,৩৮]* মদু মতমদুদা মেনুথোংগী মখা, হৌজিক্কী হট্রা/হাপ্তাগী মনীঙগী গোলাপতি লৈরিবসিদনি।

খুল্লাক-লৈরাক (খুঞ্জা) লুপ অসি পাঙল' খুন্নাইগী মীয়ামগী থবক থৌগায় পুবা, খৎন-চৈনবা, নীঙঙাই শংদানবনচিংবগী ৱাতেম-ৱাতাইদুনা ৱায়েনবা, লৈঙাক - খুনঙাক্কী থৌরম-ৱারমশিংদা থৌদাং, থৌগায়, থবক-ইনখাঙ পূন্নমক্কী থৌবু অমসুং মপু ওইবা অমদি হিরম খুদিংমক্তা খ্বাইবু লমজিং-লমতাকপা, থৌদা-থৌশীনবা অমসুং য়াথং পীবা; শা-লান্দা, ঈথিং-পন্থীংদা, খুনগী অমদি লৈপাক্কী থবক খুদিংমক্তা মাঙজীন থাবা লুপনি। লুপ অসিগী মীওইশিং অসি হান্নদগী হৌনা লাল্লোই লাঞ্জিংবা (সর্দ্দার/ সির্দার), লাঞ্জিংলেন,লাঞ্জিং-পুরেন অমসুং লাঞ্জিংলেন-পুরেন (General or Field Marshal) গী মফমশিং পায়ন-ওইনরকপা ঙাক্তনি অমসুং মখোয় মশা -মশাশিংসি লান্মীগী , লাল্লোইলেনগীনচিংবা শা-লানগী, লান্দা-লানকন্নচিংবগী মহৈ-মশিঙশিং নীঙথিনা লৈরবা, ফংলবা নৎত্রগা খঙ-হৈরবা ঙাক্তনি। মখোয়না লান্মী ওইনা, হায়বদি মখোয়গী মরৈপাক, মমা লৈপাক ওইববা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকপু অমসুং লৈপাকসিগী মনীঙ-মখা তন্বা অমদি মরৈপাকসিগী অপূনবা মৈতৈ/মণিপুরী সমাজবু কন্নবা ঙাক্লি-শেল্লিবা, মীরৈপাক-মীরমদম মচাশিংনা লৈপাকসিদা লান্দারকপা ঙমদনবা, লাকচ-খুদুম চন্দনবা অমসুং ঙমখৈ-লমখৈ হেঞ্জিল্লকপা ঙমদনবা মখোয় লান্মী-লাল্লোইশিংগী শক্তম লৌদুনা শাফম-লানফম অমসুং লানশঙ-লানঙাকশঙশিংদা লৈদুনা, শা-লানগা য়াতাম্মিন্ননা নোংলেন-নোংফাইদুনা মানা মানা ঙমজবা মথৌনা মপাঙ্গল পুথোক্তুনা, মাগী মাগী লৈজবা, হৈজবা মহৈ-মশিঙ, মরিংজেন-মবৌশিঙ অমসুং চৈঙাক পাম্বৈশিং শীজিন্নদুনা লৈপাকসিবু ঙাক্লি-শেল্লিবশিংদুগা লোইননা লৈবস্মী।

মৈত্রবাক্কী মৈতৈ পাঙলগী খুল্লাক-লৈরাক (খুঞ্জা) লুপ অসিনা মণিপুবী মুস্লিম সমাজগী ধৰ্ম্মগী পনখৈগী ৱাংমদা লৈবা হিরম-ৱাবম, থৌরম-শীল্লম্নচিংবা করম্না শোয়হল্লোয়দবগে, ফগৎহনগদগে হায়না চেকশিন্না য়েংশিল্লি। খৎন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা,হুরান-চীনথী, মীনম-লৌনম তৌবা, লম্মুন-লৌমুন্নবা, নুপী -অঙাংগী কাগী ৱাথোক-লাম্থোক্লচিংবা পূন্নমক্কী ৱায়েল-বিচার ৱাতেম-ৱাতাইবা, ৱাবক-চৈরাক পীবা অসিনচিংবা পূন্নমক্কী মথৌ-মঙম পূন্নমক তৌই, পুই। মরাল লৈবশিংদা ৱাবক-চৈরাক পী, ৱাকোঙ -শীঙকোঙঙি; মরাল লৈতবশিংদা অচূম্বা ৱায়েল ফংহল্লি। মখোযগী মরক্তা থোকপা ৱাখৎ-ৱারোঙনবা পূন্নমক মখোয়গী চৎন- লোনচৎ, চৎলম -লুপতীন্নচিংবগী ৱাখুন-কাখুন্দা ৱাতাই-ৱাতেমদুনা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী মনুংদা মনা-মনীন

নাইহন্দে, ঈহৌ-ঈরাং হৌহন্দে, তাথী-শোয়নাই থোকহন্দে অমসুং মখোয়গী ওইজরিবা খুন্নাইদু পুক্লীং মরা তপ্পা পালহল্লি।

**(৩) (খুঞ্জাগী) লান্মী-লুপ (Martial/Military Section)**

মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী "লান্মী-লুপ (Martial or Military Section)" হাযবসি মখোয়গী অচৌবা লুপলেন "খুঞ্জা" হায়বসিগী মনুং চনবা লুপনি। মখোয়সি, মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তা খৃঃ ১৬০৬ তা থোকখিবা "অহানবা মৈতৈ পাঙল খুম্থোক অচৌবা" অদুগী মতমদুগী হৌদুনা লান্মী ওইদুনা লাক্লবা মীওইশিং অদুগী চাদা-নাউদশিংদা মমাঙদগী লান্মী লাল্লোই ওইনা লৈরক্লবা মীশিংনি। মৈত্রাবক মণিপুরগী ইতিহাসতি শা-লানগী ইতিহাস ওইনা লৈবা, লৈপাকসিগী মীওইশিংনা শা-লান পাম্বা ওইনা লৈরিঙৈদা লান তৌরগা নুংঙাইজবা অমদি হৈনজবা মীওইশিং অমুক থাজিল্লকপা নৎত্রগা লৌশিল্লকপা ওইবা অমসুং মৈত্রবাক্কী মনীঙ-মখা তম্বা লৈপাকসিনা মনীঙ তম্বা ঙাক্লবা অমদি মজাতিগী খুন্নাই ঈকাই খুম্নববু কন্ননবা অমদি ঙাক-শেন্ননবা লানগী মথৌ তাবনা মৈতৈ পাঙলশিং অসিসু মখোয়না লৈপাকসিগী ঈশিং থক্কুনা, নুংশিৎপু নুংশা শোর ওইনা হোঞ্জিন্দুনা অমসুং লৈপাকসিগী মহৈ-মরোং চাদুনা হিংলিবনিনা লৈপাকসিবু ঙাকপা- কনবদা মখোয়গী থৌদাং লৈরিবদুগী পাউখুম পীননবা মণিপুরী মুস্লিমগী লান্মী-লুপ অসিনা অপূনবা মুস্লিম সমাজগী থৌগায়গী থৌদাং লৌদুনা লেপ্লিবনি।

মৈতৈ পাঙলগী লান্মী লুপকী মীওইশিং অসিগী মপা-মপূশিং অসি নোংমৈ পায়বা/কাপ্পা লান্মীশিং ওইনা অয়াম্বনা লাকখিবা অমসুং মতুং তারকপদসু থাঙ-তা, তেন-আরাম্বাইদগী নোংমৈ (Musket) দা হেন্না হৈনবা, "পাঙল নোংমৈ-কাপ্পা" লাল্লোইশিং ওইরকপনা মখোয়গী মৈত্রবাক মণিপুরগী নোংমৈ পায়বা/কাপ্পা লান্মীগী শীঙলুপতা লৈরকখি। মণিপুর ইতিহাসকী অনৌবা যুগ চঙলক্কুনা অনৌবা মতমগী তাংকক লাক্লবা অমসুং ওইরক্লবা তাঞ্জাদা মণিপুরগী শা-লান অমসুং শাফম লানফমগী ওইবা মীওইশিংগী মনুংদা "সিফাই [নোংমৈ পাযবা, সরকারনা খূৎশূ-খূৎলাই তলব, ফিজেৎনচিংবা পীবা]" অমসুং "লান্মী (থাঙ-তানচিংবনা অয়াম্বা খূৎলাই ওইনৈ, তলব পীদে, অয়াম্বা মরন্নাই পুথোক্লে, লৌচা খরদি ফংই)" হায়দুনা খায়দোক্লক্লবা মতম [মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ (খৃঃ ১৮২৫-৩৪) গী সনা হাক্তক্তগীনি] দসু "সিফাই" গী শীঙ লুপ্তা লৈবকখি। অদুগা "সিফাই" হায়রিবা মৈতৈ লান্মী মখলসিদি-তুলি (Regiment/Battalion) নিপান্দগী তাদনা তুলিহল (First Regiment) তুলিয়ায়মা (2nd Regiment) তুলিনহা (3rd/Junior Regiment), তোপতুলি (Artillery Regiment), কাঙ তুলি, ওইনামলোং তুলি, অসিনচিংবা খায়দুনা লৈরম্মী। হায়রিবা তুলিশিং অমসুং তুলিশিংসিগী কম্পনীশিং লৈরম্বা মফমশিংদু

হৌজিক্তদি লম মমিং ওইনা -তোপ সিফাই, বেঙ্গুন (সিফাই), খুরাই তোপ (খোংনাংমখোঙ, তোপ-চিংথা (ম), ক্লাসিফাই, সুনু সিফাই, কংলা সিফাই, ঈরম সিফাই, নেপ্রা কম্পনী, চবুঙ কম্পনী অসিনচিংবা লৈরি। অসুম্না মমাঙদা লৈরম্বা মণিপুরগী লান্মী শীঙলুপশিংগী মনুংদা মৈতৈ পাঙলশিংনা মশীঙ য়াম্না য়াওরম্বা নৎত্রগা থৌদাং শরুক য়ারম্বসি - তোপ সিফাই, বেঙ্গুন সিফাই (Military band company/ Section), অনীসিগা অতৈ তুলি অমসুং কম্পনীশিংদা য়াওরম্বা নোংমৈ খুদোং (Musket) অমসুং কামার [Rifle (Enfield prior to 1850 A.D. and later, Snader and Martini- Henry)] পায়বা সিফাই (Rifleman) শিংনি। অদুগা মৈতৈনা 'কামন' হায়রগা ব্রিচ লোডিং-গন (Breech-loading gun) 'তোপ' হায়রগা 'মাউন্টেন গন (Mountain gun) বু খঙনরম্মী অমসুং নোংমৈ অরৈবী (Jingal/Gingal)সু শীজিন্নরম্মী। "কামন" সি মণিপুরদা খৃঃ ১৬০৬ তগী লৈরবনি [রাঃকুঃসঃ ১৯৮৫, ৭] অমসুং মখোয়বু শীজিন্নবা/কাপ্পগী লমদাংসি খৃঃ ১৬২০ গী অদুৱাই মৈদিংঙু, খাগেম্বগী মাহাক্তক্তগীদি মৈতৈ পাঙলশিংগী ওইনা লৈরবা খুৎলাইনি। অদুগা মৈদিংঙু গরিবনৱাজগী মতমদদি খুদোং নোংমৈ পাযবা লাল্লোইশিংসি মৈতৈ পাঙলনা য়াম্বা ওইরম্মী, মরমদি মৈতৈ শগোল লান্মীশিংদি নোংমৈদগী আবাম্বাইনা হেন্না হৈনৈ অমসুং শীজিন্নৈ।

মৈতৈ পাঙলগী লান্মী শীঙলুপকী লুপ অসি বৃটিশনা মণিপুরদা লাক্কুনা লান্মীগী ঈশৈ-নোংমাইগী যন্ত্র খোংনবা বেল পার্টীগী বেঙ্গুলনচিংবা শীজিন্নদুনা বঝাই (Band musical section) লাক্লিঙৈগী মমাঙ মৈদিংঙু মার্জিৎ (খৃঃ ১৮১৩-১৯) কী সনা হাক্তক ফাওবদা লান্মীগী ঈশৈ-নোংমাইগী লুপ মনুংদা শিঙ্গা (an arch shaped trumpet) খোংবা লান্মীগী খূৎপু অমসু থোক্লকখিরম্মী। মখোয় শিঙ্গা খোংবা লান্মীশিং অমসুং মীচম প্রজাশিং অদুগী চাদা- নাউদারকপশিংদুনা মণিপুরী মুস্লিমগী য়ুম্নাক -শাগৈ অমা ওইনা "শিঙ্গাময়ুম" শমজিল্লগা "শিঙ্গা" লেপ্পুনা লৈরি।

মৈতৈ পাঙলগী লান্মী লুপ অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তক্কী খৃঃ ১৬০৬ তগী লৈরক্লবসু চৈথারোল কুম্বাবদা মনা-মনীন কয়া নাইদে। অদুবু মৈতৈ পাঙলশিংসিনা মখোয়গী খুন্দা লৈতাবগী তঙ-তাবা ফিবম ফংলবা মতমদা মখোয়সু মৈত্রবাক অপূনবগী রাজনিতিদা শরুক য়ারকখি। অদুগা শরুক য়ারক্লিবা খোঙথাংগী শকওংসি লান্মী-লুপকী শক্তম অসিদনি অমসুং মসিগী পীবিরল্লিবা ঈ-পাউদি ঃ-

হাওৱোইবম লনহাংগী কুম শক ১৬২৩... ৱাকচীং থা থাশিনোং ঈরাই
(খৃঃ ১৭০২ গী ফেব্রুৱারীগী ২ শুবা চয়োল) দা শঙ্গাই য়ুমজাও মৈ হৌ-এ।
থোঙলেন, শগোলশঙ, কালিকাসুং, মংকনশঙসুং শঙ ৬ মা মৈ চাক-এ।।...

খাগোকপম কোইরেং, মেরাই ঙাংবা, অঙোম লনহাং, পাঙল শঙ্গোম, মখোয়
মরিমা য়ুমজাওগী শাহজীন্দা মৈ থা-এ, হায়না নীননৈ-এ ॥...

*[চৈথাঃ কুমঃ ২০০৫, ৬৬]*

অসিনি। মথক্কী য়ুম মৈ থাবগী থৌদোকসি মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংব (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) গী মথক্তা মহাক্কী মখুরানা পোকপা মনাউ ঈবুংঙো ঈবুংশীজ লোইয়ম্ববু নিংথৌ শেমদুনা নিংথৌ ওইহন্নবনি হায়দুনা নৌসোমচা পুখ্রনবা (Minister in charge of food and civil supply) অবোইনা লুচিংদুনা হৌখিবা নিংথৌ শেম্বগী লানহৌদা থোকখিবা থৌদোক্কী ঈ-পাউনি। মেরাই (মেরাইময়ুম) ঙাংবা হায়রিবসি মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবগা মতাউ শান্নবা মৈতৈ পাঙলগী লুচিংবা অমনি, অদুবু ঈবুংশীজ লোইয়ম্ববু নিংথৌশেম্বগী লানহৌদুদা য়াওদবা য়াদবা মতাং থোকপদগী লৌতুনবদুদা য়াওখি, অদুবু মহাক্না, মৈদিংঙু তুবী চবাইরোংববু, খঙজীন-উশিন্নদবা শাদুনা কনখিরম্মী; হায়বদি মৈতৈ নিংথৌগী ময়ুম কোনুংগী শঙ্গাই য়ুমজাওদুগী শাইজীন্দা মৈ চুদুনা য়ুম/কোনুং মৈবম্মী। মতমদুদা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা মনাই-মশল অমতা য়াওদনা কোনুং মনুংদগী চেস্থোক্লকপদা মেরাই ঙাংবসিনা উরম্মী। অদুবু মহাক্না মৈদিংঙুসিগী মথক্তা লান হৌরিবা ওইদুনসু খৃৎলাই পায়খৎখিদে, থাখিদে; মহাক্না খঙদ-উদবা শাদুনা লৈথোক্তুনা লৈরগা মৈদিংঙুবু কোয়না কোযশিল্লিবা য়েক্লবশিংগী মফমদগী নাম্থোক-লীথোকহন্দুনা তুবী চবাইরোংবগী মথৰায় কনখিরম্মী। মরম অসিনা লানসিগী লুচিং-পুরেন পুখ্রনবা অবোই নৌসোমচাবু, মহাক্কী মচানুপা মায়চৌ অমসুং মতুং ইনবা মীওইশিং ২৯ (কুনমাপনগা লোইননা থৌবী য়ান্দুনা পূন্না মী ৩১ হাৎখি *[মথক্কীসিদা, ৬৭]*। অদুগা কোনুং শঙ্গাইগী শাইজীন্দা মৈ চুদুনা য়ুম মৈ থারিবা মেরাই ঙাংবনচিংবা মখোয় মী ৪(মরি) দুবুদি ৱাকোঙলগা (ফাইন তৌবগা) তোকখিরম্মী *[মথক্কীসিদা]* ।

মৈতৈ পাঙলগী 'লান্মী লুপ' অসিগী মীওইশিংসিগী মী তরামবি, মণিপুর লেভীনা অহানবা লীংখৎলকপগী "রাজা গম্ভীর সিংহ লেভী"কৌবিঙৈ খোঙমী ৫০০ (চামঙা) অমসুং মখোয়গী ওফিসার ৫০ (সুবদার ৫, জমাদার ১০, হাবিলদার ১০ অমসুং নাইক ২৫), শগোল-লান্মীগী-লাল্লোই ৪০ অমসুং মখোয়গী সির্দার/সর্দ্দার ৪ (মরি), পূন্না লান্মী-লাল্লোই মশীঙ ৫৯৪ খক্তা লৈরিঙৈদা শগোল-লাল্লোইদা অহুম অমসুং খোঙমী লান্মীদা ১১ (তবামথোই) খৃঃ ১৮২৪ দা য়াওরম্মী। অদুগা খৃঃ ১৮৯১ গী মণিপুরগী অরোইবা নীঙতম লান্দসু মৈতৈ পাঙল মচা কযানা মশাগী ঈনা মমালৈপক্তা কৎখিরম্মী।

**(৪) ঈংখোল শঙবগী লুপ (Vegetable Growers' Section)**

মৈতৈগী/পাঙলগী (মণিপুরীশিংগী) "ঈংখোল শঙবা" হায়বসিনা খঙনরিবসি চীঞ্জাক অমসুং চীঞ্জাক্কা মবী লৈনবা মনা-মশিঙ, মহৈ-মরোং, মরু-মরাং, মন্ধ-মবা,

মরোই-মপাং, পাম্বী-শীঙবী, মনা-মপান, পান্নাউ-শিঙনাউনচিংবা য়ুমগী ঈংখোল য়েনকোন্দা অমসুং লৌবুক-লৌফমগী লৌকোন ঈংখোলদা মখোয়সিগী মপাল-মউশিং থাবা, ঈংখোল কোইবা, লোকপনচিংবা তৌরিবা মীওইশিং অদুবুনি। মখোয়সি এগ্রিকলচর, হৌর্টিকলচর হার্বীকলচর (Agriculture, Horticulture, Harbyculture) নচিংবগী থবক পায়রিবা অমসুং মখোয়সিদমক্তা লবুক্তা খোঙদারিবা মীশকশিংনি।

মৈতৈ পাঙল- খুন্নাই, মণিপুরী মুস্লিম সমাজগী ঈংখোল শঙবশিংসিনা পোইরৈ-মৈতৈ লৈবাক, মণিপুরগী লৈপাক-লৈহাও, লৈমায়গী কুয়োম, লৈতঙ্গায়-লৈকন অমসুং লৈনুং-লৈশা, লৈপাকশিংদা লোত্তুনা লৈরিবাময়াইব্রু শীঙথিনা খঙ্গলম্মী। হায়রিবা লৈপাকশিংসিদা লমদমসিগী ঈশিংগা মখোয়গী মশাদগী থোক্লকপা হুমাংগী মরীকশিংগা পূন্না তোৎশিন্নদুনা চায়রগা লৈপাকসিগী লৌউ-শীঙউ অমসুং শীল্লমসিগা মরী লৈনবা, মচৎ-মতৌ নক্লবা অমসুং শীস্থোঙ-শীস্থা তীন্নবা নৎত্রগা মান্নবা হিরম লমদাংশিংগী মায়কৈদা চঙশিন্দুনা অমদি লৌবুক ঈংখোলগী অশং-অমান, অনৌ-অপোৎনচিংবগী পোত্থোক অমসুং চাগা হেনগৎহন্দুনা অমদি চাকথোক থোইগৎহন্দুনা মৈত্রবাক্কী অতৈ খুন্নাইশিং-বামোন, মৈতৈ, ক্ষেত্রী, লাইরিকয়েংবা, কৈ, লৈমনাই, নিংথৌনাই, চীঙলোই অমসুং তম্পাক্লোই পূন্নমক্কী মখোয়-মখোয়গী লুপ অচৌবা অমসুং অপীকপা/মচাশিংগী চিঞ্জাক্কী লমদা চঙলক্কদবা, মথৌ তারক্কদবা/লৈরক্কদবা, খুৎহৈবশিং, শীন্নাইবশিং, লাম্মী-শীন্মীশিং, লৌমী- ঙামীশিংনচিংবগী পোৎচঙ-পোৎলমশিং-- চান -থক্লবা, পোৎশেম- পোৎশাগদবা, পোৎথোক থোকহন্নবগী মচাকশিংনচিংবা পীদুনা ঙমখৈ নাইদবা থৌদাং পাংথোকই অমসুং মতেং পাংঙি। ইংখোল শঙবশিংনা য়ুম অমগী ইমুং অমদা ঙসি - ঙসিগী মথৌ চঙলিবা অতেকপা অমসুং অশেংবা মনা-মশিঙ, মহৈ-মরোংনচিংবা চীঞ্জাক্কী পোৎলমশিংগী মচলশিং অমদি খুৎশূ-শীনশূগী লীমোন, লীহিং, লশিঙনচিংবগী পোৎচাক পোৎলমশিং থোকহন্দুনা পুথোকপা অমদি মখোয় শীনশূ-শীস্থারিবা মীওইশিংদা মচাক পীদুনা তেংবাংবদা নত্তনা মৈত্রবাক অপূম্বগী, অপূনবা মৈতৈ লাম্মীগী শা-লানগী লাঞ্চাক-চেঙজেনগী মচনশিংসু পী অমসুং অতৈ শোয়রক-ঙাম্লকপা, খুদোং থীরকপা, মহৌশা লাইরেম্বী উপদ্রপ(Calamity) শিং কুম কাংবা, ঈকং থোকপা, ঈচাউ-ঈথুম থোক্লকপা, মতীন-মকাং কল্লকপা নৎত্রগা লৌনচিংবা তীন তাবা, কুমচৎ-লাইচৎ লাকপা, অসিনচিংবগী অঙাক-অকন, মেনন-তাইনবনচিংবগী তুংশিন-তাশিন্দুনা, পৈশিন-লীশিন্দুনা অমসুং খাকচিন-থমজিন্দুনা চীঞ্জাক্কী কৈ-কোৎ (Granary/barn) শিং ওইনা লৈরিবা লৈপাক খ্বাইগী অমসুং লৈমা নিংথৌগী কৈশঙ-শঙলেন (Godown) শিংদা তুংলমচৎকী ওইনা য়োক-কন্দুনা থম্মনবা পোৎলম-চৈরমশিং ফাওবা পী। হায়রিবা মতৌসিদা লীশিল্ল -খাকচিল্লবা

পোৎলম-চৈরমশিং অসি লৈপাক্কী কৈশিংদা চঙখি-থমখিবদগীদি খ্বাই মীয়ামগী ওইবা লন-থুম (public property) ওইখ্রবনি অমসুং হায়রিবা মদুশিংদুনা লৈপাক্কী ওইনা খুদোং থীরক্লবা অমসুং অপূনবা সমাজগী চিরবা মতম-তাঞ্জা পুথোক্তুনা শীজিন্নরগা মীয়ামগী অৱাবা কোক্লে অমসুং খুদোংথীবা ঙাক্লে।

পাঙল-ঈংখোল শঙবা লুপকী মীওইশিং অসিনা মালেম লৈপাকলৈমগী মতেং লৌজদুনা পোইরৈ মৈত্রবাকসিগী নৎত্রগা মৈদিংঙু মৈতৈ নিংথৌগী প্রজা অমমম ওইনা মখোয়গী শৃজ-নোমজমন, মপাঙ্গলমল অমসুং হুমাংমলনা মখোয়-মখোয়গী মতমদুগী লৈবাক্কী কৈথেলশিং, মরু ওইনা, মৈদিংঙু সনা কৈথেল্লেন নৎত্রগা মৈদিংঙু মোইরাম্বা কৈথেল, অৱাং কৈথেল, খা-কৈথেল, খুমন কৈথেল, ফয়েং কৈথেল, অন্দ্রো কৈথেল, শেক্তা কৈথেল, অসিনচিংবগী, অমসুং লৈম-নিংথৌ, অঙম-অথৌ, অচৌ-অশাং, অতৈ লৈবাক্কী মতিক-মঙম লৈজবা মীওইশিংগী মখোয়-মখোয়গী মরন্নাইগী ওইবা লন্নাইগী কৈ, পুক্কেনচিংবা পোথম্ফম-পোৎপৈফমশিংগী মবুক থল্লহন্দুনা লৈপাকসিগী অমসুং মীয়ামগী সেবা তৌবদা শরুক য়াই। অদুদসু নত্তনা মৈতৈ পাঙল ঈংখোল শঙবশিংসিনা মথক্তা থমজখ্রিবশিং অসিদা নত্তনা লৈপাক খ্বাইগী ওইবা কৈ পুক্কেশিং, ঈংখোলশিং ; লৈমা-নিংথৌগী, অঙম-অথৌশিংগী অমসুং অচৌ-অশাংশিং (নিংথেমচাশিংনচিংবা) গী লনগৈ, পুক্কে, ঈংখোল, লৌবুক, লম-শফম (Farm) শিং, ঙায়োককোমশিং, শোইফমশিং উয়োককোন, ইফম্নচিংবা ফাওবা শঙবা, ঙাক-শেনবনচিংবগী থৌদাংসু লৌই।

**(৫) খূৎহৈবা লুপ (Skilled Artisans' Section)**

মণিপুরী মুস্লিম সমাজগী "খূৎহৈবা লুপ (Skilled Artisans' Section)" হায়বসি "খুঞ্জা" অমসুং "ঈংখোল শঙবা" হায়না অচৌবা লুপলেন অনী খায়দোক্তুনা লৈরম্বদুগী ঈংখোল শঙবগী লুপলেন নৎত্রগা 'কাংলুপ' কী মনুংদা চল্লি। মখোয়সি খূৎশা-হৈবগী লমদাংশিংদা হৈথোই-শিঙথোইরবা মীওইশিংগী লুপ্নি। মখোয়না শাবা/ শেম্বা পোৎশকশিংসি অখন্নবা খূৎ নানবা, নীঙথি-ফজনা অযেংবা-অউবা মীশিংগী পুক্রীঙ চিংশিনবা পোৎশকশিং ওই। তশেংনমক ফাইন আর্ট (Fine art) কী ওইবা পোৎলমশিং শাবশিংগী মীওইবশিংনা শাবা খূৎহৈবগী লুপনি। হায়রিবা লুপসিগী শীল্লম অসি খরমথৈ য়াম্না অরু-অহেন অমসুং অকে-অমৌগী পোৎলমশিং শারম্বা ওইনা লৈ। মণিপুরী সমাজ অমসুং মখোয়গী লৈপাক মণিপুরদি খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদদি লাল্লপুকী মতেংনা সমাজ অমসুং লৈপাক লীংলবা মীগী জাতি অমসুং লমদম্নি। হায়রিবা লাল্লুপকী থৌদাং, শীন্থা অমসুং শীনশৃগী চিরমশিংসিদসু লৈপাক্কী অপূনবা ওইবগী পরীং অমসুং পরমদা 'খূৎহৈবা লোইশঙ' হায়দুনা খূৎহৈবশিংগী লোইশঙ অমসুং শীনশৃ-শীন্থাশঙ লীংদুনা লৈরম্মী *[সঃপঃমঃ, খুঃ লাইঃ অমসুং খূঃ চঃ সঃ, ১৯৯৭, ৩৪]*

মৈতৈ পাঙলগী খুৎহৈবা লুপকী মীওইশিংসু হায়বিবা লোইশঙসিদা কাবা ঙাক্তনি। খুৎহৈবা লোইশঙসিগী মশীন-শীন্থা ওইনা পীবীরম্লিবদি ঃ-

*খুৎহৈবগী মসিন্দি ঃ*

লীকুং য়িৎপা, তেন্না চনবা, তাখোক চুম্বা, তেংনা হুমাই শাবা, তোংজৈ উতোং য়েকপা, লেপখন হুমাই য়েকপা, পাসী(বাঁশি) য়েকপা, হি য়েকপা, দোলাই য়েকপা, পাঙনদেম য়েকপা, মেনগি (কংলা মেন তোংবগী) সিংহাসন য়েকপা, লাইগী আসন (Seat) য়েকপা ; তৱোৎ, তমং সাবা, নাচৈ, য়েৎপু য়িৎপা,তেম্ য়িৎপা, পজেং য়িৎপা, পজেং তূম্বা, উতোং মচীন্ তেম্বা, আরংগি-অরৱার সাবা, সত্র (ছত্র) গী মক সাবা, সত্রগী মরু যিৎপা, চামু ৱোনবা, চা (Lac or lacquer) ৱোনবা, চা তৈবা, জমেন অমসুং হিংৱোন তকপা অমসুং তৈবা, আরাম্বাই শাবা অমসুং চনবা, পজেং ফিরান য়িৎপা, সংগাই (থাঙ) থৌগল য়িনগনি, সনা লুপকনি, সমজিন বু-কং সাগনি, য়ৈনা-ফক (ফৌ য়ৈবগী ফক) চপ্পা, লম্বুখোক চুম্বা, লংমৈ পুঙলেন মখোক সনা লুপপা- অসি তৌগনি *[মথক্কীসিদা, ৩৪]*

অসিনি, মসি নত্তবা পাঙলখক্তগী ওইবা অতৈ শীল্লম-শীন্থোঙগী লোইশঙ অমসুং শীনশূশঙ খরসু লৈরি। পাঙল/মুস্লিম খুৎহৈবশিংনা মথক্তা পীখ্রিবা থবকশিংসি, থবকশিংসিদগী খবা নৎত্রগা অমা মহাক্কী ময়ুমগী নত্রগা মরন্নাই শীনফম ওইনা ময়ুমদা শীনশূশঙ শাদুনা পায়বা য়াই।

**(৬) শীন্মী -লুপ (Industrial Workers' Section)**

'মৈতৈ পাঙল' খুন্নাইগী শীন্মী-লুপ নৎত্রগা শীন্মীগী লুপ (Industrial Workers' Section of Manipuri Muslim Society) অসি মখোয়গী অচৌবা লুপলেন অনী- 'খুঞ্জা', অমসুং 'ঈংখোল শঙবা' হাযবসিদগী অকোনবগী লুপলেন অসিগী মনুং চল্লি। লুপ অসি শীন্নাইবশিং অমসুং অতৈ শীন্মীশিংনা শাবা লুপনি। 'শীন' হায়বসিগী ৱাহন্থোকসিনা কোল্লিবা লমকনসি পাক-চাউবনা শীল্লমশিং অমসুং শীনফমশিংসি মশীঙ য়াম্মী। অদুবু শীন্নাইবগী ৱাফমসিদা মীৎয়েং থল্লকপদদি মসিগী ওইনদি খরমখৈ অকক্লবা শীল্লমদা তাশিন্দুনা লৈবগুম তৌই। হায়জরিবা ৱাফমসি খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লৈরম্বা মনীঙ-মখা তম্বা, মশা মতোমতা লৈঙাক-ৱায়েন থৌদা তৌজবা নিংথৌ পানবা লৈপাক মণিপুরগী ওইনা লৈবল্লিবা শীন্নাইবা লোইশঙদুগী মশীন্দগী উবা ফংই, মদুশিংদুদিঃ-

*শীন্নাইবগী মসিন্দি ঃ*

লমচৈ হুমাই সাবা, চোমমং খরাই সাবা, খুবোময়াই সাবা, খুদাংয়াই সাবা, য়েংখেন খেরুক সাবা অমসুং চপপা, য়েন্দাই অমসুং চেঙচামলুক

সাবা, সিয়াই রুক সাবা, ফিয়ারুক সাবা, মিতম সিয়ারুক সাবা, লী য়িৎপা, খরাই সাবা, ; লোম্লৈ, লৈরেন-লৈচাউ, লুরেন লুথক, ক্বাকলৈ অমসুং তোনচেপলৈ সাবা; মৈহুম উতোংগী য়েন্দু সাবা, কৈরেন (কাইবেন) কাইজাওগী অমসুং কাংগী মথককী লী য়িৎপা; খোইবু তোনচেপলৈ অমসুং য়াকু লুবাক সাবা, লোলাই লী লোনবা, তাঙবল লী লোনবা, তরেঙ মনা তাবা ...*[মথক্কীসিদা, ৩৫]*

অসিনি। অদুবু শীন্মীগী ৱাফম লাকপদদি শীল্লম-শীনফম পূন্নমক্কী লমখৈসি কোনবনিনা চফু শাবা, চে শাবা, ফি শাবা, অসিনচিংবা ইন্দস্ট্রিয়েলগী মখল পূন্নমক থবকসিদা চল্লি। অদুগা খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লৈরম্বা মৈতৈখক্তগী ওইবা লোইশঙশিং অমসুং শীনশৃশঙদি ঃ-

*পাঙল ফুন্দ্রেগি মসিন্দি ঃ*

হিদাকফু মখোঙ, মঙক অমসুং পেগী মোইদোন খেৎপগী মখৈ মখোয়গীনি। (ফুন্দ্রে) চিংবদি লোইখোঙ কাগিনে, চিংবদি মখোয়না চিংঙে। য়াইরেক সঙদা কাবনা- ফিরান মোইদোন, তোংজৈ ফৈ, ফান মখোঙ, হোরাই, লাইরিক মখোঙ অমসুং সাইরুক মখোঙ (ফুন্দ্রে খেৎলে) *[মথক্কীসিদা, ৩৬]*।

অসিনি। মসি নত্তবা পাঙল লোইশঙশিংদি --- পাঙল শঙলেন (Department of Muslim affairs), পাঙল ঈংখোল অমসুং পাঙল কৈখোঙতা ঈংখোল- অহুমসিনি। অদুগা পাঙলশিংসি মখোয়না কাৱা লোইশঙ খরদসু কাদুনা মণিপুরগী লাল্লুপকী থৌদাংসি লৌরিবনি অমসুং থৌগায়শিং তৌরিবনি।

**মৈতৈ পাঙলগী লুপশিংগী থাক**

মণিপুর ইতিহাসকী মতম তাংকক খরদা মৈত্রবাক মণিপুর হায়রিবা লৈপাকসিগী প্রজা নৎত্রগা মরৈবাক মচা অমমম ওইনা অৱা-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নদুনা লৈপাক থৌগায় পুরকপা, থৌদাং লৌবকপা যারক্লবা মৈতৈ পাঙল (মণিপুবী মুস্লিম)শিংনা লৈপাকসিগী খ্বাইদগী হেন্না মীশীঙ য়ামলিবা মী কাংলুপ অসিগী ফুরুপ অমা ওইনা লৈঙাক ৱায়েন, ৱায়েন-থৌদা, ৱারক-চৈবাকপা অমসুং লৈপাক লৈঙাকপগী মথৌ মঙম, মতিক মপাঙ্গলনচিংবা পূন্নমক মখোয়গী খুবামনুংদা লৈবকখিবা তম্মীগী যেক তরেৎ, শল্লাই মাপনগী মীওইশিংগা খুজেং পাল্লোইনদুনা লৈপাকসি মরু ওহবা থৌদোক-ৱাথোকশিং ফাওবদা শরুক য়ারকখি। অদুগা খন্ন-নৈনবগী মতম তাংকক (খৃঃ ১৬৫২ - ১৮১৯) সিগী মনুংদা লৈবিবা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসিগী লুপ ৬ (তরুক) সি মতমদুগী ওইবা মাগী মাগী লৈপাক- নিংথৌনা অমসুং খ্বাই মীয়াম্না শকখঙ-মায়খঙবিবা, ঈকাইখুম্নবিবগী মফমশিং লৈজৈ।অদুগা হায়রিবা লুপশিং অসিবু অপূনবা মৈতৈ লৈপাক্কী লৈমা নিংথৌ, অঙম-

অথৌ, অকন - অয়াঙ অমসুং অচৌ-অশাংশিং অমদি মখোয় মুস্লিম সমাজগী মশাগী মনুংদুগী ওইনা থল্লবা/লৈরম্বা মাগী মাগী থাকশিংগী মশকশিং, অমসুং মশকশিংদুগী ওইনা পীবা ঈকাইখুম্নবগী ফিবম-ফিরেপশিংসু লৈজরম্মী। মুস্লিমশিংগী লুপ (Section)শিং অসিগী মনুংদা মৌলৱীগী লুপ নৎত্রগা মেরাইগী কাংবু অসিনা খ্বাইদগী ঈহেন হেন্না ৱাংবা থাক্তা লৈবম্মী। মেরাই -লুপ অসিগী মথংদা খুল্লাক-লৈরাক লুপ, হায়বদি,মৈত্রবাক মণিপুর অপুম্বগী খুনঙাক-লৈঙাকপা, ৱায়েন-থৌদাবদা অমসুং মখোয় মৈতৈ পাঙল খুন্নাই মনুংগী ৱায়েন-থৌদা, ৱারক-ৱাতেম অমদি লৈঙাক-থৌদা থৌশীল তৌরিবা মঙ্গলশঙ নৎত্রগা পাঙল শঙলেন লোইশঙগী লাকপা/ শঙলাকপা, শঙলাক-হিদং হঞ্জবা, হিদং-শঙ্গোইবা, লাল্লুপচিংবা (Manager of Lallup duties and affairs), লোইশঙ- শেল্লুংবা, লোইশঙ কৈরুংবা,ৱায়েন-চৈরাক শঙগী ৱায়েনবা কাজী (Kajee=Muslim judge or magistrate) অমসুং লোইশঙলোই (Official members of junior grades) শিং লৈ। খুল্লাক-লৈরাক লুপকী মথংদা লাল্লোই লান্মীশিংগী ওইবা কাংবু লান্মী-লুপ লৈ। অদুগা লান্মী-লুপকী মথংদা খুৎহৈবা-লুপ অমসুং মথংদা শীন্মী-লুপ লৈ। হায়রিবা লুপ অনীসিদি, মথক্তসু পঞ্জখ্রে, লৈপাক্কী ওইনা লাল্লুপ কাদুনা লাল্লুপ লোইশঙগী শীনশূ-শীন্থাশঙ (Workshed) শিংদা কাদুনা খুৎশূ-শীনশূদুনা খুৎনাই-শীন্নাইবগী থবকশিং তৌরুই। অদুগা অতৈ শীল্লমশিংগী ওইনা লৈপাক খ্বাইগী শীন্নাইফম/শীন্নাইশঙদা কাদুনা লৈপাক থৌগায় শূরি-পায়রিবশিং [ মখোয়সি অহানবদা পাঙল লোইশঙ নৎত্রগা মঙ্গল শঙলেন্দা হাননা কাদুনা/য়ৌদুনা মশক উৎলুগনি, অদুগা মদুদগী থারকপা থৌদা নৎত্রগা পীকপা শীন্থাগী মতুং ইন্না মাগী মাগী ওইরিবা শীল্লমগী অতৈ শীন্নাইশিংদুদা কাদুনা থবক শূরুগনি] গী লুপশিংনি। অদুগা অরোইবদা, হায়বদি মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী লুপশিংগী খ্বাইদগী হেন্না নেম্বা নৎত্রগা হন্থবা থাক্তা ঈংখোল শঙবশিংগী লুপ লৈ। মখোয়সিদসু কৈখোঙ-তা, কৈথেল, অসিনচিংবা ফুরুপ খরা অমুক লৈরি। ঈংখোল কোইদুনা মনা-মশিঙ থাবগা হুমাংমন্না পোখোক পুথোক্লিবা মখোয়সিদি খরমখৈ পুক্লীঙ মরা তপ্পা লৈ।

**শীনফমগী মতুং ইনবা লৈপাক্কী থৌ**

মণিপুরী মুস্লিম সমাজগী লুপশিং অসি লুপ-লুপতুনা পায়রিবা/তৌরিবা শীল্লমশিং অদুনা মখোয়-মখোয়গী হিংননবা লাম্থেংনবনা শীনফম ওইদুনা শীনফম/ শীল্লমদুনা লৈপাক্কী নৎত্রগা মৈত্রবাক্কী লৈঙাক্লোনগী থৌ/মথৌ পুনদুনা লাকখিবনি। মখোযনা পুরিবা লৈবাক্কী থৌ অসিনা ইতিহাসকী শাংলবা লমদাংদা মখোয়গী খুন্নাইগী লুপশিং অদুগী শীনফমগী মশকসু তাক্লি অমসুং লেপ্লিবনি, হায়বদি মখোয়বু মাগী-মাগী শীনফমদুদা অমসুং শীনফমদুগী ওইনা মণিপুরগী লৈঙাক্লোন্না মশক খঙলিবনি।

মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসিগী মৌলৱীগী লুপ্তা লৈবা মীওইশিং, হায়বদি, মৌলৱী নৎত্রগা ইস্লাম ধর্ম্মগী লমজিং-লমতাকপা ওইবা মীওইশিং অমসুং মখোয়গী ঈমুং-মনুংগী মীশকশিং অদুদি খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙগী মণিপুরদা লৈঙাক্লোনগী ওইনা মণিপুরগী লৈপাক পানবগী পরীংদা মণিপুরদা লৈরিবা মী কাংলুপ/ফুরুপ পূম্নমক্কী খ্বাই-মীয়ামগী ওইনা চৎনদুনা লৈরবা নুপা ওইবা পূম্নমক্কী মশাগী চহী ১৭ (তরাতরেৎ) তগীনা চহী ৬০(হুম্ফু) ফাওবগী মনুংদা লৈবা মীওইশিংনা নুমিৎ ৪০(নিফু) নি খুদিংগী নুমিৎ ১০ (তবা) নিগী মতম (চহীদা নৎত্রগা নুমিৎ ৩৬০ নিদা নুমিৎ ৯০, থা অহুমগী মতম) লৈপাক্কী ওইনা কাইথোকপগী থৌ "লাল্লুপ" নৎত্রগা "লাল্লুপ কাবা" হায়বসিগী মথৌ, মঙম, থৌগায়, থৌদাং অমসুং থৌপাং-থৌপুবগী থৌ/থবক অসি পুহন্দে/পুদে, হায়বদি লাল্লুপ কাদে/কাহন্দে। অদুগা মৌলৱীশিংসিবু মুসলমান/মুস্লিমশিংদুনা মখোয়গী ইস্লাম ধর্ম্মগী লুচিংবা মকোক অমসুং লমজিং-লমতাকপা গুরু ওইনা থমদুনা ঈকাই খুম্নবগী থাক্তা মফম অমা পীদুনা থম্বনিনা খুঙ্গংগী, খুন-লৈকায়গী খুন্দিন (Meeting of villagers at village level) মীতিন্দসু লৈপাক্কী অমসুং খুনগী ওইনা কাগদবা/কাবা লাল্লুপকী থৌ থাদে, থবক পীদে; অদুগা মহাক্কী খুন-লৈকাযগী খুঞ্জাশিংনসু মখোয়বু লাল্লুপ কাহন্দে। মৌলৱীশিংসিনা মতম পূম্নমক্তা মৈতৈ/মণিপুরী পাঙল/মুস্লিম খুন্নাইগীদা নত্তনা অপূনবা মণিপুবী সমাজগী য়াইফ-নুংঙাই পীবিনবা অমসুং অৱাবা, খুদোংথীবনচিংবা পূম্নমকপু ঙাকথোক্তুনা কনবীননবা তেংবানবগী মপু 'অল্লাহ'দা খুরুম খাজঙজদুনা লাইনীঙ হীরী কোন্দুনা অমসুং কোরৌ লনশাদুনা(লাই নীঙদুনা) লৈহনবগুম তৌই।

মণিপুর ইতিহাসকী হায়রিবা মতম তাংকক (খৃঃ ১৬৫২-১৮১৯) সিগী মনুংদা মণিপুরী মুস্লিমশিংসিগী ইস্লাম ধর্ম্মগী ওইনা খ্বাই-মীয়ামগী ওইবা লাই' খূরুম'- শঙ নৎত্রগা লাইনীঙ'- লাইশোন' তৌফমশঙ (মী ৫/১০,৫০/১০০ নৎত্রগা হেন্না পুনবা য়াবা নৎত্রগা পূন্না লাই খুরুম্মিন্নবা য়াবা) নৎত্রগা মসজিদ (Mosque) লৈরম্মী হায়বগী চপ চাবা শাক্ষী প্রমান অমতা ফংবা ঙমদ্রি। অদুবু মখোয় মীওইবনি, মী/মীওইবা হাযবসি লৈরবদি লাইদা থাজবা, কিবা, খুরুম-খাজঙজবা, হায়বসি লৈ, মরমদি, ঙসিদগী চহী ৭২,০০০ (লীশীঙ হুম্ফুদ্রানীথোই) গী মমাঙগী মতমদগী হৌদুনা মীওইবগী লাইনীঙলোনগী ৱাখল অসি পোকখ্রে অমসুং লাইনীঙ লৈখ্রে *[R.D.A, 1974,19]*। অদুগা মীগী লুপ/মরুপ, মীরুপ অমা লৈরবদি মীশিংদুগী উনফম/পুনফম/তীন্নফম, ফমিন্নদুনা ৱারী-ৱাতাই শান্নফম নৎত্রগা অতৈ হিরমশিংগী থবকশিং, থৌবমশিংনচিংবা তৌনবা/পাংথোকমিন্ননবা মফম অমা/অমমম মমাঙঙৈগী মতমদগী লৈনখ্রে। মরম অসিনা অসিগুম্বা মীয়ামগী লাইনীঙমিন্নফম/লাইশোনমিন্নফম মফম নৎত্রগা শঙ অমা লৈবা হায়বসি মহৌশানি। অদুদি পোইরৈ মৈত্রবাকসিগী থেংলবদা খৃঃ ১৬০৬ তগী লৈরক্লবা মৈতৈ পাঙল খুন্নাই অসিগীসু অসিগুম্বা লাই খুরুমশঙ [অরবিক নৎত্রগা

পর্সিয়ান/ইরানিয়ান (Arabic or Persian/Iranian) মরোন্দ 'মসজিদ' কৌবা] নৎত্রগা লাইনীঙ-লাইশোনশঙ (Prayer-house/home) অমা, হৌজিক্কী মতমগী অসিগুম্না নুঙ-চেক্কী, নঙঙৌ-লীকশঙ নুঙনচিংবগী নত্তবা নৎত্রগা মীরৈপাক মীরমদগী ফজ-ফজরবা লৈতেং লৈথেৎ কয়া হাপ্লবা অসিগুম্বশিং ওইদ্রগসু উ-ৱানা শাবা, তৌ-শীঙনাংনা ফক্লাং খাবা ওইরবসু অমদি লৈরমদবদি ওইরোয়দ্রা হায়না খঞ্জে, মরমদি, মীওইবনা অৱা-অনা তারক্লবা মতমদা কদায়দা, কনাদা হায়জবগে? মহাক্কী মপান নাইদ্রবা লৈফমশিং লৈদুনসু মীওইবনা মহাকপু খুরুম-খাজঙনবা, লাইনীঙ-লাইশোন তৌননবা মফম অমদি লীংখত্তুনা থম্লে। হায়রিবা মণিপুরী মুস্লিমশিংগী লাইনীঙ-লাইশোনশঙসি খৃঃ ১৮৯১গী মমাঙদা লৈরম্লে হায়না খল্লবসু/লৌরবসু হায়রিবা মতমসিদা ইস্লাম ধর্ম্মগী পরম-পরা, সংস্কৃতি, নিতি-নিয়মচিংবগী মহৈ-মশিঙ তম্নবা মহৈ-তম্ফমশঙ 'মদ্রাসা' লৈরমদে, লৈত্রি। করিগুম্বা অসিগুম্বা মসজিদসি লৈরম্লবদি মদুনা মদ্রাসাগী মথৌ-মঙমসু পুরমগনি নৎত্রগা মদ্রাসাদুনা মসজিদগী মথৌ-মঙমসু তৌরমগনি, হায়বসি চেৎনা থাজজে।

মণিপুরী মুস্লিম সমাজগী খুল্লাক-লৈরাক লুপশিং অসিগী মীওইশিংগী লৈপাক্কী থৌদি মখোয়গী সমাজসিগী মনুংগী ওইবা ৱাথোক-লাম্থোক, মীহাৎ-মীপুন, খৎন-চৈনবনচিংবগী ৱায়েল ৱাতেম্বা/ৱাতাইবা, ৱায়েল-বিচার তৌরগা ৱারক-চৈরাক পীবা; মণিপুরী মুস্লিম পূম্নমক্কী ওইবা লৈপাক্কী থৌশিংগী অশীন-অরাং তৌবা, য়াথং-থৌদা পীবা, থৌগায়-থৌদাং পুগদবা মীশিং মথৌ-পীবা, মখোয় অফ-ফত্ত য়েংশিনবা, শেন্নবা, অঙাক-অকন্নচিংবা তৌবা অমসুং শা-লানগী মতমদা মুস্লিম লান্মীশিংগী লুচিং-পুরেন ওইদুনা থৌদাং লৌবা; শা-লান লৈতবা মতমদা মুস্লিম খুঞ্জাশিংদা রাজনিতিগী সমাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী ওইবা হিরমশিংদা তাকপী-তম্বীবা, অসিনচিংবনি। লুপসিগী মীওইশিংগী মরক্তা কাজী, লান-লেনশিং অমসুং লাঞ্জিং-পুরেনশিং লৈরম্মী, মসি অকন-অথৌ, অয়াঙ-অরিংবনচিংবা লাল্লোইশিংগী লুপনিনা মখোয়সি মণিপুরী মুস্লিম খুন্নাইগী অতৈ লুপশিংগী মীওইনা কি-হঙ্গোয়না অমসুং নুংশিনা ঈকাই খুম্লে অমসুং লোইনৈ।

মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসিগী লান্মী-লুপকী মনুং চনবা মীওইশিংসি মরু ওইবা লাল্লুপ কাবা মীওইশিংগী মনুংদা লৈ। মখোয় অসি শাগী মতমদা শামী, লানফমদা লাল্লোই-লান্মীনি অমসুং শা-লান লৈতবা মতমদদি মখোয়সি শীন্মী ওই, লৌমী ওই, থবক শূবা মী (Labourer) ওই।

**লাল্লুপ কাবা মুস্লিম-লুপশিং**

মমাঙঙৈগী অমসুং খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙগী মণিপুরী মুসলমান সমাজগী মনুংদা লৈরিবা লুপশিংগী মনুংদা মীর-মৌলৱী লুপ অমসুং ইংখোল শঙবা-লুপ অনীসি নত্তনা

অতৈ লুপশিং— খুল্লাক -লৈরাক , লান্মী, খূৎহৈবা অমসুং শীন্মীগী লুপশিং পূম্নমক লাল্লুপ কারন্মী। লাল্লুপ থৌসি পুদবা য়ারমদে, শোয়দনা পুনরন্মী। মমাঙগী মণিপুরী মুস্লিমশিংগী ৱায়েল-থৌদাগী ওইনা লৈরিবা পাঙল্ল লোইশঙ নৎত্রগা মঙ্গল শঙ/ শঙলেনসিদি নুংতিগী লেপ্পনা মখোয়গী শঙফম-লোইদা কাবদা নত্তনা মৈতৈ পাঙলশিংনা অতৈ পাঙল, মৈতৈ, নোংপোকচা, নোংচুপচা, চীঙমী অমদি তমলোইগী শঙশিং নৎত্রগা শঙলেনশিংদা কারুগদবা, তৌরুগদবা/শুরুগদবা শীল্লমনচিংবা শীনবা নৎত্রগা মথৌ থাবা/পীবা (Allotment of duties) গী মথৌশিংদু তৌই। ৱাফমসি মথক্কী মতাং অমদসু পঞ্জখ্রে, অদুগা মরু ওইনা পাঙলশিংনা কারিবা শঙ, লোইশঙ নৎত্রগা শঙলেনশিংদি -

(১) লান্মী লোইশঙ,

(২) লান্মী য়াইরেকশঙ (office of Soldiers on nights duty),

(৩) কৈরুংবা য়াইরেকশঙ (Institution of Staffs on night duty for storage/godown),

(৪) থোঙশঙ (Office of gates and gate keepers),

(৫) লাংশঙ-শঙলাংমৈ (Institution of service to his Highness in Martial affairs),

(৬) পানা শঙলেন/লোইশঙ (Political divisional institutions, there were 4 in number).

(৭) লৈকায় শঙলেন/লোইশঙ (political Sub-dıvsional officer & depertments, there were 4 in number),

(৮) লৈকায় লান্মী লোইশঙ (Martial institutions of 4 political sub-divisions),

(৯) শীন্নাইবা লোইশঙ (Industreial workers' institution),

(১০) খূৎ হৈবা লোইশঙ (Skılled artisans' office),

অসিনচিংবনি। হায়রিবা লোইশঙশিংসি কাদুনা লোইশঙশিংদুনা তৌবা মথৌ-মঙমশিং শূরুই। অদুদসু নত্তনা লম্বী শেম্বা, চীঙ ককপা, থোং শাবা, লৌখোং তৌবা অমসুং তেংবা, তুরেল তেংবা অমসুং পাল্লোইবা , তুরেলগী তোর্বান/লৌনম্বাল থোনবা, কৈশা-শঙশাবা, অসিনচিংবা থবকশিংসু তৌরন্মী।

**মৈতৈ পাঙলশিংনা পুরকপা থৌশিং**

মৈতৈ পাঙলশিংসিগী লান্মীগী লুপ, মসি মথক্তসু পঞ্জখ্রে, লান্মী লাল্লোইশিংগী লুপনি, মখোযসি অপূনবা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী লান্মী তেঙ্গোলগী মনুংদা নোংমৈ পায়বা, তোপ কাপ্পা লান্মী শীঙলুপকী মনুংদা লৈ। মদুগী মনুংদুদসু অমুক মখোয়সি

খুদোং নোংমৈ নৎত্রগা নোংমৈ খুদোং (Musket) অমসুং কামার/কমন নোংমৈ নৎত্রগা নোংমৈ কামার (Breech loading gun) শীজিন্নবা খূৎপু-খূৎপুগী মনুংদা লৈ। হায়রিবা মতমসিদদি মৈতৈশিংনা বৃটান্নিক মচাশিং (Britannic men) গা শম্নদ্রি, মরম নোংমৈ রাইফল (Rifle) শিং মখলশিং এনফিল্ড (Enfield), স্নেডর (Snader), অমসুং মার্টিনী হেন্রী (Martini Henry)- মণিপুরদা য়ৌরক্ত্রি। অদুগা নোংমৈ অরৈবী (Jingla/Gingal/gingall=Chinese or Indian swivel-musket) দি য়ৌরক্লম্লগনি থাজে।

শীন্নাইবা অমসুং খূৎহৈবশিংগী কাংলুপ্তা চনবা মণিপুরী মুসলমানগী লুপশিংনা খূৎহৈ-শীনহৈবগী থবকশিংদা পুরকখিবা মথৌ-মঙমশিং অদু মচীনঙৈদদি হেন্দোক-থোইদোকপা ওইরম্মী, খুদম ওইনা পুন কংনানবী (ঈরাংপুন নৎত্রগা পাঙলপুনসু কৌই) , কোরীনা লৈতেং শারগা হাপ্পা দোলাই (litter & palanquin) অসিনচিংবনি। অদুবু খূৎনা শূরগা চাবা/হিংবা মুসলমান খুন্নাইশিংগী মীওইশিং ওইখিবনা য়ুম্নাক অমা-অনী, ফুশম,চেশম, খূৎলৈবম (খূৎহৈবম), ফুন্দ্রেময়ুমনচিংবা নত্তনা অতৈদি মরায় চায়থখিরম্মী। মাগী মাগী হিংলবা মীগী লৌশাল-লৌ উবা, চীঙদা কাদুনা শীঙয়ান-ইফানবনচিংবা মরনাইগী তৌদবা য়াদবা থবকশিংনা পুন্দুনা থমখিরম্মী।

মণিপুরী মুস্লিমশিংগী লাম্মী লুপকী মীওইশিংসিগী পোইরৈ মৈত্রবাক্কী লাম্মীগী ঈশৈ-নোংমাইগী পুং-পেনা শীঙ্গানচিংবা য়ৈবা-খোংবা লুপ /খূৎ (Army/Military Band Party) গী মীওইশিংসু য়াওরি। মখোয়না মরু ওইনা শীজিন্নবা ঈশৈ নোংমাইগী যন্ত্রশিংদি- সেন্নাই ( সহন্নাই :Muslim clarinet/clarionet)পেরে, (Trumpet),শীঙ্গা (Horn instruments or mini trumpet) লাংদেপুং, অসিনচিংবনি। লাম্মীগী ঈশৈ-নোংমাইগী যন্ত্রগী খূৎ অসিনা লৈবাক্কী হরাউ কুম্মৈ, কুম্মৈ-ফিয়োংনচিংবদা লৈমা-নিংথৌগী,য়াংঙোন-নিংথৌনচিংবা নিংথৌমচাশিং, লৈপাক্কী নিংথৌপাংবা তরা (Council of ten Ministers)নচিংবা অঙম-অথৌশিংগী হরাউ-তয়াম্বা কুম্মৈ পাংথোকপা অমসুং অতৈ হরাউ-নুংঙাইবনচিংবগী থৌরম পাংথোকপা নৎত্রগা তৌবদা (লৈপাক-নিংথৌনা থাবা নৎত্রগা মরন্নাই নেকচবদা) অমদি মৈদিংঙু মৈতৈ নিংথৌনা শাচৎ-লনচৎপা, লময়েং-তূয়েংবা, লম্বান-চাকচাবা (Picnic), হৈচেন- লাচেন্নবা (হৈ, লৈ, লানচিংবা হেকপা, লৌবা, হরাউ তয়ামগী ওইনা চৎপা লমথোকপদা), লৈপাক্কী ওইবা থৌচৎপ (outing on State duty) নচিংবগী থৌরমশিংদা য়ৈ-খোংই অমসুং খোং- য়ৈদুনা থৌগল ইল্লি। অসিদসু নত্তনা মৈদিংঙু মহুৎ শিনবা য়াবা য়াঙ্গোল লৈমচা য়াঙ্গোন নিংথৌ (যুবরাজ), নিংথৌগী মহুৎ শিন্দুনা লৈপাক্কী থৌচৎ-য়াচৎলিবা--মন্ত্রী, সেনাপতি, লৈকায় লাকপা নিংথেমচাশিং, পানা লাকপা অঙম্বশিং অসিনচিংবগী খোঙচৎ-লমচৎপদা ঈশৈ-নোংমাই

খূৎশূ-খূৎলাইশিংসি পুদুনা থৌগল চৎলি। হায়রিবা থৌশিং অসি মৈতৈ পাঙলগী লাম্নী লুপকী ঈশৈ-নোংমাই যন্ত্র খোংবা কলাকারশিং অসিসু শরুক য়াই, থৌ পুরকখি।

খূৎনাই-শীন্নাইশিংগী ওইরিবা পাঙলগী লুপশিংসিনা লৈপাক্কী শীনশূ-শীন্থা শঙশিং লাল্লুপ থৌদাংগী ওইনা লৈপাক্কী ফুন্দ্রেশঙ, ফিশাশঙ, পাঙল/ময়াং-হিশাশঙ, খূৎহৈবশঙ, শীন্নাইশঙ, অপানবা ফেঙবা, শাঙশা অপানবা, খামুশঙনচিংবদা কাদুনা থবক শুবগুম অমুকসু অতৈ লোইশঙ/শঙলেনশিং/শগোলশঙগী পাঙল শজিক ফানব-শঙ, লৈকায় অমসুং পানা শঙলেন ৮ (নিপান)না থারকপা শীম্থোঙ কয়াগী ঈথিং-পম্থিংবা, লৈতৌ-খোংতৌবা, লৈখোন- পুংথোনবনচিংবা মতম মতমগী ওইনা লাকপা থবকশিংদা শরুক য়াদুনা থৌ পুরকপসিদা নত্তনা পাঙল মাগী মাগী ময়ুম মহিঙ্গোন্দা, মখুঙ্গং-মরৈকায়দা শীনশূ-শীন্থাশঙ লীংদুনা/লীংখত্তুনা ফুন্দ্রে খেৎপা, থৌরী তাবা, ফিশা-লোনশাবা, মরু ওইনা দোলাই কুপ্পা-ফি অমসুং দোলাই'-থানা-ফি কৌবা ফিশকশিং শাবা, থুম্মোক-তাইরুক শাবা, ঈনশা-লাংশাবা, লু-কাও শাবা, ফকশা-ফক চপ্পা, উশূ -উশাবনচিংবগী শীল্লমশিংগী থবক-থৌশিংসু পায়খত্তুনা খুন্নাইগী থৌশিং পুরকখি।

**মৈতৈ পাঙলগী ফিজোল অমসুং ফিজেৎ**

মণিপুরী মুস্লিম, মৈতৈ পাঙলশিং অসি মমা মৈতৈ নিঙোল মচা, মমাগী লোন মৈতৈলোন (মণিপুরী) লোনবা/ ঙাংবা মণিপুরীশিংনি। খৃঃ ১৬৫২ দগীনা খৃঃ ১৮১৯ ফাওবগী মনুংদা লৈবম্বা মৈতৈ পাঙল (মংকল/মঙ্গল) নৎত্রগা মণিপুরী মুসলমান শিংসি খৃঃ ১৯১০ গী মতম য়ৌদ্রিবা ফাওবদি মখোয়গী ফিজোল, ফিরোই-ফিঙাম অমসুং ফিজেৎ-লৈতেংগী মশক-মওংশিং অমদি ফিজেৎ-মশেৎ/লাকশেৎসি মখোয়গী য়ুম্লু নৎত্রগা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকসিগী খ্বাইদগী হেন্না মীশীঙ য়াম্বা ওইরিবা কাংলুপ মৈতৈ [মৈ =মী, তৈ=তাই, "তাই" কৌবা এসিয়াগী মী কাংলুপ অচৌবগী মীওইশিং] শিংগা চপ মান্নরম্মী অমসুং মান্ননা অমদি খেন্নদনা শেৎ-চারম্মী। মতমসিগী মমাঙদা মখোয়গী মপা-মপুশিং অদুনা শিলেটনচিংবা বঙ্গদেশকী মফমশিংদগী অমসুং অরাং ভারতকী লমদমশিংদগী খুল হোংলকপগী মতম চহী ২০/৩০ গী মতমদা মখোয়না খুল হোংলকপদা লোইনরকপা জাতি মখল অতৈ ইন্দিয়ান, পার্সিয়ান, অরবিয়ান্নচিংবগী ফিজোল নৎত্রগা ফিজেৎ শেৎলম্বদি য়াইঃ অদুবু ফিশিংদুনা শেগায়রক্লবা মতমদদি মখোয়না লৈরুরিবা মফম-লৈপাক্তুগী ফিজেৎ শেৎপা তারকপনা মখোয় অমসুং মখোয়গী মচা-মশূশিংনা মৈত্রবাক্কী ফিজোল অমসুং ফিজেৎশিংসি শেৎখ্রিবনি। মখোয়না মণিপুরদা লাকখিবসি মৈতৈনা ফৈজোম শেৎলক্লবা মতমগী মতুংদনি অমসুং মৈতৈনা ফৈজোম শেৎপা হৌরকখিবসি মৈদিংঙু চলাম্ব (খৃঃ ১৫৪৫-৬২) গী স্নাহাক্তক্তগীনি *[T.C.H, 2003, 17]*।

মুস্লিমশিং অসিনা ভারতবর্ষগী মপু ওইদুনা ভারত্তা পাল্লবা মতমদদি মখোয়না ফি শেৎপা অমসুং ইনবসি মশাগী ঈকাই ঙাক্লবা অমসুং অঙ্গং-অশা, ঈশিং-নোংশিৎ অমসুং নোংজ-নুংশাদগী কন্ননবা শেৎপা-ঈনবা, লীৎপা- উপ্পা অমসুং য়েৎপা লৈতেংবগী ৱাখল অমসুং ৱাখল্লোনগী মথক্তা হেন্না ৱাংখৎনা অয়াম্বনা লৈ অমদি হায়রিবা অঙাক-অকনশিংসিগী শোয়দবা/শোয়রোয়দবা পান্দম লৈজরবসু অমসুং থল্লবসু মখোয়দা মশা নাঞ্জবা অমদি কে-মৌবগী ৱাখলগী থাক অমদি অদুম লৈজে অমদি মথমজে। অদুমকপু নোংমগী চরা তানবা মীগী মফমদদি ফিজেত্তগী চীঞ্জাক্লা হেন্না মরু ওই। মৈতৈ পাঙল নুপীশিংসিগীদি মখোয়গী চৈকোক্কী অহানবা মপীথৌ/মবেঙ্কৌশিংদুনা মৈতৈ নিঙোলশিং ওইখিবনা ভারতবর্ষগী নৎত্রগা পার্সিয়াগী/অরবিয়ানগী মুস্লিম নিঙোলশিংগী ফিজেৎ-ফিজোলশিং-গাগরা, সলৱাল, পাইজমা, চুনী, কুর্টা, শাড়ী, চাদরনচিংবা অমতা শেৎ-ইন্দে। অদুগা মণিপুরী মুস্লিমশিংগী হৌরকফম মরূসি ভারতবর্ষ ওইদুনসু মণিপুরী মুস্লিম নিঙোলশিংসি ভারতবর্ষগী মুস্লিমশিংগী মরু ওইবা কেন্দ্রশিং- লক্ষ্ণৌ, আগ্রা, দিল্লি, অহমদবাদনচিংবদা চেকশিন্না লুনা চৎনবা অপাবা ফিগী মায়খুম (ঘুঙ্গত/পর্দা) শিজিন্নবা অমসুং, হকচাং থুংনা কুপ্পগা লোইননা মায়খুম ফিজোল-ফিজেৎ/ফিরোই বুর্কা শীজিন্নদে, শেৎ-লিত্তে। মখোয়সিগী মশাদা শেৎলি-ইল্লিবা ফিজেৎ-ফিজোলশিং অমসুং ফিজেৎ-খুৎশেৎ/মশেৎসি মৈতৈ চনুবাশিংগা ফিজেৎ-ফিরোই অমদি ফিইন-ফিথোং চপ মান্নে, খেন্নদে। মখোয়সু মৈতৈ নিঙোলশিংগুম মশাগী মফিজেৎ মশানা থোঞ্জরম্মী।

পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্তা চনুরা নিঙোলশিংসিগী ফিরোই/ফিঙাম, ফিজেৎ-ফিজোল অমসুং ফিইন-ফিথোং, ফিজেৎ-মশেৎনচিংবদা নীঙথিনা অহোংবগী মশক অমা পুরকখিবা অমসুং লাকখিবসিদি খৃঃ ১৮৭৯ গী হিয়াঙ্গৈগী অহানবা থাখায় (নবেম্বরগী অরোইবা চয়োল) দগীনি। *[ফঃইঃশঃ ১৯৯০]* । লমদাংসিদা মৈতৈ চনুরাশিংগী ফিজেৎ অমসুং ফিজোলদা পুরক্লিবা অহোংবগী মশক্তুদি- মৈতৈ নুপীশিংনা মথায় থায়নঙৈদগী হৌনা তৌরক্লুবা হকচাং পক্লা খুন্বা ফিজেত্তা ফুরিৎ লীৎপগী ফিজেৎ-মশেৎ অমসুং নুপী ফুরিৎ (Blouse) হাপকৎলকপা অসিনি। মসি, মৈতৈ নুপীনা মণিপুর ইতিহাসতা নুপী মখোয় মশাখক্তগী ওইবা পীরোন-পেললোন্দা অমসুং মণিপুরী নুপীশিংগী ফিজেৎ-লৈতেংগী ইতিহাসতা মৈতৈ নুপী চনুরা -নিঙোলশিংনা খ্বাইদগী ঈহান হান্না নুপী ফুরিৎ লীৎখিবা নৎত্রগা নুপীনা ফুরিৎ লীৎপা হৌদোকখিবগী ৱাফম্নি। হায়রিবা মচৎ-মনাৎ অসি হৌদোকখিবসি শকাব্দ ১৭০১ গী হিয়াঙ্গৈ থাগী ১১ নি পানবা ঈরাই (খৃঃ১৭৭৯ গী নবেম্বর থাগী অরোইবা/মরিশুবা চয়োলগী ইরাই নুমিৎ তাবা) নুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ জীবন্যাস (Animation) তৌরগা অভিষেক (crowning) তৌরবা মতুংদা নুমিত্তুগী নুমিদাংদা মৈতৈ -জগোয় ৱাস (Manipuri dance or Manipuri rasa) খ্বাইদগী

ইহান হাননা লংথবান/কাঞ্চিপুরগী রাসমণ্ডলদা শান্নবা হৌদোকখিবা নুমিত্তুদনি। হায়রিবা নুমিৎসিগী জগোয় 'রাসলীলা' অদুদা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র/ চীঙথংখোম্ব (খৃঃ১৭৬৩-৯৮) গী অহুমশুবী মহারাণী ঙাংবম চনু খয়োয়রোন হরিমতীনা জগোয় মকোক চিংখি অমসুং মরিশুবী মহারাণী চীঙঙাখমচনু দেবহুতীনা পোকপী ৱাংঙমলোন বিম্বাবতী (অনুপ্রীয়া, শীজ লাইরোইবী) না শ্রীমতী রাধিকাগী শক্তম লাংখি অমসুং কোনুংগী অতৈ লৈমা শীজশিং অমসুং মচা ঈবেম্মা ৱাংঙমলোনশিংনা ব্রজগোপীশিংগী শক্তম লৌখি। হায়রিবা য়াইফরবা থৌদোকসিগীদমক্তা মাঙজৌননা শেম-শাখিবা অকক্নবা ৱাংঙমলোনশিংগী রাসগী ফিজেৎ-লৈতেংগী ফিজোল (The costume of Rasa) শিংদুদা য়াওদুনা লীৎনখিবা কুর্টাগী মশক মতৌগী নুপী ফুরিৎশিংদু কোনুংগী লৈম (মৈদিংঙুগী তাল্লোই, রাণী) শিং অমসুং শীজ (নিংথৌগী মচানুপী ৱাংঙমলোনগী মহুত্তা শীজিন্নবনি, অদুবু মমৈদদি ' লৈমা' গা মান্নবা ৱাহৈ ওইনা লাকখি) শিংনা রাসলীলাগী থৌরম উৎপা লোয়শ্নবা মতুংদা কোনুংদা লৈবদা অতৈগী মতম অয়ুক-নুংথিলনচিংবদগী অঙম-অথৌশিংগী, অকন-অয়াঙশিংগী অমসুং অচৌ-অশাংশিংগী তাল্লোইশিং অমদি মচা ঈবেম্মশিংনা কোনুংগী লৈম-শীজশিংগী মতৌ তমদুনা লীৎনরকপদগী অমুকসু মথং-মথং মতৌ তম্নরক্নুনা মীচম প্রজাশিংগী নুপী-নহাশিংগী থাক ফাওবদা য়ৌরক্নুনা লীৎনরকখি। অদুগা মণিপুরী মুস্লিম সমাজগী চনু-নিঙোলশিংনসু অনৌবা হৌদোক্লক্লিবা অমসুং চৎনবক্লিবা নুপীগী মচৎ-মনাৎ অসিবু তবাম্না ওকখিরম্মী।

মৈতৈ পাঙল নুপীশিংনা মণিপুরী জগোয় রাস লীলাদা মতমদুগী কোনুংগী ৱাংঙমলোন/শীজশিংনা লীৎখিবা ফুরিৎ খুদাংচোনবা অদুগী মওং-মতৌ, মশক-মশা, মচৎ-লাকচৎনচিংবা অমতা খেন্নহন্দনা অমসুং কায়হন্দনা মতৌ তমদুনা ফি কক-য়াৎলগা খৃৎনা তুদুনা লীৎনবা হৌদোক্লগা মতম খরদগী মতুংদা শীজিন্নবা হৌরকখি। হায়রিবা ফুরিৎসি হিন্দুষ্টানীগী কুর্টা (কমীজদা থবাক খায়দোক্তবা অমসুং ঙকশম, কোলার য়াওদবা) গী মওং-মতৌ (Loose shirt having no collar, cuffs and divided parts) নি। মসিবু মুস্লিমশিংনা লোইস্নেদা 'কুরদা/কুর্দা' হায়না কৌনৈ। হায়রিবা মখলগী ফুরিৎসি মুস্লিম নুপী অহল ওইরবীশিং খরনা লীৎনরি, অদুগা মৈতৈগী অমাইবী(অয়াম্বনা 'মাইবী' হায়নৈ, অশেংবা অর্থগা চৎনবীগা চৎনবীনা কল্লি) শিংনা শীজিন্নরি, লীৎনরি অমসুং মসিবু "মাইবী ফুরিৎ" হায়বসি হৌজিক্তদি হেন্না খঙনবগুম তৌরে।

মণিপুরী মুস্লিম নুপীশিংসিনা মমাঙঙৈদদি মৈতৈ নুপীশিংগুম খ্বাঙদা ফনেক (মেখলা/মেখলী) অমা শেৎলগা খ্বাঙচেৎ ফি ওইরবসু য়াবা, ইন্নফি ওইরবসু যাবা অমসুং কোকখুমফি নৎত্রগা মায়খুমফি ওইরবসু অদুম মযাগা পারপ তৌবা ইন্নফি অমা য়াওনা মশাগী ফিজেৎ-ফিজোল ওইনা শেৎ-ইনবসি চৎনরকই। অদুবু ফুরিৎ কুর্টাসি

থোক্লকপদগীদি ইন্নফিগী মহুৎসি ফুরিৎসিনা শীনখিবগুম তৌরম্মী। লুহোঙ-খোঙদোংবা, চাকচা-হৈজানবা, হরাউ-কুম্মৈনচিংবগী কে-মৌবগী মতমদদি মণিপুরী মুসলিম নুপীশিংসু মৈতৈ নুপী শিংগুম্না ইন্নফি কালেন্দা অপাবা অমসুং নীংথম পাম্বাদা ইন্নফি মথক্তা অফবা, ফজবা অথাবা ফি অমনা নম্লগা ইন্নে। অসিগুম্বা মতমশিংদুদদি মৈতৈ নুপীশিংগী ফনেক অরাংবা মপান লোনবী (খোইজাও, খোই অকোয়বী, হিজময়েক্লচিংবা) শেৎনৈ। তশেংনমক মৈতৈ নুপীশিংগী ফিরোই-ফিঙাম অমসুং ফিজেৎ-লাকশেৎ পুম্নমক চপ মান্নে।

মৈতৈ পাঙল নুপাশিংসিগী অয়াম্বা শরুক্তি মমাঙঙৈগী বঙ্গদেশ অমসুং মুসলমানশিংগী মতমগী গৌরদেশকী শ্রীহস্থ, শ্রীহট্ট নৎত্রগা শীলহেট/ শিলেটকী লমখে মনুংদগী লাকখিবশিংনি। শ্রীহস্থসি মমাঙঙৈগী মতম অমগী কমতা (Kamata) হায়বা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমগী কোনুং ওইরবা, নোংচুপ বঙ্গ (West Bengal) গী নদিয়া জিলাগী নবদ্বীপ নগরনা মমিৎ কাক্লিঙৈ, নাউশুমদা লৈবিঙৈ মতম খৃঃ ১৪৫০ রোমগী মমাঙদদি হিন্দু সভ্যতা, সংস্কৃতি, কলা অমসুং বেদ, শাস্ত্র, স্রুতি, স্মিতী, ব্যাকরণনচিংবা বিদ্যাদা মমিং চৎলম্বা সবহনি। লাইরিক লাইশৃগী তর্ক, বিতর্ক, ন্যায়নচিংবদা মতমদুগী অমসুং মমাঙগী মতমগী মগদেশকী নালন্দা বিশ্ববিদ্যালয়না হেঞ্জিনবা ঙমদবা মফমনি। খৃঃ ১৪৭০ গী অদুৰাইদা নবদ্বীপকী পণ্ডিতশিংনা 'নালন্দা' গী পণ্ডিতশিংদা তর্ক হৌরুরগা মায়থীবা তারক্লবদা শ্রীহস্থগী পণ্ডিতশিং চঙজদুনা মখোয়বু নবদ্বীপতা লেঙবীরক্লুনা নালন্দাগী পণ্ডিতশিং লম্বা তৌবীনবা বার্ত্তন তৌজদুনা খুরুমজবদগী শ্রীহস্থদগী বেদ, শাস্ত্র, স্রুতি স্মিতী, ব্যাকরণনচিংবগী পণ্ডিতশিং দর্শনিকশিং, বৈজ্ঞানিকশিং, অসিনচিংবনা চত্তুনা নালন্দাগী পণ্ডিতশিং মায়থীবা পীরগা মখোযনা শ্রীহস্থদা অমুক হল্লকখিদনা নবদ্বীপতা খুন্দাদুনা লৈশিনখি। হাযরিবসিদগী নবদ্বীপসি মমিং চৎপা সহর অমা ওইজরকখিবনি। মথক্তা পীজরিবা হিন্দুশিং অসিদি ফৈজোম (ধোতী)শেৎপা জাতিনি। "ফৈজোম" হায়বসি খ্বাঙদগীনা খোঙগী খোঙপাক্কী খোঙনম মথক যৌনা চোনবা নৎত্রগা খোঙগী খুজেং মপাদা খুমিৎ যৌনা তাবা খ্বাঙদা শেৎপা ফিজেৎ(Loin/waist dress worn from the waist to the reach of upper/ ventral part of foot or flap at the level of ankle) অদুগী হিন্দুশিংসিগী ফুরিৎসিনা 'পকড়বন্দী' শাইজোনবা লীৎপসিনা লেমজনীঙঙাই ওইবা ফিজোলগী ফুবিৎনি। শিলেটিয়া মুস্লিমশিংসি অয়াম্বনা নমদুনা মুস্লিম ওলহনখিবা ইন্দিয়ানশিংনি। মরম অসিনা মখোয়সি ফৈজোম শেৎপা হৈনবা, পকড়বন্দী লীৎপদা পকচবা অমসুং কোকয়েৎ য়েৎপদা চুনবা মীওইশিংনি। মরম অসিনা শিলেটিয়া (মৈতৈনা লমদুবুসু, মীশিংদুবুসু 'পাসা' হায়বদি "বঙ্গ-মচা" হায়) পাসা মুসলমানশিংসি ফৈজোম শেৎলি, ফুরিৎ পকড়বন্দী লীৎলী, কোকয়েৎ য়েৎলি, হায়না চেৎনা থাজজৈ। মণিপুরী

মুস্লিমশিংনা মণিপুরদা লাক্লিঙৈগী মমাঙ, খৃঃ ১৫৫০ মতমদা মৈতৈশিংনা মখোয়না খৃঃ ১৫৫০ গী মমাঙদা শেৎলম্বা ফি, খ্বাঙদা শেৎপা ফিবোই, 'অকোয়বী মতেক' (Loin gear worn upto the thigh) থাদোক্তুনা ফৈজোম শেৎখ্রবনি। *[T.C.H. 2003, 17]*। হৌজিক ফাওবদসু মৈতৈগী অরুবা, অকক্রুবা নৎত্রগা লাইথৌ-তীনথৌ য়াওবা থৌরম নৎত্রগা থবক অমা তৌবা অমসুং পাংথোকপা তারক্লবদা ফৈজোম শেৎনরি অদুবু চৎনবী লীপুন্না পুনবা, থাযনদগী চৎনবকপা ব্রায়েনগী মখাদা লৈবা, খুদম ওইনা, মৈতৈ নিংথৌনা, অঙোম নিংথৌনচিংবনা মখোয়-মখোয়গী কংলা ফম্বাল তোংবগী মতমদদি থায়নগী অকোযবী মতেককী ফিজেৎ-ফিরোইদু শেৎনরি। অদুগা মণিপুবী মুস্লিমশিংগী মপা -মপুশিংদু ফৈজোম শেৎপা লমদগী ফৈজোম শেৎপা লমদা লাকপা অমসুং লৈরবনিনা ফৈজোম অদুম্মক শেৎপা তাবনি। মরম অদুনা মৈতৈ পাঙল নুপাশিংসি মফমসি (মণিপুর)দা ফৈজোম শেত্তুনা পাল্লবনি। অদুবু হাযবিবসি অকে-অমৌগী মতম যুমদগী মপান্দা থোক্লক্তুনা থবক -ইনখাং চৎপা মতম্মচিংবগী ৱাফম্নি। য়ুমদা লৈবা, থবক -ইনখাং শৃবা, মশাগী শীনফমগী নৎত্রগা লাল্লুপকী থবক নোম্বনচিংবা মতমসিদদি, মৈতৈ নুপাশিংনা তৌবগুম খুদৈ (Man' loin-dress worn upto the reach of shin bone just below the knee) শেৎনৈ। খুদৈ শেৎলগা ফুরিৎ লীৎপা নৎত্রগা লীত্তবদি মফম মতমগী মখা পোল্লি, ফৈজোম শেৎলবদি ইন্নফি নৎত্রগা খ্বাঙচেৎ, অমসুং কোকযেৎ য়াওনৈ। অদুগা লুংগী/লোঙ্গি কমীজ ফুরিৎ, টুপী, অসিনচিংবসিদি খৃঃ ১৯১০ গী মতুংদা লাকপা ফিজেৎকী মচলশিংনি।

মণিপুরী মুস্লিমশিংগী মপা-মপু ওইবা মৈতৈ পাঙল নুপাশিংসি হান্নগী ফুরিৎ লীত্তুনা লাকপা, ফুরিৎ লীৎপগী মনাৎশিং শাগোন্নবপা মীওইশিংনি। অদুগা মৈতৈনূপীশিং অসিসু হান্ননা, ফুরিৎ লীত্তুনা খৃঃ ১৫০০ রোমগী মতমদগী লৈরম্বদগী খোইরু (Wax) লাকপা ফিনা ফুরিৎ তুরগা (খৃৎনা তুবনি, লোন্দাদি "ফুবিৎ শাবা" হায) লীৎপসি খৃঃ ১৫৬২ গী মতমদগী হৌখ্রবনি *[চৈথাঃকুমঃ, ২০০৫, ২৭]* মরম অসিনা মৈতৈ পাঙলশিং (নুপাশিং) অসি মখোয়না হেক লাকপা, চাওরাক্লা খৃঃ ১৬০৬ তগী ফৈজোম শেৎলগা ফুবিৎ লিৎপা, কোয়েৎ যেৎপা, ইন্নফি অমা য়াওবা অসি অঙম-অথৌ, অচৌ-অশাংশিংগী ফিজোল-ফিজেৎ ওইরকখি। মৈত্রবাক্তা লুহুপ উপ্পা খঙলক্লবা মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী মতম খৃঃ১৫৭৬ তা হৌদোকখ্রবনা *[মথক্কীসিদা, ২৮]* মখোয়সু লুহুম শীজিন্নরম্বা য়াই। অদুগা লৈপাক থৌগায় পুবা অমসুং কোনুং কাবা পাঙল অঙম-অথৌশিংদি মৈতৈ অঙম - অথৌশিংগুম তান (Armlet), সনা খৃজী পোকচাওবী, নায়িন, লীক পরেংশিং, খৃবোম য়াইশি লোনবা, খৃদাং য়াইখু খুবা, খৃদোপ্পচিংবা লৈতেংশিং ; উরেকশেক, নোইনিংখোই, লাংমৈ পুঙলেন, সনা লৈথাম, লুপা লৈখাম্নচিংবা লৈথেৎশিং থেৎলম-চীল্লমগনি হাযবসি চেৎনা থাজজৈ।

মথক্তা থমজরিবা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী ফিজেৎ-লৈতেংগী ওইবা ৱারমগী লমদাংসিনা পুরক্লিবা ৱাফমদি খৃঃ ১৬৫২ দগীনা খৃঃ ১৮১৯ ফাওবগী মনুংগী মতম তাংকক অসিদা মতমদুগী মণিপুরী মুস্লিম সমাজদা খুন্নাইগী খুজিং ওইরিবা নুপা অমসুং নুপীশিংনা শেৎনা-ইন্নরম্লিবা ফিরোই-ফিঙাম, ফিজোল নৎত্রগা ফি-রোল অমসুং মখোয়না শেৎপা-ইনবা, চীনবা-থেৎপনচিংবা তৌরবদুগী খূৎশেৎ-লাকশেৎ, মশেৎ-মতৌনচিংবসি পোইরৈ লৈপাকসিগী মৈতৈগী য়েক ৭ শল্লাই ৯ অমসুং অতৈ কাংলুপ ফুরুপশিংনা তৌবগা মান্নরম্মী। লূবা-নানবগী মায়কৈদা অমসুং থাক্তা মুস্লিমশিংগী অচৌ-অশাং, অকন-অথৌনচিংবা লৈপাক্কী অমসুং খুন্নাইগী থৌ পুরিবা অঙম-অথৌ ওইবশিংগী মফি-মরোলশিংনা খরমখৈ হেঞ্জরবসু ফিশিংগী মচু-মমেনগী লমদাংদদি মখোয় মুসলমানশিংগী শেৎনা- ইন্নরিবা ফিশিং অসিনা মচু পুম্নমক্কী ওইনা হেক্তমক মুশিন-মকশিনবা অমসুং মচু -মমেনগী চুদা য়াকশিনবগী মচেৎ-মতৌ অমা লৈ *[T.C.H. 2003, 16]*।

**চীঞ্জাক অমসুং চাকচা-য়ুথক**

মৈতৈ পাঙলশিং অসি চেঙ অমসুং মনা-মশিঙনা মরু ওইবা চীঞ্জক্কী মচল ওইনা চাবা মী কাংলুপনি। হায়রিবা চীঞ্জাকসিনা নুংতিগী চবা নোংখন্নরগা মরক-মরক্তা ঙা নৎত্রগা শাগী য়েনশাংগী মথেল চাবসি মখোয়গী হৈনবীনি, অদুগা মুস্লিমশিং অদু চুহী চাবা য়াম্না পাম্বা; হৈ-রা অমসুং শিঙজুগী মথেলশিংবু কয়া থৌশাদবা কাংবুনি। মণিপুরী মুস্লিমশিংদা ঙল্লিঙৈগী মতমদগী হৌনা মেরাইন ফুড-হেবিৎ (Marine food habit), হায়বদি, কোঙ্গ্রেং, থরোইনচিংবা চাবগী মনাৎসি লৈবা উদে। অমরোমদা মণিপুরী মুসলমানশিংসি ভেজিটরিয়ান (Vegetarian) লা হায়বসু নত্তবা, নন- ভেজিটবিয়ান (Non vegetarian) লা হায়বসু য়াদবা মখলগী চীঞ্জাক চাবা মীওইশিংনি। মখোয় শা চাবা মীওই ফুরুপ্তা চিংলবসু উচেক্কী মখন্দা মখোঙ খোঙশাশিং অদু উচেক মশাদুনা শিরবদা খূত্তুম তাশিনবগুম পায়শিন-তাশিন্দুনা লৈবা উচেকশিং চাদে। মখোয়গী শাগী ফুড আইটেম অমসুং মৈতৈগী হেক্তাক্কা মোরোক্কাগী আইটেম অনীসিদং নত্তনা অতৈ চীঞ্জাক্কী মথেল অয়াম্বদি মান্নে হায়বা য়াই। অদুনা মখোয়সু মৈতৈগুম্না ফিস ঈটিং ভেজিটরিয়ান (Fish eating vegetarian) কৌবা য়াই। অদুবু মখোয় মুস্লিমশিংনা অথুম্বা চীঞ্জাক,হায়বদি চুহী নৎত্রগা চিনি নমনা থাকপা চীঞ্জাক্কী মথেলশিং হৈনবা অমসুং হেন্না পাম্বা, অদুগা মৈতৈশিংনা অশাবা (Acrid or hot ওইবা) চীঞ্জাক, হায়বদি শিঙ অমসুং/নৎত্রগা মোরোক থাকপা নৎত্রগা মোরোক্কী মযাক / মহাউ লৈবা চীঞ্জাক্কী মথেলশিং হৈনবা অমসুং হেন্না পাম্বগী হৈনবী মনাত্তুদি থাদোক্লদে।

খৃঃ ১৮১৯ গী মমাঙগী মৈতৈ পাঙলশিংনা মনা-মশিঙ, হৱাই-চেঙৱাইগী য়েনশাংনা মপুঙ ওইনা নুমিৎ খুদিংগী চারবসু মরক মরক্তা নৎত্রগা চয়োল অমগী ওইবা

মতৌদা শা (মক ওইনা যুমদা লোইবা অমসুং লমলক্তা লৈবা যেন, ঙানু, কাংঙা, অতৈ উচেকশিং, হামেং, শল, ইরোইনচিংবা, অদুগা "তেকপী, কোং-ন্নীঙহন-বা" নৎত্রগা "ওক" না মখোয়গী নামুং-শা ওই) গী য়েনশাং মথেল নৎত্রগা ঙা (ঙাপ্রুম অমসুং ঙারিল লাইনাদি চাদে) গী য়েনশাং মথেল চানরম্মী। চীঞ্জাক্কী ওইবিবা লমদাংসি মৈতৈনা খৃঃ ১৭০৪ দা হিন্দু ধর্ম্মদা দিক্ষা লৌদ্রিঙৈগী মতমদা চাবম্বগা মণিপুরী মুস্লিমশিংগী শাচা-ঙাচাবসিগা অনীসিদা মুস্লিমশিংগী নামুং-শা "তেকপী ওক" অমসুং মৈতৈগী নামুংশা শম্মুক/শন অমসুং থৌরৈ ব্রা-কম্বোং (নোঙ্গৌবী) [ নিঃ খঃ সঃ, ১৯৬৭, ৯-১২ ] গা হেন্তাক-মোরোক্কী মথেল (অমেৎপা, ঈরোনবা অমসুং শিঙজু) সিগা খায়দোকখ্রগা অদুম মান্নে হায়বা য়াই। মৈতৈ নামুংশা 'শন' মুস্লিমনা চারি,মুস্লিমগী নামুংশা 'ওক' মৈতৈনা চাবম্মী অমসুং মৈতৈ হিন্দু নত্তবশিংনা চারি। মৈতৈনা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মদা হকচিনবা ৱাখল অমদি ৱাখল্লোন থম্বদগী মখোয়না ফিস ঈটিং ভেজিটবিয়ান ওইখিবনি। মসি, মৈদিংঙু গরিবনৱাজ মহাবাজনা ওইহনখিবনি হায়বা য়াই, মবমদি মহাক্না মৈতৈশিং অমসুং অতৈ মী কাংলুপ ফুরুপশিংনা শা- চাবা থিংবগী অথিংবসি কয়াবক খৃঃ ১৭২২, ১৭২৩, ১৭২৪ অসিনচিংবা চহীশিংদা পাযখত্তুনা ৱাকোংবা (fine), লৱাইদা লৈহনবা (Light banishment) অমসুং লোই থাবা (Exile) গী চৈরাকশিং পীখি। *[ চৈথাঃ কুঃ , ২০০৫, ৮৩, ৮৩,৮৫]*। অদুবু মখোয়না গৌবিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম য়ক লাউনা চৎলবদসু মৈতৈ অয়াম্বদি ঙা চাবা অমসুং মেরাইন ফুড হেবিৎকী মথেলশিং (কোঙ্গ্রেং, থবোই, নাউশেক, থবাইকোপী, তেংবী, কঙ্গ্রাবী, হাবৌনচিংবা) চাবদুদি থাদোক্তে। মমৈথংদা লম্বোইবা সন্ন্যাস লৌবগী কলচর মৈদিংঙু নরসিংহ(খৃঃ ১৮৪৪-৫০) গী মতমদা লৈবব (মথক্কীসিদা, ২৯৬) দদা লম্বোইববা মীওই খরদনা ভেজিটবিযান ফুড চাবগী ৱাফমদনি।

মৈতৈ পাঙলশিংনা শঙ্গোমবুদি থক্লনবা মহী অমা ওইনা যাম্না পামনা মচীনঙৈদগী শীজিন্নরকখি, চুহিং (Treacle) থকই, চুহী (Molasses) চাই অমসুং ঈশিং হাপচিন্দুনা থকই। হাওদৈ (পুকয়ু, ৱাইয়ু/লাইয়ু অমসুং অতিঙবা) অমসুং ৱাংলৈ/ কালৈ (থুনা ময়াই কাবা মনীলদগী লৌবা য়ু নৎত্রগা অশাবা) শীজিন্নরম্বগী ৱাফমসি শাক্কী প্রমান লৈনা ফংবা ঙমদ্রি।

**য়ুমশা-কৈশা অমসুং য়ুমলৈ-কৈরৈ**

খৃঃ ১৬৫২ দগী খৃঃ ১৮১৯ ফাওবগী মনুংগী মতম তাংককসিদা লৈরিবা পোইবৈ সনা লৈপাক মণিপুবগী ইম্ফাল তুরেল অমসুং মসিদা ঈতীল্লিবা তুরেলশিংগী তম্পাক লমদমদা খুন্দা-লৈতারিবা মৈতৈ /মণিপুরী খুন্নাইগী মী কাংলুপ অমা ওইনা লৈরিবা মৈতৈ পাঙল (মণিপুবী মুস্লিম) হায়বিবা মী-ফুরুপ অমসুং ফুরুপসিগী খুন্নাই মনুংদা লৈরিবা মীওইশিংনা লৈনরিবা-পান্নরিবা য়ুম-কৈনচিংবা শঙশিং নৎত্রগা শঙলেনশিংগী

মওং-মতৌ, শঙশক-কৈশক, শঙদা-নাতানচিংবা অমদি শঙশিং অসিগী য়ুমশা-শঙশারোনগী খৃৎশা-লাকশা, য়ুমশা-কৈশাগী মচৎ-মতৌ, কাইদা-কৈদা অমসুং শঙশিং/কৈশিংসিগী ফিবম-ফিরেপ মশক-মওংনচিংবসি মতমদুগী তম্পাক্তা খুন্দারিবা তম্মী, মৈতৈগী য়েক তরেৎকী মীওইশিংগী তৌনরিবা, চৎনরিবা য়ুম-কৈগী, শঙ-শঙলেনগী মওং-মতৌ, শঙদা-য়ুমদা, কৈদা-কৈশকশিং অদুগা চপা মান্নে, অমসুং শঙশা-য়ুমশারোনগী পরীংদা লৈরিবা য়ুমশা-কৈশাগী চৎন-কাংলোন, চৎলম-পরমনচিংবসু মান্নে, খেন্নদে। বাঙ্গালী/পাসা (শিলেটিয়া) মুসলমানশিংনা মৈতৈ পাঙল ওল্লমদায়গী থাক অদুদা মখোয়না মফমসিদা অহানবা ওইনা নোংপোক লমদমগী মীওইশিংগী য়ুমশা-শঙশারোনগী ফিভম-ফিরেপ অমসুং মওং-মতৌদা শাবা শঙ/শঙ্গাই উত্রাসি উবা ফংখিবনি। অদুবু মতমদুগী মণিপুর, বর্মা, থাইলেণ্ড, লাওসনচিংবা খা-নোংপোক এসিয়াগী লৈমায়দা শাখিবা শঙ/শঙলেন, য়ুম/শঙ্গাই, কোনুং/শঙ্গাইরেন্নচিংবা অয়াম্বদি হিন্দুগী অৱাং অমসুং খা ভারত (দক্ষীনাত্য) নাগরানচিংবা আর্কিটেকচরগী য়ুম্ফমদা দক্ষীনাত্য অমসুং অৱাং-নোংপোক ভারত (বঙ্গ/গৌড়দেশ ফাওবা)কী য়ুম- শঙশিংগী আর্কিটেকচরগী নমুনা অমসুং কাইদাদা শাখিবা য়ুম, শঙ, অমসুং কৈশঙশিংনি। অদুগা মৈতৈ পাঙলশিংগী মপা-মপুশিং অদু অয়াম্বনা বঙ্গদেশ/গৌড়দেশ (বেঙ্গোল) তগী লাকপা ঙাক্তনিনা খরমখৈদি বঙ্গদেশতা লৈবা য়ুমশারোন, শঙশারোন অমসুং কৈশারোনগী চৎনবদু অদুম লৌবা তাবনি। অদুগা হায়রিবা য়ুমশারোনগী মচৎ-মনাৎসু মতমদুদা মণিপুরদসু অদুম চৎনরম্বনিনা মশানা য়ুমশা - কৈশা অনীদু মান্নজবা তাবনি।

বঙ্গদেশতগী লাকপা মৈতৈ পাঙল ওল্লবা মণিপুরী মুসলমানশিংনা মখোয়না হান্না/মমাঙদা লৈরম্বা লৈপাক/লমদমদুগী শঙশা-য়ুমশাগী মওং মতৌ, শঙলেপ ফিরেপ্পবা লৌদুনা শাখিবা য়ুম-কৈনচিংবগী মওং মতৌদি—মরাক-ময়ুং মান্নবা নৎত্রগা ময়ুংনা মরাক্তগী হেন্না শাংবা চীথেক-কাচীন মরি নাইবা/লৈবা য়ুম্ফম অমসুং য়ুম্ফম মফমদু চাং/থাক অমা নাইনা লৈতেম মান্ননা থোনগৎপগী মওং-মতৌদুগী লৈমায়দুদা পরী-লাংশঙ হুনবা(Lying the foundation plan with the erection of the first post/pillar by plotting out the points/sites of other posts in the lineal tabulation ) য়ুম্ফম (Square/rectangular plinth) অমদা মরাক ময়ুং মান্নগদবা য়ুম/শঙগী য়ুম্বীশিং ৱানা-উনা য়ুংলগা তৌ, শীঙনাং, ৱাচেৎনচিংবনা ফক্লাং চপয়ুংনা খাগৎলগা য়ুমথক্তু য়াঙ (line of Summit) দগী য়েৎ -ওয়গী নাকন অনীদা লোঙ্গৈরোই-লোঙ্গৈরোই ঙমথ- ঙামথনা লাইখন্ তানা হাইরক্তুনা (নেম- নেম পাকথোকহন্দুনা) কুপথরকপা শঙগী শঙওং-শঙদা মখল, য়ুরোপীয়ান আর্কিক্তে (European architect) শিংনা রেক্তেঙ্গুলার ওব স্কার হট

টাইপ (Rectangular or square hut type) কৌবা মখলগী য়ুম/শঙশিং, বঙ্গদেশ/গৌড়দেশ (বেঙ্গোল) খৃষ্টগী ১৭-১৮ শুবা শতাব্দীদা য়াম্না চৎনরম্বা শঙশা-য়ুমশাগী শঙ/য়ুমশিংদুনি। হায়রিবা শঙশা-য়ুমশাগী শঙ মখলসিদা য়ুম অমসুং কৈ ওইবসিদি বাঙ্গলীশিংনা চার-চলা ঘর (char-chala-ghar i,e. square four walled hut) অমসুং ম্রাম্মা/ম্যাম্মা/ (অৱা/বর্মা) লৈপাক্তা স্কার রেক্তেঙ্গুলার ইন্ন [Square rectangular Inn (hut/house)] কৌদুনা পোইরে মৈতৈ লৈপাক মণিপুরদা মমাঙদগী হৌনা চৎনরক্তুনা মৈদিংঙ্গু খাগেম্বগী মতমদা য়ুমথক কুপ্পদা সনায়ুন্বী হাপ্তুনা হেন্না ফজহল্লবা মখলগী শঙনি অমসুং য়ুমশা-কৈশানি।

মথক্তা পঙ্গরিবা বঙ্গদেশকী 'চার-চলা ঘর' গী শঙশা-য়ুমশা অমসুং শঙ/য়ুম মখলসি বৌদ্ধিক ম্রাম্মা (Buddhist Mramma, "ম্রাম্মা" হায়বসি মরৈ খেত্তবা বৃটিশশিংনা বর্মা= Burma হায়) শিংনা খৃষ্টগী ১২-১৩ শুবা কুমশীঙ চামশিংদা বৌদ্ধিক ধর্ম্মগী অথোইবা লাইফম/তীর্থ বুদ্ধ গয়া/বৌদ্ধগয়া (Buddha Gaya) দা ভগবান বুদ্ধদেব (the Enlightened Saviour)দা মখোয়গী লাইশঙ স্তুপা (Stupa) শাদুনা কৎপদা শঙশা-য়ুমশাগী মওং-মতৌ অমসুং মশক-ফিরেপকী শঙ/লাইশঙ শাদুনা থম্লম্বদুদগী বেঙ্গোলীশিংনা, বুদ্ধগয়াসি মতমদুদা মখোয়গী লৈপাক্কী লমখৈ মনুং চনবা লমকন্দা লৈবনিনা ম্রাম্মাশিংগী ইন্ন(Inn=hut) শিংগী মওং মতৌদু মতৌ তমদুনা ময়ুম/মশক শাবদগী য়ুমশা-শঙশাসি মখোয়গী লৈপাক বঙ্গ/গৌড়দেশতা চৎনজরম্বনি। অদুবু য়ুমদা-কৈদাদগী শঙশা-য়ুমশাসি খৃষ্টগী ১৭-১৮ শুবা কুমশীঙ চামশিংগী মতমদা বেঙ্গোলী মীয়াম্না পাম্লবক্তুনা অৰিবা, মীঙোন্দগী পুবা (Borrowed/loaned) শঙওং-শঙদাদু হিঙ্গৎহন্দুনা চৎনজরকপা অমসুং মমিং চৎচরকপনি। অদুবু অদুনি-অদানি খঙদবা, অমা হেক্তা হায়জিল্লু হায়বগী ৱায়েন্দা মোম্বাইবু 'বোম্বাই', ম্রাম্মাবু 'বর্মা' অসিনচিংবা য়ুরোপীয়ান মচা লল্লোনবা লাক্লগা মীগী লৈপাক মুনবা, য়ুমদাংবনা কৈনাবা কাংবুনা শঙশা-য়ুমশা মখল অমসুং য়ুমওং-শঙওং মতৌসিবু বেঙ্গোলীশিংনা মখোয়গী মরৈবাক বেঙ্গোলদা হৌদোকপগী মমিং পীশিল্লি।

মণিপুরগী মৈতৈ পাঙলশিংসিদি ভারতবর্ষদা মোঘল আর্কিটেকচর (Mughal architecture) বু নীঙথানা য়োম্লিঙৈগী মমাঙ, দিল্লিগী সুলটানেট পেরিওড [Delhi Sultanate Period (1206-1526 A.D.)] কী মতমগী মীওইশিংনা অয়াম্বা ওইবা অমসুং মখোয়গী মপা-মপুশিংদুনা গৌড়দেশতা কুইনা লৈরক্লবা মতুং কাইনথংদা মুঘোলশিংনা বঙ্গদেশকী লমদমশিংদা নিংথৌ পানবা লৈপাক মচা-মচাশিং লীংখত্তুনা পাল্লম্বদগী নমথখিবা টর্কো-পাঠান (Turko-Pathan) শিং ওইবনিনা মখোয়দি বঙ্গদেশকী য়ুমশা-কৈশারোন্দা হৈনবা অমসুং য়ুম-কৈদুদা পামজবা ওইবনা মদুশিংদু মখোয়দা চুশিন- চাশিন্নখিবনি। মরম অসিনা মৈতৈ পাঙলশিংগী মপা-মপুশিংনা খঙখি

উখিবা য়ুমশা - শঙশা, য়ুমওং- শঙওং অমসুং য়ুমশারোন শঙশারোন অদু মণিপুরদা অনৌবা নত্তে,মৈত্রবাক্কী হান্ননা লৈরম্বা মৈতৈগীশিং অদুগা মশাগী মশা ওইবনি, অদুনা অদুম্মক তীনশিন্নখিবনি।

**য়ুমলৈ-কৈরৈ**

মৈতৈ পাঙলশিং অসি মবল-মথুম য়াম্না লৈজদ্রবসু ময়ুম-ঈংখোল চাউজদ্রবসু/ পীকচববসু মাগীনি হায়দুনা খরা লৈজরিবদুদা তরু-তরু, তনান-তন্নানা লৈবা হিংবা পামজবা মীওই কাংলুপনি। অদুবু মখোয়-মখোযনা লৈরুরিবা খুন্দা- লৈতারুরিবা লৈপাকসিগী লমদম-লমদমদুগী নৎত্রগা মফম-মফমদুগী ঈশিং-নোংশিৎ, নোংজু-নুংশা অমদি অঈং-অশা অমসুং মখোয় লমদুগী মফমদুগী অকোয়বদা লৈরিবা চীঙ-পাৎ, তু-খোং, তুরেন ঈচেন্নচিংবা অমদি য়ুমথং-কৈথংনরিবা নৎত্রগা খুন্দা লৈতামিন্নরিবা মী-কাংলুপ ফুরুপশিংগী মচৎ-মনাৎ , লোনচৎ-শাজৎ, ফিভম ফিরেপ্পচিংবা খরমখৈদি লৌবা তাবনি। মবম অসিনা মখোয়না তুম্বা মতমদা মকোক্কুনা মক্কাবোমদা ওল্লিবনি খন্দুনা নোংচুপ ওন্না তুন্নবসু ময়ুম শাবা মতমদদি য়ুমগী মায়ওন্দি অয়াম্বনা নোংপোক ওন্দুনা শাই। অদুগা মখোয়গী য়ুমগী অকোয়বদা লৈবা ঈংখোলগী অহাঙবা মফমশিংদা মফম চানা চানা মনা-মশিঙগী য়েনশাং-নাপীশিং থাদুনা অশং-অমানগী কৈথেল কাহল্লি। মৈতৈ পাঙলগী মচীঞ্জাক চাজবা, নুংঙাই-য়াইফবা, অচৌ-অশাং ওইবা, অমসুং লৈপাক্কী নৎত্রগা মখুন খুঙ্গংগী অঙম-অথৌ, ওইবা ঈমুংদি ফৌগৈ অমদি মশোয়দ্রে, শীঙগৈ, শঙ্গোন, য়েনগোন্নচিংবদি মাগী মাগী মথৌ তাবা অমসুং অঙম্বা-ঙমদবা পাম্বৈগী নৎত্রগা মতিক-মঙমগী মতুং ইল্লি। অদুগা কনাগুম্বা খরদা ময়ুম-ঈংখোল মনুংদা শীনশূ- শীন্থাশঙ শাদুনা থবক পায়খৎনবসু য়াওই। মচীঞ্জাক চাজবা পাঙল ইমুংশিং অমসুং /নৎত্রগা ঈংখোলশিংদি মমাঙ শঙ্গোয় খঙদে, অৱাং/ মখা শঙ্গোয় খঙদে, শঙ্গোয় অমদি মরীংনৈ। অদুবু লৈজদবা কনাগী য়ুম ঈংখোলদদি চাকশঙ, ফৌ শুশঙনচিংবা অমতা শাদনা লৈনবিবা য়ুম অদুখক্তদা চাকশঙ, শীন-শূশঙ, অমসুং য়েনয়োক শঙসু, ওইশিন্নরিবনি। মরমদি অল্লাহনা শেম্বা দুনিয়া অসিদা মীওইবগী মথৌনা-মরীংজেল, অখাং-কনবা হৈ-শিঙবনচিংবগী চাংয়েং তৌননবগীদমক্তা মবাইবক্কী নোংদম্লকপদা মী-মীগী মরাইবক্কী নোংদম মান্নদে, অদুগা শূ-নোমদুনা লেপ্তুনা হোৎনবা হায়বসিমদি শুপলেপ লেপকনু হায়না নোংদম্লকখ্রবনি মরমদি মদুনা নোংদমদুদা মতেং পাংগনি অমসুং নোংদমদুনসু মদুদা মতেং পীগনি।

মৈতৈ পাঙল ইমুং অমগী য়ুম অমসিদা চাকশঙ (চাকথোং-কা নৎত্রগা চাকখুম - কা) চাকচা-কা, ফমুং-কা, নিঙোল- কা, (নিঙোলগী শীনশূ-কা নৎত্রগা ইয়োং-কা) অমসুং ফুঙ্গা-কা , হায়বশিংসি লৈনৈ। ফুঙ্গা-কা অসিদা মৈতৈগীগুম্না ফুঙ্গা লাইরু থমদে,লৈতে অমসুং মনাৎসি চত্তে। অদুগা মণিপুর তম্পাক্কী লমদমসিদা খুন্দারিবা

তম্মীশিংগী য়ুম-ঈংখোল খুদিংমক্তা অমসুং য়ুম্নুম-য়ুমথোঙ পূন্নমক্কী য়ুমশিংদা শুম্মাঙ মচেৎ অমা (লম মচেৎ অমা হাঙহন্দুনা/হাঙনা) য়ুমগী মমাঙদা থম্বা অমসুং য়ুমগী মাঙ্গোল(-কা) থম্বগী চৎনবী অসিদি ইল্লি। মৈতৈ পাঙলশিংগী য়ুমসিদা য়াম্না মৈতৈদগী তোপ্পা লৈরিবসি মখোয়গী চাকচা-কা অসিনি, মৈতৈ পাঙলশিংদি মৈতৈ হিন্দুশিংগুম্না লৈমায় ব্রাই তৈথোক্লগা লৈপাক্তা/লৈমায়দা চাক-পুখম অমসুং য়েনশাং তেঙ্কোৎ থম্লগা চাক চাবা-থকপা তৌনদে,চৎনদে, মখোয়দি ফজরবা ফক মথক্তা চাক পুখম, য়েনশাং তেঙ্কোৎনচিংবা থম্লগা চানৈ। করিগুম্বদা য়ুমদুদা অতিথী (Guest) লাক্লুনা চাক চাববা তারবদি নীঙথিজরবা ফক অদুগী মথক্তা নাল্লবা, ঙৌনা মচু তাববা ফিঙৌগী ফিদা অমনা নৎত্রগা অখন্নবা মশাগী ফিদাদা অমুক মথক্তা থারগা অতিথীদু পীজে অমসুং অতিথী অদুনা অকক্লবা অমসুং অখন্নবা মখলগী থাক ব্রাংখৎলিবগী মখৈ ফক মথক্তা থারিবা অঙৌবা ফিদাদুগী ফবা অমসুং ফজবগী চাং অমসুং থাকসি হেনগৎনৈ। অদুনা মৈতৈ পাঙলশিংনা চাক-চাবা অসিগীদমক্তা অখন্নবা লীফক, কৌনাফক, কৌনাফক ফকতোম, অসিনচিবা তোঙান্না থম্নৈ। মুস্লিমশিংগী অমসুং ইস্লাম ধর্ম্মগী পর্ব্বদিন (Religious anniversaries), উসব-মেলা (Religious functions & observances), হরাউ-কুম্মৈ (Festivals) হরাউ-তযাম (Personal rejoice-makings) নচিংবগী থৌদোকশিং,য়ুমদা মী চাক্কৌবা অমসুং পুন্সিগী পাংথোকফম থোকপা থৌরমশিং (Ceremonies) পাংথোকপা- লাইমিং লৌবা (সুনত) লুহোঙ-খোঙদোংবা (নিকাহ), অশি'- থৌরম, লীক চৎপনচিংবগী থৌরম পাংথোকপাশিংগী মতমদা অখন্নবা ফকশিং অদুগী মথক্তা ফিঙৌগী ফিদা থারগা মথক্তুদা অতিথীশিংনচিংদুবু চাক পীজনৈ অমসুং চানৈ। অসুম্না অসুপ ঙৌখি-ঙৌয়ানা মৈতৈ পাঙলশিংনা পাল্লম্বনি অমসুং ঙসিগী মণিপুরী মুস্লিমশিংনা মখোয়গী খুনাম তাহৌবা খুলহৌবনি।

মৈতৈ লৈবাক্কী ইতিহাসসিনা শা-লানগী ইতিহাস ওইর্বাননা পোইবৈ মৈত্রবাক্কী নুপাগী জাৎসি শাফম লানফর্মশিংদা অয়াম্বা মতমদা লৈখিবনিনা ময়ুম ময়ুমদা অযাম্বা লৈগন্দে। অদুগা শা-লান লৈতবা মতমদসু লাল্লুপথৌ পুবনিনা নুমিৎ ৪০ নিদা ১০ নিদি য়ুমদা লৈত্রবনি। হায়রিবা লৈপাক্কী থৌগায় অমসুং থৌদাংশিংসি মৈতৈ পাঙলশিংগীসু শরুক থুংলিবনি অমসুং শরুক য়ারিবনি। মরম অসিনা মখোয় পাঙল নুপাশিংসু অয়াম্বা ময়ুমদা লৈবা ফংদে, শা-লান, লাল্লুপ অমসুং লৈপাক থৌশিংসি লৈতবা মতমদা মশা-মশাগী লৈত-লায়র'গী শেন্দান-থুমদান লম্বী য়েংনবা পায়খৎনবা-চীঙদা শীঙয়ান-ইফানবা, মীরৈপাক্তা লল্লোন-ঈতিক তৌবা চৎপা, অসিনচিংবা কয়াদা নোম্ন-শূনরম্মী। মরম অসিনা মৈতৈ খুন্নাইদা তৌবগম নুপা-নুপাশিংগী মমিংদা নুপীশিংনা য়ুমঙাক-য়ুম্লীংনরিবা য়াওরিবনি। ঈংখোলদা পোৎচৈ থাবা, ঈংখোল-শম্বন

শেম্বা, মচাশিং য়োক-থাকপা, মহৈ-মশিঙ তমহনবা, শঞ্জেন-শনঙাকপা পূম্নমকসি নুপীশিংনা অয়াম্বা তৌরম্মী। মবম অসিনা পাল্লিবা য়ুমবান-কৈবানগী মওং- মতৌশিংসি মৈতৈগী য়ুম্বান-কৈবানগা চপ মান্নবিবনি, খেন্নবিবা হায়ববু ধর্ম্মগী রাফম অসিদনি।

**মৈতৈ পাঙলশিংগী অখন্নবা লৈপাক-থৌগায় অমা**

মৈতৈ পাঙলশিংগী অখন্নবা লৈপাক-থৌগায় অসি মখোয়গী অকক্লবা থৌদাং অমসুং থৌথাংসু ওইরিবনি। থৌদাং অসি মক ওইনা মখোয়দা পীরিবসি মখোয়না হিন্দুষ্টানী লোন, বাঙ্গালী লোন্নচিংবা খঙবা, ঙাংবা ঙম্বা অসিসু অথোইবা মরম অমনি। মৈতৈশিংনা হিন্দু ধর্ম্মদা মাধবচার্য্য/মাধবী নৎত্রগা ব্রহ্ম সম্প্রদায় লৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা নিমান্দি ধর্ম্মসিনা খ্বাইগী ওইনা চৎলিঙৈ মতম খৃঃ ১৭৪৮ দগী খৃঃ ১৭৬৩ গী মনুংগী মতমসিদা হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং ইস্লাম ধর্ম্ম চত্তবা বৃটিশশিংসিবু 'তেলঙ্গা' হাযনা কৌরম্মী। *[ মথক্কীসিদা, ১২৩, ১২৪]* অমসুং মখোয়সিবু শোক্ল-শম্নবসি অমাংবা ওইনা হায়বদি শোক্ল-শম্নবা য়াদবা জাতি/মীওই (untouchable nation/Man) ওইনা ভারতবর্ষ অমসুং গৌরদেশতগী পুশিল্লকপা হিন্দু ধর্ম্মগী ভাব, প্রভাব অমসুং সভাবনা লৌরম্মী। অদুবু ইস্লাম ধর্ম্মদদি অসিগুম্বগী ভাবনচিংবসি লৈতে।

মৈদিংঙু মরাম্বা/গৌরশ্যাম (খৃঃ ১৭৫৩-৫৯ অমসুং খৃঃ ১৭৬১-৬৩) গী সনাহাক্তক্কী খৃঃ ১৭৫৮ লোয়রকপদগী খৃঃ ১৭৫৯ হৌগৎলকপা মতমগী থা অমরোমগী মতম-তাংকক্তা নৌনা লীংখৎলক্লিবা অৱা/ম্রাম্মাগী কোনবাউঙ-নিংথৌ-শাগৈ (Konbaung royal dynasty) গী অহানবা অমসুং শাগৈসি লীংখৎলিবা অলাউঙ প্রা/ভুরা/ফায়া [Alaung-hpra bhoora/phaya (1753-60 A.D)] না মশামক অঙ্গো-চীঙ লান্দুনা আইমোল চীঙ লম্বী (Imol pass) দা লাক্লগা মণিপুব তম্পাক তারক্তুনা মৈতৈশিংবু মায়থীবা পীদুনা খুন্তাক-লৈতাকহল্লগা মতমদুগী মণিপুরগী কোনুং কাংলদা নুমিৎ ৯ (মাপন্নি, বর্মীজ গেজেট্রিয়াবদদি নুমিৎ ১৩ নি হায় ) নি লৈঙাক্তুনা লৈরম্মী। *[মথক্কীসিদা, ১২২ & C.B.A., 1987,305]*। মৈতৈ নিংথৌ, য়ুবরাজ, সেনাপতিনচিংবা অঙম-অথৌশিংনা সঙাইথেলগী জয়নগর কোনুংদা লাম্বৈদুনা লৈরগা অলাউঙ ফায়ানা মণিপুর থাদোক্তুনা চৎখ্রবা মতুংদা অমুক লান হঞ্জিন্নবক্তুনা লৈপাক পাননখিরম্মী।

মৈদিংঙু গৌরশ্যাম্না মতমসিদগী নিংথৌ ফম্বাল থাদোক্লগা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা (জয় সিংহ, কর্তা মহারাজ, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র, নুঙনাংখোম্বা (খৃঃ ১৭৫৯-৬১ অমসুং খৃঃ ১৭৬৩-৯৮) না অমুক নিংথৌ ওইখিবম্মী। মৈদিংঙুসিনা অৱানা লাকচখিবদু নুংঙাইতদুনা অমসুং মতুংদা অমুক লান্দারকপদা মায়য়োক্লনা থেংনবদা মায়পাক্লবা পাম্বৈ থিরক্লম্মী। মতমদুদা কলকটাদা য়ুম্ফম ওইদুনা লৈরিবা লল্লোন-ঈতীক্কী লুপ 'বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনী' না মখোয়গী ওইবা লাম্মী তেঙ্গোল লীংখত্তুনা য়াম্না খৃৎকন-পাঙ্গন্না

লৈরম্মী। মরম অসিনা মৈদিংঙুসিনা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী মতেং লৌননবগী থবক পায়খত্তুনা বাবাজী (লম্বোইবা) হরিদাস কৌবা বাঙ্গালী নুপা অমবু মহাক্কী থবক তৌবীনবা, ব্রা ঙাংবীনবা অমসুং বৃটিশ ওথোরিটীগা ব্রারী শানদুনা, ব্রা ঙাংনদুনা যানবা পুরক্লবগী থবক্তা দায়িত্ব লৌবীনবা খল্লম্মী। মৈদিংঙুনা লম্বোইবা হবিদাসপু মহাক্কী চিঠি অমা পুহন্দুনা মতমদুগী বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী এডমিনিষ্ট্রেটিভ কাউসিলগী মেম্বর ওইবা চিট্টাগোংদা লৈবা ফেক্তরীগী মপু হেরী বর্লেষ্ট (Harry Verlest) কী মফমদা থাদুনা মতমদুগী বেঙ্গোলগী বৃটিশ গর্ভনর ঐচ বেন্সিটার্ট (H. Vensitart) গী মফমদা দরখাস্ত থাহল্লম্মী।

বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীগী বেঙ্গোলগী গর্ভনবসিনা মণিপুরদগী মমল লৌদুনা মতেং পীগদবসিগী ব্রাফমসিদা পীবা য়াগনি নৎত্রগা য়ারোই হাযবগী ফিবমশিংনচিংবা য়েংলুবা থিজিন-হুমজিন্দুনা চাংয়েংনচিংবা তৌরুনবা (Inspection/Enquiry) গীদমক্তা বৃটিশ ওফিসার অহুমখক থারক্লুনা বাবাজি হরিদাসকা লোইননা খৃঃ ১৭৬১ দা মৈত্রবাক মেক্লে (মেখলীগী লোম্নে, বৃটিশশিংনা কৌবা) দা থারকখিবম্মী। মসিগী ঈ পাউদি ঃ-

....নাউসেকপম চিংবনগী কুম শক ১৬৮৩ (খৃঃ ১৭৬১)... লম্বোইবা হরিদাসনা তেলঙ্গা লোয়নরকএ *(চৈথা ঃ খুঃ , ২০০৫, ১২৩)*। ..

অসিনি। বৃটিশ মচাশিংসি চহী অমরোম মৈত্রবাক মেক্লেদা লৈবম্মী, মখোয়না পীবা রিপোর্টকী মতুং ইন্না মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা অহানবা পানবা মতমসিদা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীনা মৈত্রবাক্তা তেংবাংবগী মমল পীরগা মতেং পাংবগী ব্রাফমদুগী য়ান-চে অমা মেক্লেগী নিংথৌ জয়সিংগীদমক হবিদাস (গোষাই/লম্বোইবনা) অমসুং বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীগী গর্ভনর মিঃ বেন্সিটার্টকীদমক্তা হেরি বলেষ্টনা সহি তৌনখি। অদুবু তেংবাংগী থৌবাং লাংলিঙৈদা মণিপুরগী ব্রাফমসিদগী হেননা লুবা প্রোব্লেম লাক্লুনা বৃটিশনা থবক থুনা লৌখৎপা ঙল্লমদে অমসুং মরম অসিনা বৃটিশ ওফিসারশিংনা মৈত্রবাক্তা কুইনা লৈথখ্রিবদু।

মণিপুবদা তেংবাং পীননবগী মতাংদা ইনকাবী লাক্লুনা লৈবম্না খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা বৃটিশ ওফিসার অহুম অদু মণিপুরগী নৎত্রগা ইম্ফালগী করম্বা মফমদা লৈবম্বগে, হায়বগী তাংদাংবা মফম খঙবা ঙমদ্রি, অদুবু মখোয়দু মতমদুগী কোনুং কংলাগী লমখৈ-লমকন মনুংগী মফম অমদা লৈরম্বা য়াই হায়না থাজে। মখোয় বৃটিশ মচাশিংদুনা মণিপুরদা লৈরিঙৈ মতমদুদা মখোয়গা লোইনদুনা লৈমিন্ননবা, মখোয়না পাম্বা পোৎলম চৈরমশিং পীন-ফংহন্নবা অমসুং অতৈ হিরম কয়াদা তেংবাংনবা মৈতৈ নিংথৌ চীঙথংখোম্বনা মতমদুগী মৈতৈ পাঙল খরদা শীন্নদুনা থমখিরম্মী। হায়রিবা পাঙলশিং অদুবু তেলঙ্গাশিং অদুগা লোইননা-তীন্নবা মীশিংনি হায়দুনা মখোয় অমসুং মখোযগী চাদা নাউদাদা 'তেলঙ্গা

খনবা' হায়না খৃঃ ১৮২৭ ফাওবদা খঙনরম্মী *(কুঃবঃ, ১৯৯১. ১২১)*। হায়রিবা তেলঙ্গা খনবশিংগী পুকোক ওইবা মীশিংদুদি মুসলমানশিংগী শৈখ কাংলুপ্তা চনবা তেলঙ্গা খনবা মাইমু, তেলঙ্গা খনবা পুকচাও অমসুং তেলঙ্গা খনবা তোনবা অসিনি অমসুং মখোয়সি মৈত্রবাক্কী ওইনা ফুরুপ খায়দোক্লকপদা নোংশায়াইবম হায়বা ফুরুপ নৎত্রগা শাগৈ/য়ুম্লাক অদুগী মনুং চল্লি *[ মথক্কীসিদা, ১২২-২৩]*।

মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা হৌগৎলম্লগা মৈদিংঙু গৌরশ্যাম্না ৱা লোয়শিন্নদুনা বৃটিশকী মতেং লৌননবা হোৎনখিবা *[ চৈথঃ কুমঃ , ২০০৫, ১২৪]* এঙ্গোল-মণিপুরী রিলেসন (Anglo-Manipuri Relation, 1761-62 A.D.) সি মনিল ওন্দুনা পাইথোকখ্রবা মতুংদা মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ (খৃঃ ১৮২৫-৩৪) না নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা মণিপুরবু চহী তরেৎ খুন্তাকপগী খয়াত্তগী কন্ননবা পাম্বে থিরকপদা মণিপুরগা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগা শা-লানগী অমসুং লল্লোন-ঈতিক্কী লমদাংশিংদা অমগা অমগা মতেং পাংননবগী মকপ ওইবগী যানবা খৃঃ ১৮২৪ দগী পুরক্কুনা বৃটিশকী মতেংনা রাজা গম্ভীর সিংহ লেভী, ১৮২৪-২৫ নৎত্রগা মণিপুর লেভী, ১৮২৫-৩৫ লীংখৎলগা খৃঃ ১৮২৫ দা মণিপুর অৱাগী মখুত্তগী হন্দোকখি। অদুগা খৃঃ ১৮২৬ কী অঙনবা মতমদা মৈতৈ কবো তম্পাক অমুক হন্না জয় তৌদুনা শমজোক্কী নিংথৌ তুরেনগী খোংবান্দা মৈতৈ নিংতম ফিরান য়ুংদুনা মণিপুরগী লমখৈ তাকখিরম্মী। মতমসিগী মতুংদা মণিপুর লেভীগী কম্মিস্নার Capt. J.F. Grant, এসিষ্টেন্ট কম্মিস্নাব লেফ.আর. বি . পেম্বর্টন অমসুং এডজুটেন্ট লেফ. জর্জ গোর্ডন, হায়রিবা বৃটিশ মিলিটরী ওফিসার অহুমসিনা খৃঃ ১৮২৭ তা লংথবান্দা মখোয়গী লৈনবা ক্বাটরশিং অমসুং ওফিস শাদুনা মণিপুরদা লৈবা হৌখিরম্মী। মসিগী ঈ পাউদি ঃ-

> ... মুতুম খোম্বগী কুম শক ১৭৪৭... পোইনু থা ... ২০ নি থাঙজ (খৃঃ ১৮২৭ কী জানুৱারী তাং ৫) দা ফিরিংকি সাহেব ৩ লাংথবান্তা ময়ুম শাদুনা লৈবা হৌএ। অদু নুমিত্তা মখোঙ ৩ মা হিয়াঙ তোংএ
>
> *[মথক্কীসিদা, ২৩১]*

অসিনি। হায়রিবা বৃটিশ ওফিসার অহুমসিনা লংথবান্দা লৈবা মতমসিদসু হান্নগী তেলঙ্গা খনবগী পুকোক অহুমদু খৃঃ ১৭৬৪-৬৫ গী তুমুগী অৱাগা শোক্লবা লানফমদা লৈখিদ্রবদগী মখোয় মনাউ ঈতোন-তোনবা থোংলেন্না তেলঙ্গা খনবগী পুকোক ওইহৌদুনা লৈহৌবসিগী মচা-মশু তেলঙ্গা খনবশিংনা লোইনখিরম্মী *[ কুঃবঃ, ১৯৯১, ১২১]* । বৃটিশশিংসিবু মৈতৈনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী হাক্তক্তা তেলঙ্গা কৌরম্বদগী মৈদিংঙু চীঙলেন নোংদ্রেন খোম্বা ওর্ফে রাজা গম্ভীর সিংহগী সনা হাক্তক্তদি ফিরিঙ্গী নৎত্রগা সাহেব অমসুং মতুং তারকপদা মলেস, বৃটিশ, ঈঙ্গ্রেজ অমসুং ইংলিস কৌনরকখি *[ মথক্কীসিদা, ১২১]*। অকোনবগী তেলঙ্গা খনবা থোংলেনগী চাদা-নাউদা

ফিরিঙ্গী (ফিরিংজী) লোইনবশিংদু ফিরিঙ্গী লোইনবা/ তীন্নবা ময়ুম্না হায়দুনা "ফিরিংজী/ ফিরিঙ্গী ময়ুম" হায়না কৌনখি। *[ মখক্কীসিদা, ১২১]* অসুম্না মণিপুর ইতিহাসকী মতম তাংকক খরদা মণিপুরগীদমক্তা মপান্দগী লাকপা বৃটিশ মচাশিংগা লোইনবা অমসুং তীনবগী থৌ অসি হায়রিবা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম)গী শাগৈ/য়ুম্নাকসিনা পুরকখি। হৌজিক হায়বিবা য়ুম্নাক -শাগৈসিগী মীওইশিং লৈরি। অদুগা হায়রিবা থবক/ থৌ অসি মৈতৈ পাঙলশিংখক্তনা তৌবকপা/পুরকপা অখন্নবা অমসুং অকক্কবা মৈত্রবাক্কী থৌগায়নি।

## মৈতৈ পাঙলগী মহৈ-মশিঙগী লমদাংদা

মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী খৃঃ ১৬৫২ দগী ১৮১৯ ফাওবগী মতম তাংককসিগী মনুংদা লৈরম্বা/হিংলম্বা মুসলমান মীওইশিংগী মহৈ-মশিঙগী লমদাংদা মীৎয়েং থম্বা তাববদি মখোয়না লৈরম্লিবা লৈপাকসিগী মখোয়না লৈরিবা মফমশিংদুগী অরাপ্পা অমসুং অনকপা লমদমশিংদা লৈবিবা য়ুমলোন-কৈরোন্নবা লমদমশিং অমসুং লৈপাকশিং অমদি লাপ্তুক অমসুং নক্তক্লা লৈরিবা লমশিংদা চৎন-তৌনরিবা হিরমসিগী ওইবা থৌওং- থৌদৌশিংদা মীৎয়েং থম্বা তাবা অমদি পুক্লীং থিঞ্জিন্না মতম খবা লৈবা তাবগী তঙাইফদবদু লৈ।

ময়ায় থংবা খা-এসিয়াগী অৱাং-নোংপোক্কী ঙমখৈদা তাবা অমসুং ময়োল ওইবা খা-নোংপোক এসিয়াগী অৱাং- নোংচুপকী লমখৈদা লৈবা লাংদাই-লমদাইগী লমশাং-লমতুপ পরেং-মচাসিগী হৌখিবা ইতিহাসকী লামায়শিংদা তারিবশিংদি— লান শোক্লবা লান্দাদুনা অঙম-অঙম হাত্তোক্লবা, হাৎন-শুনবদা মঙক ককপগী লোয়নাইদ্রবা ঈগী লমন ঈনা খুম্নবা, লানঙল্লবশিংনা মায়থীরবশিংগী ময়ুম মকৈ তূম্না মৈ থাদোক্তুনা মাঙহনবা, মৈখুনা লৈন-লৈনা নোংমদোন্দা কাখিবা, অসিনচিংবগী হাৎপদা হলেংদবা, মাঙহনবদা নাচুংদবগী ৱারী-ৱাখোঙশিং অমদি ৱারোল-ৱাফমশিং নত্তনা শান্তিগী পাউজেল পীবা নৎত্রগা মায়থীরবা মীওইশিংবু তুদুনা লৈবদুদগী চিংখৎ-হৌগৎপীবগী ৱারম-ৱাফম অমতা তাবা ফংখিদ্রবা লমদমশিং অমসুং লৈবাকশিংসিদদি শা-লানগী মহৈ-মশিঙ, শাফম-লানফম লৌশিং, লান্দা-লানচনগী মহৈনচিংবনা হায়রিবা মতম তাংককসিগী অমসুং মসিগী মমাঙগী মতমশিংগী খ্বাই পূম্নমক্তগী হেন্না মরু ওইববা অমসুং হেন্দোক-থোইদোক্লবা মহৈ-মশিঙনি।

লানগী মহৈ-মশিঙ, লাম্হেংনবগী লৌশিঙ অমসুং য়েক্লবা মাঙহন্নবগী, খুদক্তা য়ৈথুনবগী পরীং; মী হাৎপগী , মঙক কক্তুনা মকোক লুরেন লৌবগী ৱাখল-লৌশিঙ, মহৈ-মশিঙ, শরৌ লাংথাক অমদি লৌতুনবগী খুজীল-থৌরাং খঙজদ্রবা ভাবতবর্ষগী ধর্ম্মনিতিগী লমদা থাক ৱাংলবা ব্রাহ্মন কয়ানা রাজনৈতিক ব্রাহ্মন চানক্য নৎত্রগা কৌটিল্যগী রাজনৈতিক কুটনিতিগী বিদ্যা অমসুং মরৌশিঙদু খঙদবনা ভারতভুমিগী লমদম থাদোক্তুনা চীঙলৈপাক্কী লমদমসিদা চেল্লক্লগা কাংখথাঙ ওইনা তাদুনা লৈরকখি।

মখোয়গী মচা-মশূশিংদুনা পীদোন্না হিংদুনা, মখূত্তা থাঙশাং পায়দুনা পাম্বা কৈরেননা ঙংবগুম হুয়েল লাল্লাউ লাউবা ঙম্বা, রুদ্রাক্ষ মালা হুন্দোক্নুনা তেন্বীগী লীবী চিংবা ঙম্বা শান্তিদাস গোস্বাইগুম্বা বামোন মচা থোক্লকপা ঙাইদুনা লৈদুনা লৈরকখি। মরম অসিনা শা-লানগী মহৈ য়াওদনদি মতমদুদা করিসু ফংবা ঙম্লমদে।

মণিপুরী মুস্লিমশিংগী মপা-মপুশিং অদুদি মখোয়না মণিপুরদা লাক্লিঙৈগী মমাঙগী মতমদগী মতমদুগী অহকপা, অখন্নবা লাল্লোং-লাঞ্জঙ, লাম্থৈ-লান্দম, লাল্লম-লাম্থোঙ অমসুং খূৎশূ-খূৎলাই মখল কয়াগী মহৈ-মশিঙ পূম্নমক শুনা তম্নরক্লবা অমসুং য়েক্লবা লাম্বা পাকুরগে হায়না লান্মীগী অখন্নবা লাল্লোইশিংগী লাল্লোইলেন, লাঞ্জিংবশিংগী লাঞ্জিংলেন্নচিংবা ওইনা মণিপুরদা লান্দাবা লাকখিবশিংনি। অয়াম্বনা লান্মীগী লাল্লোই ওইনা মীগী মতেং পাংবা লাকখিবা, লান্মী অচেৎপা থৌগললোন, অহকপা থকশী-খাশী ঙাকপা অথৌবশিংনি। অদুগা অমুক মখোয়দুনা শা-লান্দা থরায় য়াওজবা লান পাম্বা মৈতৈগা চারৌ-মৌরৌনদুনা চাদা-নাউদারকপশিংদুনা শারক-লাল্লক্তা পোকপা অমসুং চাওবা মৈতৈশিংগা লাল্লোইদুনা মতম চুপ্পদা লৈরকপনা মৈতৈ পাঙলশিংসি মতমদুগী চানবা মহৈ-মশিঙ থাক অমসুং চাংদদি মতমদুদা পামিন্নরম্বা ময়ামদুদগী শোত্থরমদে। মরম অসিনা মখোয়না মৈতৈ লৈপাক মণিপুর অসিগী অপূনবা লান্মীগী মরু ওইরিবা তেঙ্গোল-নোংমৈ খুদোং পায়বা অমসুং কামার/কামন শূবা অমসুং কাপ্পা লাল্লোইশিং ওইরম্লিবনি । অদুবু ওল্লক্লিবা মতমগী খোঙথাং পুরক্লিবা অহোংবগী খোঙজেল্দা ইতিহাসকী লীচৎনা হয়েং কবি পুরক্লদবগে হায়বদুদি কন্নানসু খঙনদে। হায়রিবা অহোংবসিনা লাইরিক-লাইশূগী মহৈ-মশিঙবু পুরকপগী মতম তাঞ্জদুগা অওনবগী মচৎনা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা য়ৈবকপা মতমদুদদি থাঙশাং/নোংমৈনা খোর্জে ওল্লু হায়বা, থাঙজৌ/ শঙ্কায়না শনৈবী কলম ওইয়্যু হায়বদুদি পাউখুম পীবক্তে, ওন্থোকপসু ঙম্লকখিদে। মবম অসিনা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী মীওইশিংসি হিরম অসিগী লমদাংগী মহৈ-মশিঙশিং— ইবা, পাবা, খন্ন-নৈনবা অমসুং তানা-তাক্লবগী মায়কৌসদা মৈত্রবাক্কী লৈপাক-খুন্নাইগী মীরক তীনবা ঙম্লকখি। অসুম্না লাইরিক-লাইশূগী মহৈ-মশিঙসিদা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসিনা শোত্থরকখি।

ওল্লক্লিবা য়ুমথংনবা লৈপাক্কী রাজনিতিগী চৈথা অমসুং খুত্থানা মৈতৈ লৈপাক্কী লৈঙাক্লোনদা য়ৈরকপদা মৈতৈ নিংথৌশিংনা লৈপাকসিদগী মীশীঙ য়াম্বা, খূৎশূ-খূৎলাই ফবা, চাকথোক-ফৌথোক হেনবা,ঈনাক-কৈবাক খুনবা য়াম্না হেনখ্রবা অমসুং লৈপাক্কী লম পাক-চাউবদসু হেনখ্রবা অৱা লৈপাক, মতমদুগী মীৎকুপ-পুংজা নাইদনা য়েক্লবা ওইরিবা (Permanent enemy ) বৌদ্ধিক অৱা/ব্রাম্মাশিংগী মখূত্তগী মৈতৈ জাতিগী ঈজ্জৎ/ইকাইখুম্নবা কন্ননবা অমসুং মখোয়গী মরৈবাক মেখলীদেশপু কন্ননবগীদমক্তা মীচঙ খোম্বগী পবমদা হিন্দুগী ক্ষেত্রি বংসগী শাগৈ লেপ্তুনা হিন্দুশিংগী

মতেং ফংননবা হিন্দুগী শাক্ত ধর্ম্ম খৃঃ ১৭০৪ দা লৌখিরম্মী। অদুগা খুন্নাইলোন অমসুং শেনবা থুম্বারোনগী হিরমশিংগী শোথরিবশিং ফুক্কৎনবা অমদি লৈপাক থোং মান্ননা পানবা ঙমহন্নবগী ভাবনাদা অমুক হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী র্নিমান্দি সম্প্রদায়বু লৈপাকসিগী মীয়ামগী ওইবা ধর্ম্ম ওইনা খৃঃ ১৭২৫ দা লাউথোকখিরম্মী। অসুম্না মণিপুরবু হিন্দু রাজ্য অমগী ফিবম অমসুং ফিরেপ্তা থম্লকপসিদগী মালা পায়রম্বা খৃৎ খরবু থাঙশাং পায়হল্লকখিরম্মী। মসিশিং অসিনা মৈতৈ পাঙলগী খুন্নাইগী মীওইশিংনা মীথক থোংলম্বগী থাক হন্থহল্লকখি অমসুং মথৌ-মরীংজেনগী ওইনা শকখঙবীবা, ঈকাই খুম্ন বীবগী চাং খরমখৈ তারকখিরম্মী। মদুগী মহৈনা মৈতৈ পাঙল লান্মী-লাল্লোই (Soldier) শিংগী অমসুং লান্মীগী থবক তৌবশিংগী মশীঙ হন্থরকখি।

**শূবা-নোম্বগী মহৈ-মশিঙ**

মৈতৈ পাঙলগী খুন্নাইগী খুঞ্জা অমসুং ঈংখোলগী লুপশিংসি অপূনবা মণিপুরী/ মৈতৈ জাতিগী খুন্নাই -সমাজদা মখোয়না শা-লানগী মহৈ-মশিঙগী খোঙফমদা মহাম তারকপগুম থৌমী অমসুং শীন্মীশিংগী ওইবা শূ-নোম্বগী হিরমশিংদসু থাক হন্থরক্লম্মী। অদুগা লাল্লোই-লান্মীগী ওইবা মীশীঙদা মৈতৈ পাঙলগী মশীঙ তামথরকপসিনা হিরমসিগী মহৈ-মশিঙদা শোথরকপসিনা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসিগী মায়ওন হোংলকখিরম্মী। অদুবু হিংননবগী লানফম মায়য়োক য়াদবদি য়াদবনিনা পোল্লকপা মতমদা পলেম পীবুক্লুংদগী খৃতুম শীঙনা মতোম-মতোমতা মালেমসিদা খোঙদারকখিবনিনা মখোয় মথন-মথন্তা তোপ্না হিংননবগী শীল্লম অমসুং শীনফমশিং খন্নবকখি অমদি পায়নবকখি। হায়রিবা অওনবগী খোঙথাং অমা লাকপসিদা শূ-নোম্বগী , হায়বদি, হান্নদগী লৈজরক্লবা খৃৎনাইবা খৃৎহৈবশিংগী অমসুং শীন্নাইবা শীনশূবশিংগী মহৈ-মশিঙগী লমদাংশিংসিদা চঙশিন্নবকখিরম্মী। লৈপাক থৌগায়, লন্নাই' থৌদাং লাল্লুপ কাবগী থৌসিগী মতমশিং নত্তবা মতমশিংদা লান্মীগী, খুল্লাক-লৈরাক্পী শীল্লম-শীন্থাসি খরা নাকোয়ননা থম্লগা মীচম-মীয়ামগী শীন্থোঙ শীন্নাইশিং -

-

১) ফুশা-ব্রানশাবা নৎত্রগা ফু/চফু শাবা (Pottery),
২) চে হৈবা নৎত্রগা মৈতৈ চে শাবা (Handmade paper making),
৩) মুগা (Endi silk),
৪) কব্রং (Mulberry silk) তীন যোক্তুনা মুগা লং অমসুং কব্রং পুথোকপা,
৫) চুহীশুম্বা,
৬) থাউ শুবা (Oil crushing),

৭) দোলাইকুপ ফি অমসুং দোলাই-থান-ফিগী ফিশা-লোনশাবা (Weaving),
৮) ফক শাবা,
৯) ঈন-শাবা,
১০) লাং-শাবা,
১১) থৌরী তাবা,
১২) উহৈ-রাহৈ থাবা,
১৩) মরু-মরাং থাবা,
১৪) য়েনশাং-নাপী থাবা,

অসিনচিংবা শীল্লম কয়াদা পাঙ্গল-লৌশিঙ পুথোক্তুনা হোৎনরবসু অকোনবগী শীল্লমসি নত্তনা অতৈ শীম্থা-শীম্থোঙশিংদি অপূনবা মৈতৈ খুন্নাইগী ফুরুপ কাংলুপ খরগী মশাগী হৈনবী মনাৎ ওইদুনা লৈবা শীনফমশিংনিনা অতৈ ফুরুপ কাংলুপশিংদুগা পোথোক্কী পোৎলম চৈরমশিংগী কৈথেল মুন্নরকপদা অমসুং লল্লোন ঈতিক্কী শেন্দোং তানবগী লাম্বা নোপ্পকপদগী শীম্থা-শীনশৃগী চীঞাক হুনবা অমসুং পুবা ঙল্লক্তুনা লায়রা' তাল্লকপদগী খুন্নাইগী ফিভম-ফিরেম অমসুং খুন্নাইলোনগী থাক অসুম-অসুম নেমথরক্লম্মী। মৌলৱীশিং অমসুং মপা-মপুনা কৈরক থারম্বা য়াইফ-নুংঙাইগী ঈমুং খবা য়াওজ-লৈজববসু অপূনবা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসিগী ওইনদি শোথ-হন্থরবা খুন্নাই / কাংলুপ অমা ওইনা খ্বাইগী ওইবা মীৎয়েংদা তারক্লম্মী। হায়রিবা ফিবমশিং অমসুং ৱাফমশিংসিনা উৎলিবদি মৈতৈ পাঙল খুন্নাই(মণিপুরী মুস্লিম সমাজ) দু মহৈ-মশিঙসিগী লমদাংশিংদা চাওখৎপগী লমদাংশিংদা মনীঙ হল্লক্লে অমসুং মসিগী শাফুনা যৈদুনা অনাবগী পরম চঙশিল্লক্লবা সমাজ অমা ওইরে হায়বসিনি।

**মহৈ-মশিঙ তম্বগী থৌদাং**

খল্লা-নৈনবগী ঙমখৈনুংদা লৈরিবা মতম (খৃঃ ১৬৫২-১৮১৯) সিদা মণিপুরী মুস্লিম, মৈতৈ পাঙলশিংগী মহৈ-মশিঙ তম্বগী অমসুং তম্বীবগী থৌদাংশিংসি - (১) মহৈরোই মশা-মশাদুনা মরল্লাই ওইনা তোপ্পা মথন্তগী ওইনা লৌজবা থৌদাং/থৌবাং, (২) মৈতৈ পাঙলখক্তগী ওইনা পূন্না চৎনবা থৌদাং অমসুং (৩) অপূনবা মৈতৈ / মণিপুরী সমাজগী লৈপাক্কী ওইনা খ্বাইগী ওইবা থৌশীল-থৌরাংগী মখাদা লৌখৎপা থৌদাং.-হায়না খায়দোক্তুনা থম্বা য়াই। ঈশাগী খুদোং থীবা ঙাকচনবা, ঈশাগী ইমুং-মনুং কঞ্চনবা শা-লানগী মহৈ-মশিঙ খরা হৈবা অমসুং খঙবা হায়বসিদি লল্লাইগী তংঙাইফদ্রবা অমদি থাদোকফদ্রবা মহৈ-মশিঙনি। শা-লানগী নৎত্রগা অতৈ মহৈ-মশিঙ পুম্নমকসি খ্বাইগী ওইবা ওজা থমদুনা ওজা নাইনা পরা পরীং-পরম তানা

তম্নবগী খ্বাইগী ওইবা মহৈ-তম্ফম শঙ লৈরমদে। ওজা খন্দুনা ওজাগী ময়ুম চত্তুনা-লৈদুনা ওজাগী সেবা তৌরগা মশা মশানা মহৈ-মশিঙ তম্নরম্মী, তানৈ ঔরায়নৈ অমসুং মশাগী শাজেন তৌনৈ। অদুগা শা-লানগী মহৈ-মশিঙ তম্বা অমসুং তম্বীবগী থবকসি মৈদিংঙু মুংয়াম্ব (খৃঃ ১৭৬২-৯৭) গী সনা হাক্তক্তগী হৌরকখিবগুম পীবিরম্মী, মদুদি-

> ... খোইরি ঙারেনবগী কুম শক ১৫১৬ (খৃঃ ১৬৯৪)... মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা মচা ইবুংঙো খাগেম্ববু লান তম্বীএ, লান্দি শিম্ফোইবা ফাইএ *[চৈথাঃকুমঃ ২০০৫,৩১]*।

অসিনি। অসুম্না শা-লানগী মহৈ-মশিঙসি মৈতৈ পাঙলশিংগী মপা-মপুশিংগী অয়াম্বা শরুক্না মৈত্রবাক্তা খোঙদারক্লিঙৈগী মমাঙদা মহৈ-মশিঙসিগী অখন্নবা অহৈবা ওজা/মীওইশিংদা গুরুকুল (ওজাগী ময়ুমদা নৎত্রগা মনাক্তা লৈদুনা) দা মহৈ-মশিঙ তম্বগী পরীং/পরমসিদা তম্বা হৌখিরম্মী। হায়রিবা পরমসিদা মৈতৈ য়েক ৭(তরেৎ) কী মীওইশিংসু, পাঙলশিংসু চকপসু, নাইসু, কৈসু,অমসুং হাওশিংসু মরান্নাইগী ওইনা মহৈ-মশিঙ তম্নরম্মী। হায়রিবা মওং-মতৌ নৎত্রগা পরীং-পথাপসিদা অতৈ মহৈশিং মরু ওইনা লাইরিক-লাইশৃগী মহৈ-মশিঙসু তন্নরম্মী, মদুদিঃ-

> ১)... মোইরাংথেম শানোংগী কুমদি শক ১৫৩৮ (খৃঃ ১৬১৬) দা মৈদিংঙু খগেম্বনা মৈতৈ লাইরিক থোকহন্দুনা তম্বা হৌএ (মথক্কীসিদা, ৩৬)।
>
> ২) ... ঙাংঙোম তোনবগী কুম শক ১৫৫৮ (খৃঃ ১৬৩৬).. ইবুংঙো অহন খোংজোম্বনা লাইবিক তম্বা হৌএ (মথক্কীসিদা, ৩৯)।

অসিশিংসিনি।মানা মানা পাজবা মহৈ-মশিঙ তম্বদা অথিংবা থম্লম্বগী ৱাফম লৈরমদে।

মৈতৈ পাঙলশিংগী খুন্নাইগী মশাগী ওইবা মহৈ-মশিঙ তম্বা অমসুং তম্বীবগী থৌদাংসি—

১) লাইরিক-লাইশৃগী,
২) ধর্ম্মগী লাইনীঙলোন,
৩) লাইনীঙ-লাইশোন,
৪) সমাজনিতিগী হিরমশিং অসি মৌলৱীশিংগী লুপকী মীওইশিংনা পায়খৎলি,
৫) শা-লানগী মহৈ-মশিঙগী থৌদাংসিনা মৈত্রবাক্নী পাঙল/মঙ্গল লোইশঙনা শীন্দুনা খুল্লাক-লৈরাক্কী লুপকী মীওইশিংনা লৌখৎলি।

শা-লানগী অমসুং লাম্মী লাল্লোইশিংগী মহৈ-মশিঙসিদা ওজা খনবগী ৱাফমসিদা মহৈরোই ওইরিবা মী মশা অদুনা মহাক্না পামজবা ওজা খঞ্জবনিনা মৈতৈ পাঙলশিংগী মনুংদগীদা নত্তনা অতৈ মী কাংলুপ ফুরুপ্তগী ওজা খঞ্জবসু য়াই, অথিংবা লৈতে। মুসলমানশিং কাজী অমসুং পাঙল/ মুসলমান খুল্লাকপ (Muslim administrator) না মুসলমানগী সামজিক অমসুং সমাজিয চৎনবী, রাজনৈতিক প্রস্থা (Tradition) গী

লৈঙাক-খুনঙাক, মখোয়গী পারী-পুরী অমসুং চৎলম-লুপতীনশিং তাকপী-তম্বীবগী থবকশিং লৌখৎলি। হিরমশিংসি মতমদুগী মৈতৈ খুন্নাইদা চৎনরিবা নুংতিগী লৈপুঙ, যাকাবা, হায়বসি পাখংশিংনা লৈপুঙ ফম্বা (মসি চীঙমীশিংগী পাখং-ফাল -Male youths' dormitory গুম্বনি) গী মতমদা অমসুং লৈশাবীশিংনা শীন্নাইফম কাবা (মসি, চীঙমীশিংগী লৈশাফাল -Female youths' dormitory গুম্বনি) পরীং অমসুং পরমদা চত্থরমগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা লৈ। মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসিদা লাইরিক-লাইশৃ ইবা-পাবগী হিবমসিদা থোইনা হকচিনবা মীৎয়েং থল্লম্বা উদে।

মুসলমানশিংসিগী মহৈ-মশিঙ তম্বগী পরীংদা হেন্না চেকশিনবা মীৎয়েং থল্লিবসি শা-লানগী মহৈ- মশিঙসিনি। মুসলিম কাংলুপসিগী ওইবা চৎন-লোনচৎ, লমচৎ-শাজৎ চৎলম-লুপতীন্নচিংবসি মণিপুরগী মপান্দা লৈরিবা মুসলমান খুন্নাইশিংগা য়াম্না নক্লনা লোইন-তীন্নবা অমসুং শোক্ল-শম্নবা নত্তবনিনা মখোয়গী সমাজনিতিগী পরমশিংসি অতৈদগী খরা তোপ্পল্মী। অদুগা পাঙল খুন্নাইসিগী তম্বীরিবা-তাকপীবিবা পূম্নমক অসি চীনপুঙ চীনফাগী ওইবা পরীংদা চত্থবা, তৌবা ঙাক্তনি। লাইনীঙ-চৎলম, লাইশোন-তীনশোনচিংবসু খৃঃ ১৮৭১ য়ৌদ্রিবা ফাওবদি মৈতৈ পাঙলগী অইবা লাইরিক লৈমরদে (মথক্কীসিনা, ৩৯০)। লাইনীঙ অমসুং লাইনীঙলোনগা মরী লৈনবা হিবমশিংদা মৌলৱীশিংনা অমসুং মদুগুম্বদা মীয়াম পুন্দুনা লাই খুকম্মিন্নবা নুমিত্তা লীবিরম্বগী ৱাফমদা লৈরমগদবা মাল্লি। মরমদি খৃঃ ১৯১০ গী মমাঙদদি মহম্মদননি হায়দুনা মণিপুবদা লৈরম্বা মুসলমানশিংসি ধর্ম্মদা পুক্লীঙ থম্বা অমসুং কত্থোকপসি মশীঙ ঈয়াম য়াম্নমগদবা মান্দে। মরমদি শা-/লান কনবা অমসুং হিংননবগী লানফম মায়য়োক্লবনা হেন্না লুম্বা থৌদাং ওইনা মতমদুদা লৈরম্বদুনি।

মৌলৱীশিংসি মণিপুরগী মৈতৈ পাঙলগী খুন অমগী মৌলৱী অমা লৈজরবসু তেংবান-মপু অল্লাহদি অমখক্তনি, মহাক্কী থৌজান্না মীওইবনা হিংলিবনি অমসুং হিংগদবনি, মহাক্কী থৌজান য়াওদনা করিসু ওইবা যাদে, হাযবনচিংবগী ৱাখল অমসুং ৱাখললোন্দা মখোয়গী ৱাহৈ-ৱাতা পূম্নমক তুংশিন্দুনা লৈরিবনি। অদুগা মীবৈপাক মীরমদম, অনকপা অমসুং অরাপ্পা মপান লৈপাকশিংগী অৱাংবা থাক্তা লৈখ্রবা ইমামশিং, উলমাশিংনচিংবগা অমসুং মখোয়না যেংশিল-খোৎচিল্লিবা সমাজশিংগা মণিপুরী মুস্লিম সমাজদুগা মরী শম্নদবা, পাউ ফাওনা-চৎনদবা ওইবনা মতমদুগী মৈতৈ পাঙল সমাজদুগী খুজিং অমমম ওইরিবা মহৈ-মশিঙগী অমসুং মহৈ হৈবগী থাকসি নেম্লমগনি, লৌজে।

মৈত্রবাক মণিপুর অপূম্বগী ওইনা লৈরিবা মতমদুগী মহৈ-মশিঙ তমহন্নবগী অমসুং শা-লানগী মহৈ-মশিঙগী শাফারোন-লানফারোন, লাল্লোকলোন-লানখোমলোন, লাল্লোকপোৎ-লানখোমপোৎ লৌ-খোম্বা, হুয়েন লাম্থোঙ শীনবা, লাল্লম -তোঙ্গোল খায়দোক-খায়জিনবা, লাঞ্জা-লানয়েংলোন, লাল্লুম-লান্দাবোন, লাম্হৈ-লাঞ্জেল্লোন

অসিনচিংবা লাম্লোঙ-শীনবগী থৌশীন্নচিংবগী মহৈ-মশিঙগী পরীং-পরমশিং অসি লৈঙাক্লোনগী লাম্মী অমসুং লাল্লোইশিং পনবান্নুংদা লৈরিবা লাঞ্জিংলেন, লাঞ্জিং পুরেন্নচিংবগী মচা-মনাউ ওইবশিং অমসুং তোমথিন ওইবা লাল্লোইলেনশিংগী মফমদা লানম্বৌ, হায়জরিবা ব্রাফমসি মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বদা খুদম শীদুনা উৎচখ্রে। অদুগা সমাজনিতিগী ওইবা চৎন-লোনচৎ, চৎলম-লুপঙীন, লমচৎ-শাজৎ, থকশী-খাশীনচিংবগী মৈত্রবাক অপূনবগী ওইনদি পণ্ডিত/য়োঙ্গইরেন লোইশঙনা থৌদাং লৌরগা লোইশঙসিগী মখাদা লৈরিবা য়োঙ্গইরেন/পণ্ডিতশিংনা নীঙথিনা তাকপী-তম্বীরবা লোইশঙসিগী লোইশঙ/লোইশঙ মচাশিং, পাখং-লাকপা, নিঙোল-লাকপা, নহারাকপা, নহারাকপী, লীকতাকপা অমসুং লীকতাকপীশিংনা শীনশূ-শীম্থা, খুদম - চাংদম অমসুং ব্রারী-শীঙবুনগা লোইননা ঈনখৎলক্লিবা অমসুং চাওরক্লিবা নহাশিংবু তাকপী-তম্বীবম্বা ঙাক্তনি। অদুগা হায়রিবা শীন্দম-শীস্তাকপীবগী পরীং-পথাপশিংসি মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগীসু শরুক থুংলিবনি। অদুবু হায়রিবসিগী মমি অমতা ঙসিগী মণিপুরী মুস্লিম সমাজসিদা থিবা খঙখিদ্রে। খৃঃ ১৮৭১ গী লাইরিক-লাইশূগী থৌদোক অমদগী *[মথক্কীদা, ৩৯০ ]* থরুম পুদনা মরায় চায়থরবা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইবু য়োকখৎনবগী যাওল লাকপদা অরিবা মনাৎকী তাবুশিং লোয়নমক অনৌবা অলমিরাগী উপুশিংনা শীন্দোখিবগুম তৌখ্রে; সনাদি মাঙখ্রে, কোরীদমক শিদুনা লৈহৌরে। অদুবু অনৌবা ফিজোল শেক্তুনা সাহেবকী নেকতাই পুল্লবসু মহাক মশাদি মৈতৈ পাঙলশিংগী ধারা নালা মণিপুরী মুস্লিম অদুম ওইরি হায়বসি ঙসিগী মৈতৈগী খুন্নাই-মচাশিংনা খঙফম থোকই।

**মৈতৈ পাঙল খুন্নাই মুত্তনবা "নিকাহ"**

ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপশিংগী "নিকাহ" হায়বসি হিন্দুগী "বিবাহ" (মৈকৌবা লাইগী "বিবাহ" কৌবা মরে/মৈরীদা শাক্ষী থমদুনা নুপা নুপী অনীনা লৌন-লৈনবা) অমসুং মৈতৈগী 'নুহোংবা/লুহোংবা' হায়বসিগা মান্নবা ব্রাহৈ অমসুং থৌবমনি। মালেমসিদা লৈরিবা মীওইবা জাতিনা মাগী মাগী কাংলুপ ফুরুপ, য়েক-শল্লাই, শাগৈ-য়ুম্নাক অমসুং য়ুম-লেপ্পনবা অমসুং মুত্তনা থম্ননবগী থৌশীল-থৌরাংগী মখাদা তাইবংপান মপু শিদবনা লৈশেম-নোংশেমঙৈ নমু তাইবং মীশেম-পোংশেমঙৈদা তাকপী-তম্বীখিবা, নোংদম-নোংখায়বীখিবনা মীওইবনা ঙসি কনাদসু অমুক হংলু-তমলুবা তৌদনা হৈরবা লৌন-লৈনবগী থৌদাসি পায়খৎনৈ। হায়রিবা লৌন- লৈনবগী পরম-পথাপসিদা মুস্লিমশিংগী নিকাহ অমসুং হিন্দুশিংগী বিবাহ অনীসিগী ব্রাখলশিং অমসুং ব্রাখল্লোনশিংগী লমদাং খরমখৈ খেন্নননা লৈ। 'নিকাহ' না মশা-মশা য়ানরগা অনীদু পূন্না থবক তৌমিন্নবা অমসুং পাংথোকমিন্নবগীদমক য়ানবা অমগী মখাদা লৈমিন্নবা, অব্রা-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নবা (Contract) নি ; অদুগা 'বিবাহ' না থব্রায়গা থব্রায়গা, থম্মোয়গা থম্মোয়গা

অমসুং পুক্লীঙ-ৱাখল অমগা পুক্লীঙ-ৱাখল অমগা পুনশিন্নবা, অমতা ওইনা তীনশিন্নবা (Union) নি। অদুগা মৈতৈগী লৌন-লৈনবনা নাকল অনীমক হকচাং অমতগী খোঙ য়েৎকা ওয়গা, খূৎ য়েৎকা ওয়গা ওইদুনা হিংমিন্নবা, অৱা-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নবনি। অদুবু মৈতৈ পাঙলশিংগী ঙল্লিঙৈগী ওইবা সমাজদদি মুসলমানগী নিকাহ্ অমসুং হিন্দুগী বিবাহ অনীমকসি অমতা চৎনরমদে হায়বা নত্তে, মৈতৈগী ওইনা লৈরিবসিদা লেপ্তুনা লৈরম্বা ওইনা তৌই। মখোয়গী মুসলিম খুন্নাইসিগী ময়ায় ওইবা-চনবা মতম তাংকক ফাওবদা মখোয়গী মরক্তা "নিকাহ্" সি মকওইবা ওইনা লৈরম্বগুম তৌরম্মী। অদুবু খৃঃ ১৯১০ গী মতুংদগীদি ঙাক্লদবা য়াদবা ইস্লাম ধর্ম্মগী মুসলিম কাংলুপকী অমসুং খুন্নাইগী চৎলম-লুপতীন অমগুম থম্লনবা হোৎনরক্লুনা চৎনবা হৌরকখিবগুম তৌই। অদুগা খৃঃ ১৯৪৯ গী ওক্তোবর তারিক ১৫ দা ভারতবর্ষদা নমতীন তীনখিবদগীদি মতুং তাবকপদা ভারতকী লৈঙাক্লোনগী পনগোয়নুংদা লৈরবনিনা মখোয়গী খৃঃ১৯৪৫ গী স্পিসিয়েল মেরিএজ এক্ট (নম্বর ৪৩) *[Special Marriage Act, (No. 43 ) of 1945]* চৎনবগা লোইননা খৃঃ ১৯৬০ দা মণিপুরী কস্তম্স (Manipuri Customs, 1960) বু পুথোক্লুনা চৎনরি। অদুবু মসি ভারতকী মুস্লিম মেরিএজ এক্ট না সুপসিড তৌই।

মৈতৈ পাঙলশিংনা মণিপুরদা খুন্দা-লৈতাখিবগী ইতিহাসতগী ফংলিবদি - মখোয়গী পুকোক-পুরেনশিং ওইখিবা মুসলমান অহলশিংদুগী মাগী মাগী নুপী পুদুনা লাকখিদে, হায়বা ৱাফমসি মথক্তা কদায়দনো অমদা পঞ্জখ্রে। মখোয়দু মৈতৈ নিঙোলশিং লৌদুনা চাদা-নাউদারকখিবা ঙাক্তনি। মৈতৈ পাঙল খুন্নাই নৎত্রগা মণিপুরী মুসিমল সমাজ অসিগী লৌন- লৈনবগী (নিকাহগী) মচৎ-মনাৎসিদা মখোয়গী ইসলাম লাইনীঙলোন, খুন্নাইলোন অমসুং/চৎলম-লুপতীনগী ৱায়েন লাইরিক অমগী ৱায়েন -ৱাখুন, লীক্লম-কাংলম, লীখুন-কাংখুন অমসুং কাংলোন-তুখুন্না পীবা ৱারোলদা /ৱাফমদা কাইদোং-য়ুম্ফম ওইবা নৎত্রগা নাকোইননা পনববু ওইরবসু নৎত্রগা ওইদ্রবসু মৈতৈ পাঙল নুপা অমনা অপূনবা মৈত্রবাক্কী খুন্নাই মনুংদা লৈরিবা চাঁঙম্মী- তম্মী ফুরুপ কাংলুপশিং খাক্তনা, মণিপুবগী মপান্দগী মমাঙঙৈদগী খুন্দারক্লবা অমসুং নৌনা হন্দক্তা থোকলক্লিবা বাঙ্গালী,পঞ্জাবী, দেশৱালী, নেপালী, এঙ্গলো- ইন্দিয়ান হায়বা থিদনা কাংলুপ,ফুরপু, কাংবু অমগী নিঙোল, নুপা মহাক মশা অদুগী য়ুম্নাক শাগৈদগী তোপ্লবসু তোপত্রবসু অমা হেক্তা লৌবা, লুহোংবা য়াই, অদুবু মমা-মপা অমতনা পোকপা মচীন-মপ্পা নৎত্রগা মচন-মবুংদি ঙাক্লে,লৌনদে ; অদুগা হায়রিবা ৱাফম অসিগুম্না মৈতৈ পাঙল/মুস্লিম নিঙোল/চনু অমসুং মহাকনা পামজবা,নীঙজবা অমসুং/নৎত্রগা নুংশিজবা নুপা অমদা নিকাহ শোনবা/তৌবা, য়ুম পানবা য়াই, তৌবদবু মখোয় (নুপাসু নুপীসু অনীমক্তা হান্ননা 'মুস্লিম' ওইবা হায়বদি ইস্লাম ধর্ম্ম চৎম্লবসু নৎত্রগা চৎলমদ্রবসু) না মৈতৈ পাঙল

খুন্নাইবু থাদোকপা, হায়বদি,মুস্লিম ওইবা তোকপা, হায়বদি ইস্লাম ধর্ম্মবু থাদোকপা অতোপ্পা ধর্ম্ম (হিন্দু, বৌদ্ধ, জৈন, খৃষ্টান্নচিংবা) ওনখিবদি যাদে। করিগুম্বা পাঙল নুপাদুনা লৌরুরিবা নুপীদুনা মুস্লিম ওইদ্রবা, ইস্লাম ধর্ম্ম চৎলমদ্রবা অমসুং মুসলিম নিঙোল লৌবিবা নুপাদুনা মুস্লিম ওইরমদ্রবদি মখোয় মহাক/মুস্লিম ওনগদবনি, ইস্লাম ধর্ম্ম লৌগদবনি, মরমদি ইস্লাম ধর্ম্মসি থাদোকফদ্রবা ধর্ম্মনি।

পোইরৈ মৈত্রবাক মণিপুরগী মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসিবু লীংখৎপীরম্বা অমসুং মসি লীংখৎনবগীদমক্তা নিংথৌনা/লৈপাক্লা পীবা নুপী নৎত্রগা অফংবা নুপী অমা হেক্তা লৌদুনা মতম খরা মৈত্রবাক্কী লৈমায়ফকসিদা পাল্লম্বা মৈতৈ পাঙল অহল-লম্মনশিং অদুদি কুইরে থুপখিবা, লৈখিদ্রে। অদুবু মখোয়না হুল্লম্বা নমু তাইবং মীগী মরু, মখোয়না শেন্নবা নমু পোংগী চারাশিং অমসুং থারম্বা মীওইবগী উপান্দুনা পরীং তত্তনা চথরক্কুনা চহী কুমশীঙ ৪০০ (চামরি) রোম পাল্লক্লবা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসি ঙরাং-নহান্দা "মণিপুরী মুস্লিম সমাজ/সোসাইটি "হায়বা মমিংসি ওন্দুনা ঙসিসু হিংলি/লৈরি, মুত্রি অমসুং হিংখিগনি। অদুগা মুস্লিম খুন্নাইসিবু মুত্তনবা মখোঙ শোম্বীরম্বা অমসুং মশাগী ঈবীক্লা অমদি হুমাংমন্না ঈশিং চায়বীরম্বা মমিং-মথা খঙনা অমসুং খঙদনা মালেম লৈরোন চনখিদুনা লৈরোন্নুংগী ফমুংদা য়াতারিবা কয়া অমসু লৈরি, অদুবু মখোয়গী অচম্বা কবরদুদা করিসু ইরমদবনা মীরৈপাক পকিস্তানী ওইরগা হিন্দুষ্টানী শাদুনা শান্নরম্বা লীলাগী মগুব হিন্দুষ্টানী সমাজদা মহাক্কী মশক খঙলক্লবা অমদি মহাকপু খঙখ্রে,হায়বসিগী পাউ ফংলবদা মশা মতোমতনা মশাবু হাৎচদুনা মপুন্সি লোয়শিঞ্জখ্রবা,পোষ্ট মোর্টেম তৌরবদি মহাক্কী অরোনবদু খঙনরক্কনি হায়দুনা মহাক্কী তাল্লোইনা পোষ্ট মোর্টেম তৌহন্দনা মণিপুরগী লৈরোন্নুংদা কবর তৌখ্রিবা মীরৈপাকচা বাজনিতি লল্লোনবা আকবর হায়দ্রীগী কবরগুম শক্তাক্লবগী পান্বে লৈত্রে।

# খৃঃ ১৮১৯ দগী খৃঃ ১৮৯১ ফাওবদা ওইরম্বা মৈতৈ পাঙলগী ফিবম

খৃঃ ১৬০৬ তগী মৈত্রবাক মণিপুরগী লৈঙাকলোনগী মরু ওইরবা য়ুম্ফম, খুন্নাইলোনগী মচৎ-মনাৎ পূম্নমক ঈফুৎ-পেরে, লাইনীঙলোনগী অথোইবদগী থোইরবা শেংলবা লাইফমলেন অমসুং লৈপাক্কী শেন্দান-শেনচৎলোনগী মহুম ওইদুনা শেনবা থুম্বারোনগী ফিরেপফম ওইরিবা মৈতৈগী কোনুংলেন কংলাদা মখোয়গী মী কাংলুপকী লৈঙাক-ৱায়েন থৌদাগী হিরম পূম্নমক্কী থৌশীল থৌরাংফম, থৌগায়-থৌদাফম অমসুং থৌদাং-থৌয়াফম ওইবা লোইশঙ লীংদুনা লৈরক্লবা *[ মথক্কীসিদা, ৩৩]* মৈতৈ পাঙল খুন্নাইনা পোইরৈ-মৈতৈ লৈপাকসিগী অৱা-নুংঙাই পূম্নমক্তা শরুক য়াদুনা অমসুং থৌদাং লৌদুনা মৈদিংঙু নিংথৌরোন ১৩ (তরাহুমদোই) গী মতম (খৃঃ ১৬০৬-১৮১৯) খাঙলকখিরম্মী। হায়রিবা মৈদিংঙুশিংসিগী সনা হাক্তকশিংদা শাফম -লানফমগী মৈখু মরক্তা লেপ্তুনা নোংমৈ খুদোং কাপ্তুনা কামার, - কামন চীঙদুনা চীঙ-মান্দা নুংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা চৎলকপদুনা মৈদিংঙু ময়াম্বা (মখোয় পাঙলশিংনা মপাগী লোন্নি খঞ্জবা মরোন্না লায়রবগী মপু ঈবুংঙোনি হায়দুনা 'গরিবনৱাজ মহারাজ' মিংথোঞ্জবা), নোংপোক লমদম চীঙগী পাম হাইদৎপগুম হাইহৎপগী নোংপোকৱাইরং পামহাইবা/ পামহৈবনা কবো শমজোক ঙম্বগী,অৱাগী মৎসেম (Matsem), দবয়েন (Dabayen) ম্যেদু (Myedu) নচিংবা সহরশিং থুগায়দুনা মৈ থারগা অৱাশিংবু তান্ন-তান্নদুনা হাৎপগী নুংঙাইরবা কুম্মৈশিং অমসুং মৈদিংঙুসিনা অৱাগী কোনুং সগাং (Sagaing/Tsit-kiang) মৈতৈনা চেকং/চেকোং কৌবা সহরদুগী লানবন-চেকপনগী মনুংদা লৈবা ক্যাউঙম্যেদু লাইশঙ (Kyaungmyedoo Pagoda) গী থোঙবাদা থাঙশাং মখুৎশূনা থাঙফম হকপগী হৱাউ-মীনোক অমসুং নোক-খেবা কয়া শরুক য়াখি; অদুগা মৈদিংঙু ময়াম্বা অমসুং মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী সনা হাক্তকশিংদা খৃঃ ১৭৫৪ দগী খৃঃ ১৭৭৫ ফাওবদা খুন্তাক লৈতাকপা নৎত্রেগা লৈপাক কায়বা অহুম্লক লাঞ্জেন-লাম্থেনবা কয়ারক নংখিবা, শাথীরবা ঈশিং-ঈচাও মায়োক্লখিবা অমসুং তমথীরবা চাক তাঙবা নংখিবা,অসিনচিংবগী অৱা, মীকপখোন তানা,উনা; খুদোংথীরবা কয়া মশানা হকথেংনা অমসুং খুদোং চাখিদ্রবা, চীববা তাঞ্জা কয়াদা মশা-মশানা থেংনা ফংননা অৱা-অনা খাঙখিবা কয়া অমদি লান্নংনবগী লানফম মচা কয়াদা মশা কঞ্জনবা অমসুং অশোন-অনা ঙাক-শেন্ননবা থৌদাং কয়ামসু লৌরকখিরম্মী। অদুবু হায়রিবা অৱা-অনা, লানগী মৈচ্রাং পাইবা, খুদোংথীবা অমসুং খুদোংচাদবশিংদুনা মখোয়বু লৈপাকসি থাদোক্তুনা অতোপ্পা লৈপাক্তা খুনহোংহনখিবদি ঙমদে, মখোয়গী মতুংদা

মৈদিংঙু গরিবনৱাজ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা খুন্দাহনখিবা তখেল লানফা খরদি লৈপাকসি থাদোক্তুনা নোংচুপলোমগী লৈপাকশিংদা খুনহোংনখিরম্মী।

**চহী তরেৎ খুনতাকপা(খৃঃ১৮১৯-২৫)**

মৈদিংঙু গরিবনৱাজ অৱা/ব্রাম্মাগী তোঙ্গু নিংথৌ শাগেগী অরোইবা নিংথৌ অনীগী মতমদা চহী তরেৎ কুম লেপ্তুনা চহী থংনা-থংননা খৃঃ ১৭৩৫, ১৭৩৬, ১৭৩৭, ১৭৩৮, ১৭৩৯, ১৭৪০ অমসুং ১৭৪১ দা লান্দাদুনা অৱা লৈপাক নৈখায়খিবদুগী লমন, অৱাগী নৌনা খৃঃ ১৭৫৪ দা লীংখৎখিবা কোনব্যাউঙ (Konbaung) নিংথৌ শাগেগী নিংথৌশিংনা খৃঃ ১৭৬৪-৬৫ দগী হৌনা চিফেৎ-চিফেৎ লান্দাদুনা মৈতৈ লৈপাকসিদা ওৎলম্বদগী খৃঃ ১৭৭৬ তা সন্ধী তৌনদুনা লেপ্লখ্রবনি। অদুবু মৈত্রবাক্কী নিংথৌমচা মচীন-মনাউশিংনা নিংথৌ ফম্বাল মুন্নবগী লানগী মৈফম লীংনবসি খৃঃ ১৮০০ দগী হৌরকখিরম্মী। নোংমাংখাদা চিনি ফনা য়াম্না তোক্তুনসু থুন্নকউ য়াদবগুম্বগী পূকচেল চেনবা নিংথৌমচাশিংসু নিংথৌ ফম্বাল মুন্নবদুদা য়াওরম্মী। মৈত্রবাক্কী নিংথৌ সিংহাসন ফংননবগীমক্তা মতম পূম্বগী য়েক্লবা (Permanent enemy) ওইরবা অৱাদা মমা লৈপাক হকচাং তংখায় অমা শেক্তুনা মৈতৈ কবো তম্পাক =kase shan valley) কথোকপা ঙম্বা মার্জিৎ (খৃঃ ১৮১৩-১৯) না ৱাখল য়াংমন-থেনবা অমসুং আশা ৱাংমন-চাউমনখিবগা মীগী তৌবিমল খঙদবা অমদি মশানা ঙাংখিবা-হায়দোকখিবা ৱাফম ঙাক্তবদগী মৈত্রবাক্কী প্রজা কাংলুপ ফুরুপ পূম্নমক্কী ওইনা খমথেংনা ৱাবা অমসুং মরাল লৈজদ্রবা মীচম প্রজা লাক্ষ ৬ (তরুক) লোম অৱা/ ব্রাম্মাশিংগী মীনাই ওইহন্নবা ফাদুনা পুখিবা প্রজা লাক্ষ অমরোমনা ময়ুম-মকৈ থাদোক্তুনা চীঙলক-মাল্লক্তা লাঞ্জেন্নবা অমসুং মীরৈপাক-মীরমদমদা,মীগী শাইজীন-শাইগংদা তাঙদুনা চঙজফম লৌরগা মীরৈপাক্তা নোংমগী চরা তান্দুনা চহী ৭ (তরেৎ) লেনবা অমসুং মৈতৈ,ময়াং,পাঙলনচিংবা তম্মী লাক্ষ ২(অনী) রোম্না বর্মীজশিংগী মখুৎশূ-খূৎলাইনা নমদুনা অশি'লৈপাক্তা থাহনবীখিনবগী অশেংবা মরম ওইখিরম্মী। অদুবু মার্জিৎকী মফমদদি পূম্নমক অসি করিসু নত্তে, করিসু খনবীদে,মী নত্তবা মতু পানবগুম ওইজবা থিবদা মহাক্না নিংথৌ সিংহাসনগীদমক্তা মণিপুরদগী অৱাগী মতেংনা মায়থীবা পীদুনা তাম্থোকখিবা চৌরজিৎ মহারাজ অমসুং মনাউ ঈবুংঙো কবোতাবা শামুফাবা [রাজা গম্ভীর সিংহ (খৃঃ ১৮২৫-৩৪)] গী মফমদা লাঞ্জদ্রবা শাদুনা চঙজরগা চৌরজিৎ মহারাজগী লম নীরগা নিংথৌ ওইদুনা কছাড়গী হাইলাকান্দিগী 'ঝাব্রিবন ' দা পানখি। মী অফবনিনা চৌরজিৎ মহারাজ অমসুং গম্ভীরসিংহ অনীগী মরক্তা হিগাইৱা অমুক হন্না শান্নখিরম্মী।

খৃঃ ১৮১৯ দা ব্রাম্মা/অৱা (বর্মীজ ) নিংথৌবেন পাঙ্গী-দাউ(দৌ) *[HPa Gyee-daw (1819-37, A.D.) ]* না মহাক্কী মখাদা মার্জিৎপু খৃঃ১৮১৩-১৪ দা

মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ফম্বালদা থাঙ্গৎপীরগা হাযবা ইন্দবা, থাজবা মাঙহনবা, থৌওই উশীত্তবনচিংবগী মশাগী মরাল কয়াদগী মহাকপু হিংনা ফাদুনা পুরক্লবগীদমক্তা ম্রাম্মাগী অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা অৱাগী সেনাপতি পাখান-ৱোন (পাগান ওন, Commissioner of Pagan) অমসুং কানেউন (কালে-ওন, Commissioner of Kale division) কৌবা অনীবু লুচিংহন্দুনা মৈত্রবাক্তা থারক্লুনা খৃঃ ১৮১৯ দা মণিপুরদা লান্দারক্লম্মী। হায়রিবা অৱাগী লান্দারকপসিদা খুজিল থৌরাংদা থৌনা ফবা শারবা মার্জিৎসি লান শোক্লদুনা নুমিৎ তরেৎনিরোম লৈরম্লগা নমথাক্কা মীগী ফত্তনবা শীন্নবগীদা পাম্বে ওইননবা ভক্ত মহাবীর শাদুনা শ্রীগোবিন্দজী পুদুনা কছাড়দা লাঞ্জেন্নখিরম্মী।অদুগা মণিপুরনা লৈপাক কায়দুনা অঙম-অথৌ, অকন-অয়াঙ,ফম্লাইবা ফম্বে ফম্বশিংদা নত্তনা লৈপাক মীয়াম,-মীচম প্রজাশিং পূম্নমক-কাংবু কাংবু, খূৎ-খূৎ হৌনদুনা মানা-মানা থোকপা মায়কৈ শল্লাই খঙদনা মথৱায় হিংননবা চীঙ-মান, তু-খোং খঙদনা লাঞ্জেন্নরম্মী। হায়রিবা লাঞ্জেন্নবসিদা মৈতৈ পাঙল সম্মাজগী মী পূম্নমকসু নোংচুপলোমদা লৈরিবা ভারতভর্ষগী লৈপাকশিং মণিপুর থাদোক্লুনা চেন্নরম্মী। অসুমনা লাঞ্জেন্নবসিদা চাবা-থকপা ফংদনা, লোক তাইদা তাদুনা চীঙমান্দগী ওন্থদুনা মৈত্রবাক্কী মীচম কয়া মীরৈপাক্কী লম য়ৌবা ঙমদ্রিঙৈদা শীখিরম্মী। অদুগা অৱানা য়ৌশিল্লকপনা হানখ্রবা কয়ানা থাঙনা কক্লুনা, নোংমৈনা কাপতুনা য়ুম/শঙ অমগী মনুংদা অৱাশিংনা পুল্লপ হোইজিল্লগা মোরোক থাদুনা নুংশা শোর হোনবা ঙমহন্দনা হাৎখিরম্মী। হায়রিবা মীহাৎসিদা চহী তরেৎ খুন্তাকপসি থোকহল্লিবা মার্জিৎসিগী মচাশিং চহী তরেৎ খুন্তাকপসিদা মণিপুববু নৎত্রগা মণিপুরীবু মৈতৈ কন্ননবা নৎত্রগা ঙাক-শেন্ননবগী নোংমতসু মপাম্বোম তিংলখিদবা মার্জিৎকী মচাশিং— যোগেন্দ্রজিৎ,কহ্নাইনচিংবদু শিরম্লবদি ফগদবনি,মতুংদা নিংথৌ ফম্বালসি মপা মার্জিৎকি য়াওনা মখোয়না ফংফম থোকই হায়না দরখাস্তগকা থাব*[ডাঃলঃ চঃ ১৯৭০, ৬০]* সি তৌদনবা।

লান ঙম্লবা অৱাশিংনা মখোয়না হিংনা ফাননবগী পান্দমদা লাক্লিবা মীনুংশি চাওরবা মার্জিৎতু না কছাড়দা ঙাম্বোইখ্রবনিনা ম্রাম্মাশিংনা মৈত্রবাকপু মখোয়গী খোঙখাদা থম্লবা মতুংদা মার্জিৎনা তম্বীবা নমথাক-লাংথাক্তু মৈত্রবাক্তা শীজিন্নদুনা নিংথৌ ওইজনীংখ্রবা নিংথেম মচা জয়গা মৈতৈ লানফা লাখ ৩( লাক্ষ ৩ হায়, মসি হেঞ্জিন্না পাবা নৎত্রগা কোনুং পণ্ডিতনা অহৈ-অপা শাদুনা হায়জিনবনি) গা লোইননা পাগান ওন সেনাপতিনা অৱা নিংথৌদা মার্জিৎকী মহুৎ শিন্দুনা কৎলুনবা অৱা লৈপাক্তা পুদুনা চৎখিরম্মী। ম্রাম্মা সেনাপতি কালে-ওননা মখোয়গী বর্মীজ লান্মী লাল্লোই ২০০০ (লীশীঙ অনী) গা লোইননা মৈতৈ কোনুংলেন কংলাগী মনুংদা লৈরিবা কাঙজেবুঙদা তেঙ্গোন শাদুনা লৈপাক-চাবা/ঙাকপা লৈহৌরম্মী। অসুম্না হায়রিবা মতম শকাব্দ ১৭৪১ গী ৱাকচীংগী

১২ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎ (খৃঃ ১৮২০ গী জানুৱারী তাং ২৫)তগী হৌদুনা মৈত্রবাক মণিপুবদা চহী তরেৎ চুপ্পা (মৈতৈগী থাচৎ অমসুং কুম্বারোন্দা) থা-মমদুনা লৈবা "মণিপুরগী চহী তরেৎ খুন্তাকপা(Seven years' Devastation)"হায়বদু ওইখিরম্মী।

**চহী তরেৎ খুন্তাকপদগী কন্নবগী খোঙজঙদা ঃ**

মণিপুরগী চহী তরেৎ খুন্তাকপা ( খৃঃ ১৮১৯/২০-১৮২৫) গী মমাঙ খৃঃ ১৮১৭-১৮ গী মতম অদুদদি মৈতৈ পাঙলগী মীশীঙসি ফনা য়াম্না য়ামজরম্লবনি, চাওরাক্লা মীকোক ৪০,০০০/৫০,০০০ (লীশিং নিফু/য়াঙ্খে) রোমদি শুরম্বা য়ারবনি। অদুবু চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মতমসিদা অৱা/গ্রাম্মাশিংনা কয়া কক্তুনা হাৎখ্রবা, কয়া অমনা লানফা ওইনা ফাদুনা অৱা লৈপাক্তা পুখ্রবা অদুগা পাঙল মীকোক কয়া মরুম অমনা মণিপুর থাদোক্তুনা লৈপাকসিগী চীঙনুং-মানুংদা লোত্তুনা লাম্থেরিবা অমসুং কয়ামনা চীঙনুং -মানুং ফাওদুনা চেনখ্রগা তখেন/ত্রিপুরা, কুমিলা/কোমিলা,তকা / ধাকা , পাসা/ শীলেট, কছাড়/ময়াং (ডিমাসা) লৈপাক, তেখাও/অহোম (Ahom/ Assam) খাহি/খাশি অমসুং গাড়ো চীঙলৈপাক্লচিংবা লৈপাকশিং/লমদমশিং অমসুং মসিশিংসিদগী হেন্না থাপ্তোকখিবা লৈপাকশিং/লমদমশিং - লক্ষ্ণৌ, আগ্রা, দিল্লি, গুজরাটনচিংবদা লাঞ্জেনখিদুনা চঙজফম লৌদুনা মীগী শাইগং শায়াদা তাঙদুনা লৈনখিবসিনা চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মতমসিদা অমসুং মতুংদা লান হঞ্জিন্নরকপদা মখোয়গী মীশীঙসি যাম্না হন্থরগনি খায়র্বসিদি শোয়দ্রবনি।

মৈত্রবাক মণিপুবগী চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মতমসিদা মৈতৈশিংনা [ মৈতৈ নিংথৌ মচাশিং, নিংথেমচাশিং,লৈকায় মরিগী মচাশিং, পানা মচাশিং,মৈতৈ পাঙলনচিংবা কাংলুপশিং,ময়াং নাইশিং, চকপা লোইশিং (মোইরাংনচিংবদা পানা মচাদা চিংখ্রে)] নচিংবনা মরু ওইনা চঙজফম লৌরিবা, মপুঙ ওইবা য়ুমদাং-শাইদাংফম ওইরিবা লৈপাক /লমদমসিগী য়ুম্ফম ওইবিবা মফমসি কছাড় লৈপাক্কী মফমশিংদনি। চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মমাঙগী মতমগী মতম চহী অনীরোমগী মতমগী মমাঙদগী কছাড লৈপাকসিগী তংখায় অমরোমদি মৈতৈ নিংথৌমচাশিংনা, মৈদিংঙু মার্জিৎনা খৃঃ ১৮১৭ তা কছাড লৈপাক্তা লান্দানবা থৌরাং লৌখৎলুবা অমসুং কছাড়ী নিংথৌনা মৈতৈ লান্মীগা মায়যোক্লবা ঙমদবদগী, মৈতৈ নিংথৌফমদগী পোত্থাববা মৈদিংঙু চৌরজিৎ অমসুং মতুং ইনবা মনাউ ইবুংঙো গম্ভীর সিংহগী মপান্না কছাড় লৈপাক্কী মনীঙ- তম্না কনখিবদগী মৈতৈ নিংথৌমচাশিংনা লৈবাক লৈঙাক চুপলী পায়দুনা লাক্লবনি। অদুনা চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মনুংগী চহী অমগী মতমদদি কছাড় লৈপাক্তা নিংথৌ মরি পাল্লকখিরম্মী। মখোয়দুদি ঃ(১) কছাড় লৈপাক মপুমদুগী তংখায় অমদা কছাড়ী/ডিমাসাগী মশাগী হান্নগী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র নাবায়ন (খৃঃ ১৮১৯-৩০) না খাসপুবদা কোনুং ওইদুনা

পাল্লম্মী, ২) মণিপুর নিংথৌ ওইরম্বা মৈদিংঙু চৌরজিৎ (খৃঃ ১৮০৩-১৩) না কছাড় লৈপাক মপুমদুগী শরুক নিপাল থোকপগী শরুক অমদা কছাড়গী সোনাই মৃখগী ডুঙ্গুরিপারদা কোনুং ওইদুনা পাল্লম্মী, ৩) মণিপুরগী নিংথৌ ওইরম্বা মৈদিংঙু মার্জিৎনা (খৃঃ ১৮১৩-১৯) কছাড় লৈপাক মপুমদুগী শরুক নিপাল থোকপগী শরুক অমদা কছাড়গী হাইলাকান্দিগী 'ঝাব্রিবন' দা কোনুং ওইদুনা পাল্লম্মী, অমসুং ৪) মণিপুরগী নিংথৌ ওইরক্কদবা রাজা গম্ভীর সিংহ (খৃঃ ১৮২৫-৩৪) না কছাড় লৈপাক অপুম্বদুগী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমদা নোংচুপ কছাড়গী গুমরা(হ)দা কোনুং ওইদুনা পাল্লম্মী। মরম অসিনা মণিপুরী মৈতৈ, অপূনবা খুন্নাইগী মীওইশিংনা চহী তরেৎ খুন্তাকপগী কছাড়দা লাঙ্জেনবা অমসুং লাম্থেবদা মরু ওইবা মফম ওইদুনা শাইদাংফম অমসুং লানথুপফম ওইরিবনি। অদুগা মৈতৈ পাঙলগী অয়াম্বা শরুকসু হায়রিবা কছাড় লৈপাক্কী মৈতৈ-নিংথৌশিংনা পাল্লিবা লমদমশিং অসিগী মফম অয়াম্বদা লৈরম্মী। মখোয়না মৈতৈ / মণিপুরী ওইনা কছাড়দা থোক্লক-থোক্লকপা মণিপুর অমসুং মৈতৈগা মরী লৈনবা থৌদোক-ৱাথোক, শাথোক-লাম্থোক্লচিংবগী থবকশিংদা অমসুং মৈতৈ/ ম্রাম্মশিংগী খৃঃ ১৮২৪-২৫ দা কছাড় মনুংদা খুৎ-থোক্লখিবা লানফমশিং (Conflicts of Meitei-Mramma, 1824-25 in Kachhar) দা শরুক য়ারম্মী অমসুং থৌদাং লৌরম্মী। মতমদুদা ম্রাম্মাশিংনা লাল্লম (Column) অহুম থোক্লা মণিপুর, পাৎকোয় চীঙশাংগী টাজু চীঙলম্বীনচিংবদা লাক্লগা অসাম (অহোম লৈপাক), কছাড়, খাসি অমসুং জয়ান্তিয়া (চীঙ লৈপাক) নচিংবগী লমদমশিংদা মখোয়গী তৌবা ঙম্বা মতীক-মঙম, মপাঙ্গলগী মতিক শদোক্লবা অমসুং উৎনবা হোৎনরকপগী খোঙথাংশিংদা মতমদুগী বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী ঈঙ্গ্রেজ মচাশিং অমসুং মৈতৈ মচাশিংনা থিংননবগী থবক লৌখত্নুনা পূন্না খোঙচঙ চঙশিনমিন্নবগী মতাংদা বর্মীজ গেজেটিয়াবদা তারিবা মমিদি ঃ-

> .. in the beginning of January, 1824, a large Burmese force advanced into that state (Assam) and Stockaded itself at Bikrampur, whilst another moved from Manipur and a third upon Jyntea. Major Newton, concentrating the whole of his force, moved upon Bikrampur and drove the Burmans out of their stockade... at last, induced the British Government to declare war in a proclamation dated the 5th March, 1824 *[C.B.A. 1987, 329-30]*

অসিনি। হায়রিবা খৃঃ ১৮২৪ গী জানুৱারী অমসুং ফেব্রুৱারী লানশিংসিদা, মরু ওইনা কছাড় লৈপাক্কী টিলান (টিলাইন) চীঙজাওগী ম্রাম্মা/অৱাশিংনা শারিবা লানবন থুগায়বনচিংবদা মৈতৈশিং বৃটিশশিংগী মতেং য়াম্না পাংবীরম্মী। অদুনা বৃটিশ

ওফিসারশিংনা মৈতৈশিংসি শা-লান পান্বা, লানফমদা থৌনা ফবা অমসুং লান্দা-লাঞ্জঙ, লানঙাক- লানকন্নচিংবদা হৈ-শিঙবা জাতিনি, মখোয়গী মরৈপাক মরাইবক থীবদগী ম্রাম্মাশিংনা লৈশিনখিবনা মদু হন্দোক্লনবা কছাড় লৈপাকসিদা তাঞ্জ চাবা অমসুং খুদোংচাবা লাল্লুমদুনা লৈরিবনি, হায়বসি খঙখিরম্মী।

বৃটিশশিংনা মখোয়না খুদুম চন্দুনা লৈরিবা ভারতবর্ষগী লমদমশিংগী মপান লৈপাকশিং - চাইনা, থাইলেণ্ড মলেসিয়া, বর্মা, কম্পচিয়ানচিংবগা লল্লোন-ঈতীক তৌনবদা ম্রাম্মা/বর্মীজশিংনা ফ্রেঞ্চ, পোর্টুগীজ, ডৎচ-নচিংবা য়ুরোপীয়ান জাতিশিংনা ইনশিন্দুনা শৌ ওইরকপগী ৱাফমগী মথক্তা কছাডী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র নারায়ন্না অৱা নিংথৌদা অরোনবা পাউ থাদুনা মৈতৈ নিংথৌ মচাশিং কছাড়দগী তানথোক্লবা লান তাবীরক্লবা হায়জরুবদগী অৱাশিংনা কছাড় লৈবাক্তা লান তাশিল্লক্লুনা বৃটিশশিংগী অৱাং-নোংপোক লমখৈগী য়ুম্ফম ফম্বী/হেডক্বাটর্স (Headquarters) তা কিহল্লকপদগী মখোয় বৃটিশশিংনা মশা কঞ্জনবগী ফিরেপ লৌদুনা "ম্রাম্মাশিংগী নৎত্রগা বর্মগী মথক্তা লান তৌরে", হায়না খৃঃ ১৮২৪ সিগী মার্চ তারিক ৫, ঈরাই নুমিত্তা লাউথোকখ্রবনি। মসিদা বৃটিশশিংসিনা তৌরিবা লাঞ্জঙ-লান্দাগী থৌশীল-থৌরাং, লাম্থোঙ শীনবনচিংবগী মওং-মতৌ, লানঙাক-লানকন, লাঞ্জা- লানয়েংবা, লান্দান-লানশঙবনচিংবদা মৈতৈ মণিপুরীশিংনা মখোয়গী মতেং পাংবীখিবা, তেংবাং পীবিখিবদা মখোয়না য়াম্না পেঞ্জরম্মী অমসুং মসিগী মখোয়না খৃৎলং লমন ওইনা পীরক্লিবা মখোয়গী তেংবাং অমদি মখোয়গী কান্নগদবা লমদাংগী খুজিন-থৌরাংগী পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক্তা অৱাশিংনা হেঞ্জিল্লকপা য়াদনবা মখোযগী লাম্মী মপৈ অমা থম্বা, মদু লীংখৎনবগী লম্বী শেম্বা, ঈমদাং য়াৎপগী লানগী লাঞ্জঙ-খোঙজঙ, পোরম-পোথাং, অসিনচিংবগী খুদোংচাবা লৌদুনা মৈতৈ নিংথৌমচা ঈবুংশীজ শামুফাবা, কবোতাবা নৎত্রগা গম্ভীর সিংহনা ম্রাম্মাশিংগী মখুত্তগী মমা লৈপাক মণিপুরবু কন্ননবা অমসুং হন্দোক্লবগীদমক থৌশীল-থৌরাং লৌখৎলক্লম্মী। হায়রিবা থৌশীল-থৌবাংসিগী পোরম-পোমিৎ য়াৎলকপদা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীগী মতেং শোয়দনা ফংলগনি হায়বগী থাজবা লৈরম্মী। অদুনা মহাক্না মতেংনীবদা হিদান্নরক্কদবশিং মহারাজ চৌরজিৎনচিংবা পুম্নমক কছাড় অমসুং শিলেটকী ৱাংমদা পুথোকখিবম্মী।

**রাজা গম্ভীর সিংহ লেভী লীংখৎপদা ঃ**

"রাজা গম্ভীর সিংহ লেভী (এপ্রিল, খৃঃ ১৮২৪-ডিসেম্বব, খৃঃ ১৮২৫)" হায়বসি "মণিপুর লেভী (ডিসেম্বর, খৃ ঃ ১৮২৫-ফেব্রুৱারী, ১৮৩৫)" গী অহানবা মমিংনি। রাজা গম্ভীর সিংহনা চহী তরেৎ খুন্তাকপদগী মণিপুর হন্দোক্লবা কছাড়দা লৈবা মণিপুরীশিং খোমদুনা কছাড়গী যাত্রাপুরদা হেডক্বাটার্স ওইদুনা খৃঃ ১৮২৪ গী এপ্রিল থাদা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী মতেং লৌদুনা লীংখৎখিবনি। হায়রিবা লেভী/লাশ্মী লুপ অসি

খোঙমী-লাম্মী (foot soldier)-৫০০, মখোয়গী নন্-কম্মিসগু ওফিসারশিং (Non-commissined officers) সুবেদার ৫(মঙা), জমাদার ১০ (তরা), হভিলদার ১০ (তরা) অমসুং নাইক ২৫ (কুনমঙা) অমদি শগোল লাম্মী ৪০ নিফু , [ য়াম্খৈ পান্দম থম্বনি, অদুবু মশীঙ শুনা ফংদবদগী নিকুসি ওইরিবনি ] অমসুং মখোয়গী নন কম্মিসন ওফিসার (Sirdar) ৪ (মরি) না শান্দুনা অহানবা ওইনা লীংখৎখিবনি। হায়রিবা লেভীশিং চহীসিগী (খৃঃ১৮২৪গী ) এপ্রিলদগী বৃটিশকী কম্মিসন ওফিসার অমা (colonel Innes, C.B.) না মিলিটরী ড্রিল ফিজিকেল এক্সরসাইজ (Military drill, physical exercise, etc.) নচিংবা তম্বীরম্মী । রাজা গম্ভীর সিংহ লেভীসিগী খৃঃ ১৮২৪ গী জুলাই তাং ৩০ নৈরাই ফাওবদা লৈরিবা অপূনবা লাম্মী-লাল্লোইশিং মমিং পীবদা য়াওরিবা লাল্লোইশিংদি মৈতৈ বাযোন্দা - শগোল লাম্মী ৩(অহুম), খোঙমী ২ (অনী), মৈতৈদা - শগোল-লাম্মী ৩৬ (কুন্থাতরুক), খোঙমী ৪৮৩ (চামরি মরিফু হুমদোই) নি, অদুগা মৈতৈ পাঙলদা শগোল লাম্মী ১(অমা) অমসুং খোঙমী ১৫(তরামঙা) নি। মৈতৈ পাঙলগী শগোল লাম্মী অমসুং খোঙমীশিংগী মমিং-মথাদি ঃ-

**(ক) শগোল লাম্মী**

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| শৈখ সলেনা, | শগোল লাম্মী | | মশীঙ | ৩৩ | শুবা |

**(খ) খোঙমী লাল্লোই-**

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১) শৈখ রফি | খোঙমী | নাইক | মশীঙ | ২৪ | শুবা |
| ২) শৈখ সুবোল | ,, | ,, | ,, | ২৫ | ,, |
| ৩) রফি মুহম্মদ | সিফাই | | মশীঙ | ২৭৮ | শুবা |
| ৪) লাল মুহম্মদ | ,, | | ,, | ২৭৯ | ,, |
| ৫) বর্ক তুল্লাহ | ,, | | ,, | ২৮ | ,, |
| ৬) লাল মুহম্মদ | ,, | | ,, | ২৮১ | ,, |
| ৭) মুহম্মদ নাজির | ,, | | ,, | ২৮৪ | ,, |
| ৮) শৈখ সুবহ | ,, | | ,, | ৪৫০ | ,, |
| ৯) শৈখ সেবা | ,, | | ,, | ৪৫১ | ,, |
| ১০) শৈখ প্রেম (ওন কমাণ্ড) | ,, | | ,, | ৪৫২ | ,, |
| ১১) শৈখ বোরো | ,, | | ,, | ৪৫৩ | ,, |
| ১২) শৈখ লোবা (রুবা?) | ,, | | ,, | ৪৫৪ | ,, |
| ১৩) শৈখ ছৈবা | ,, | | ,, | ৪৫৫ | ,, |
| ১৪) শৈখ থম্বা(ওন কমাণ্ড) | ,, | | ,, | ৪৫৬ | ,, |
| ১৫) শৈখ শাইজা/শৈজা | ,, | | ,, | ৪৫৭ | ,, |

*[কঃ বঃ ১৯১১, A-IX]*

অসিশিংসিনি। মখোয়সি অহানবা থাক্কীনি।মসিদগী খৃঃ ১৮২৫ গী ডিসেম্বর থাদগী

'মণিপুর লেভী' হায়বা মমিংসি ওনবগা লোইননা খোঙমী সিফাই ১০০০ (লীশিঙ অমা), শগোল লাম্মী ১০০ (চামা), মতুংদা অমুক খোঙমী সিফাই ৩০০০ (লীশীঙ অহুম) ,শগোল লাম্মী ৩০০ (চহুম) নচিংবা মথং-মথং হেনগত্নুনা লাকখিবা অমদি খৃঃ ১৮৩৫ দগী মণিপুর মশানা খরচ পূম্নমক পুবা মশাগী লেভী ওইদুনা তুলী (Regiment/Battalion) ৮ (নিপান) গী পূন্না সিপাই ৫,৫০০ (লীশিঙ মঙা চামঙা) অমসুং মখোয়গী ওফিসার ৫৫০ রোম লৈরক্লবা মতমদুদদি মৈতৈ পাঙলগী সিফাইগী মশীঙ কয়া ওইরমগদগে হায়বদুদি থিজিন-হুমজিনবগী পনখৈনুংদা থমজরি। অদুবু খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা পাঙল মেঞ্জোর/মেজর অমদি বঝাইগী ওইরবসু অমদি লৈরম্মী।অসুম্না মৈত্রবাক্কী চিরবা তাঞ্জা,চহী তরেৎ খুন্তাকপগী তুং হন্না য়েংখিবদা কনাসু লৈত্রবা মতমসিদা মমা লৈপাক মণিপুরবু কন্ননবা অমসুং হন্দোক্লবগী খোঙজঙদা মশাগী ঈ, তূ-তোং অমসুং থল্লায় কৎকনি হায়না চোংথোক্লকখিবা মৈতৈ অথৌবা ৫৯৪ দুগী মনুংদা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী মহুৎ শিন্দুনা মখোয় ১৬ (তরাতরুক) অসিনা মখোয়গী পুফমথোক্লবা নৎত্রগা থাংদোকফম থোক্লবা থৌদাংদু পুথোকচদুনা মণিপুরগীদমক্তা লেপ্পকখি। অসিগুম্বা মতমসিদা কছাড়দা, হোজাইদা, অতৈ মফমদা রাজা গম্ভীর সিংহ লেভী লীংখৎলে হায়বা খঙনা-খঙনা লোত্তুনা লৈহৌরবশিংগী মচা-মশূশিং নৎত্রগা চাদা-নাউদাশিংনা ঙসিদি রাখল খজিক্তং খনথবীফম থোকই নৎত্রবদি য়ুনান্দগী লাক্লগা মৈতৈ শারবশিংনা মণিপুরসি য়ুনানগী মখা পোনবা লৈপাক্সি হায়রকখিগনি।

**মৈদিংঙু চীঙলেন নোংদ্রেন খোম্বা ( খৃঃ ১৮২৫-৩৪) গী সনা হাক্তক্তা**

মৈত্রবাক মণিপুরগী ইতিহাসকী লমায়দা মতম পূম্নগী ওইনা অমুবা মুক্তা ইদুনা লৈরবা "মণিপুরগী চহী তরেৎ খুন্তাকপা" (খৃঃ ১৮১৯-২৫) গী লান্নংলবদা মরৈপাক মণিপুরবু য়েক্লবা অরা/প্রাম্মাশিংগী মখূত্তগী রাজা গম্ভীর সিংহ, ফম্বাল মিংখৈনা মৈদিংঙু চীঙলেন নোংদ্রেন খোম্বা অমসুং মহাক্কী লেভীগী অহানবা কম্মাণ্ডিং ওফিসার নৎত্রগা মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতি নরসিংহ [ তুংলমচত্তা য়ুবরাজ (খৃঃ ১৮৩৫-৪৪) অমসুং মৈদিংঙু রাজা (খৃঃ ১৮৪৪-৫০)] অমসুং মখোয়গী মী ৫৯৪ খক্কী লেভীনা মণিপুরবু হন্দোক্তুনা মনীঙ-মখা তম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমুক হন্না লীংখৎখিরম্মী। হাযরিবসিদা রাজা গম্ভীর সিংহনা নিংথৌ অমসুং লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওকিসার ঈবুংশীজ নরসিংহনা সেনাপতি ওইদুনা অনৌবা মতমগী অনৌবা মণিপুর শেমগত্তুনা মণিপুর ইতিহাসকী অনৌবা যুগ হৌদোকখিরম্মী। অসুম্না অনৌবা মণিপুর অমা অমুক হন্না শেমগৎ-শাগৎলকপগী তাঞ্জা অসি মৈতৈ পাঙল সমাজগী খ্বাইদগী হেন্না রাংবা থাক্তা লেপ্পগী মায় পাক্না পানবা মতম্নি, হায়বা য়াই। মসি "ইতিহাসকী চেম্প্রবা ঈচেলগী খোঙজেন খোঙথাংনা মশা মতোমতা অমুক হন্না হঙ্গৎনা হঞ্জিজরকই" হায়বদুমক্নি, হায়বা য়াই — মমাঙঙৈগী চৎস্র'-হৌগ্রবা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী ইতিহাসতা ময়েক

লানা লৈরিবা ৱারোলশিং — মৈদিংঙু লাইহিংথৌ খাগেম্বগী সনাহাক্তক্তা মৈতৈ পাঙল খুল্লাকপা (Administrator) ওইরম্বা মহম্মদ সানী [(মৈতৈনা মংকন নিংথৌ সায়ি নৎত্রগা 'সাই' নৎত্রগা "প্রসেনা (বড় সেনা/সেনাপতি) লানচিংলেন" মিংথোনবা] না ফংখিবা মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙুগী থৌজাল অমসুং ইকাইখুম্নবা অদুম্মক য়ৌদ্রবসু অমসুং মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবগী সনা মহাকথক্তা পাঙল খুন্নাইগী মেরাই ঙাংব *[ চৈথা ঃ কুমঃ ২০০৫, ৬৬]* না মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবগা মতাউ শান্নবা অমসুং মৈদিংঙুগী মায়য়োক্তা নিংথৌশেম্ব (uprising against the king) গী লানহত্ত য়াওনা-য়াওনা কোনুংগী শঙ ৬ (তরুক) মৈ থাদুনা অরৈবা মীওইশিং তাপ্লেক্লকপা থোক্লকপদা মৈদিংঙুবু য়েক্লবগী মীশিংনা খুৎ থাগদবদগী কন্দুনা লানহত্ত মহৈ য়ালহনখিদবা, লৈপাক্কী য়াইফনবা তৌখিবা অদুগুম্বগী মিংচৎ নৎত্রগা মিংফমশিংদু য়ৌবা/ তানবা ফংজদ্রবসু, মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহগী সনা হাক্তক অসিদসু শৈখ সুবোল অমসুং ইফম/খান তোল্লেন কাজী অনীনা পাঙলশিংগী থৌদাং ফৈগাক-ফৈনা য়াদুনা পুখিরম্মী। মখোয় অনী অমসুং মখোয়গী মচা-মনাউশিং ওইবা লাম্মী লাল্লোইশিং লোইননা মণিপুর লেভীগী সিফাইশিংবু রাজা গম্ভীব সিংহ, সেনাপতি নরসিংহ, কেপ্তেন/মেজোর এফঃ গ্রান্ট অমসুং লেফটেনেন্ট/কেপ্তেন রোবার্ট বোইলিয়ু পেম্বর্টননা খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুৱারীগী অঙনবা মতমদা অৱাগী লমদা নীংথি তুরেল লান্দুনা তকশিল্লগা শমজোক কোনুং সেনাপতি নরসিংহনা থুগায়রম্লম্বদুগী নিংথি তুরেল খোংবান্দা মণিপুরগী নীঙতম ফিরান যুংদুনা মণিপুরগী ঙমখৈ য়াৎলম্বা *(মথক্কীসিদা, ২২৫)* অদুগুম্বগী থৌদৌ-থৌদোকশিংদুনা মৈতৈ পাঙলগী সিফাইশিং খবদু য়াওজরক্লবনি অমসুং মমিংমক্লা উজরক্লবনি। অদুদসু নত্তনা খৃঃ ১৮২৯ গী খাহি/খাসি (খাসিয়া জয়ন্তীয়া চীঙলৈপক্কী চীঙমীশিং) লোই চনবগী লানফমদসু ইফমগী তোল্লেন অমসুং শৈখ সুবোলসি অচৌবা থৌদাং লৌরকখ্রবনি। *(মঃচঃ সঃ, ১৯৬৭, ১৯)* । অসুম্না মৈতৈ পাঙলশিংনা মৈত্রবাক মণিপুরগী লৈহাওদগী থোকপা মহৈ- মরোং চাদুনা, লমদমসিগী লৈমায়দা চেনবা ঈচেলগী ঈশিং থকপা অমসুং লৈপাকসিদা লৈরিবা মখোয়-মখোয়গী মমা-মমাগী মমারোন ঙাংনবা ফংদুনা লৈপাকসিগী লৈপাক-নিংথৌগী প্রজা অমমম ওইজবগী তৌফম থোকপা মথৌশিংদু তৌজরকখিরম্মী।

**মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহগী সনা হাক্তক্কী কাজীঃ**

মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ, মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতি নরসিংহ অমসুং মখোয়গী লেভীনা মৈত্রবাকপু চহী তরেৎ খুন্তাকপদগী কন্দুনা খৃঃ ১৮২৫ গী জুন থাগী তারিক ১২, নোংমাইজীং নুমিত্তগী মনীঙতম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক, অনৌবা মণিপুর লীংখৎখিরম্মী। মতমসিদদি চহী তরেৎ খুন্তাকপগী লাঞ্জেনরুবা মৈত্রবাক্কী প্রজাশিং অয়াম্বা লান হঞ্জিন্নরকখিরম্মী, মাগী মাগী হান্নগী মখুঙ্গং-মরৈকায় লৈবম্বা লমদমশিংদা অয়াম্বনা

মখুঙ্গং-মরৈকায়শিং নৌনা শেমগত্তুনা পানবা হৌনরকখিরম্মী। অসুম্না লান হঞ্জিন্নরকপসিদা মৈতৈ পাঙল ["মণিপুরী মুস্লিম" হায়বা মিংথোলসি মৈদিংঙু বোধচন্দ্র মহারাজ (খৃঃ ১৯৪১-৪৮) গী মতমদগী নৎত্রগা মসিগী মতুংদগী শিজিন্নরকখিবনি] শিংসু য়াওরিবনি। অদুবু মখোয়গী ওইনদি মৈদিংঙু ময়াম্বা গরিবনৱাজ মহারজগী সনা হাক্তক্তা খৃঃ ১৭২৪ দা তখেন/ত্রিপুরীশিংনা অৱাগা লৌতুনদুনা অৱানা নোংপোক্লোমদা হৈরোক, শল্লুংফম, ৱাংজীঙনচিংবরোমদা লান্দারিঙৈদা মখোয় (ত্রিপুরীশিং) না নোংচুপলোমদা মোইরাং, থাংজীঙ চীঙগোন্নচিংবদা লান্দারক্তুনা শোক্লখিবা লানফমদগী ফাদুনা নাইফা/লানফা ওইনা খুন্দাহনখিবা মুসলমানশিং অদুগী অয়াম্বা শরুক্তি লান হঞ্জিল্লক্লখিদ্রে। মখোয়দু মণিপুরদগী খরা থাপ্তোকখিবা নোংচুপলোমগী লমদমশিং ঢকা/ধাকা, কলকটা (কোলকতা), পাটনা, হজারীবাগ, কোমিলা, শিলেট, করিমগঞ্জনচিংবা লমশিং অমসুং সহরশিংদা লাঞ্জেল্লুবদুগী পোইরৈ লমনা তাম্বা অদুদগী হল্লক্লমদবা ওইরম্বা য়াই।

পোইরৈ মৈত্রবাক্কী মীশিংনা খৃঃ ১৮২৫ গী জুলাই আগষ্টতগী লাঞ্জেল্লুবা হঞ্জিন্নরক্তুনা খুঙ্গং-লৈকায়শিং অমুক হন্না লীংখৎনদুনা লৈরক্লবা, লৈরক-কোনশাং নাইনা লৈরীক-লৈরাক থন্নরক্লবা মতমদা মাগী মাগী শাগৈ-নাতৈ, মকুপ-মপাং অমসুং কাংলুপ-ফুরুপকী মীশক-মীওইশিং হংনা-থিনরক্লবা অমদি য়েংনা-উনদুনা লৈনরক্লবা মতম, খৃঃ ১৮২৭ কী অদুৱাইদা মৈতৈ পাঙলশিংগী খুন্নাইদুসু হান্ননা লৈরম্বা খুন্নাইদুগী মওং-মতৌদুদা মখা শমথবকপা মুসলমান সমাজ ওইনা মশক লেপ্লকখিরম্মী। অদুগা হায়রিবা চহীসিগী ওক্তোবর থাদা মণিপুরগী কোনুং লম্মাংদোং/বিষ্ণুপুরদগী লাংথবান/কাঞ্চিপুরদা হোংলকখি *[মথক্কীসিদা ২৩০]* বসিদগী মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসি অমুক খরা হেন্না চাওখৎপা হেল্লকখি। মতমসিদা মখোয় মুসলমানশিংগী ৱায়েল-চৈরাকলোনগী ৱায়েল-থৌদা, ৱাতেম- ৱাতাই, ৱাথি-ৱারেপ্পবনচিংবগী লমদাংশিংসি থায়নঙৈদগী মখোয় মশাগী ওইনা লৈজরক্লবা— চৎন-লোনচৎ, চৎলম-লুপতীন্নচিংবদা তৌজরকপা অমসুং চখ্থরকপা অদুগী থৌদা ৱায়েনবা, 'কাজী' হায়বা মিংথোলসি চপ-চানা শীজিন্নদুনা ফমসি হাপ্লকখিরম্মী। হায়রিবা 'কাজী' হায়বা ফমথোনসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম খৃঃ ১৬৩০ রোমগী মতমদগী লৈরক্লর্বনি, অদুবু মিংফম-মিংথোনসি খ্বাইনা খঙননা শীজিন্নরকখিবসিদি মৈদিংঙু চীঙলেন নোংদ্রেন খোম্বগী সনা হাক্তক্কীসিনি। অদুগা মৈদিংঙুসিগী সনা হাক্তকসিদা কাজীগী ফমথোনসি পায়রিবা-ওইরিবা মীশক মীওইসি মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী মায়কৈদগী মৈত্রবাক মণিপুরগী শাফম-লানফম কয়াদা পাম্বোম তিংলর্কাখবা,ৱাজরকখিবা অমসুং অচৌবা থৌদাং লৌরকখিবা "ইফম শাগৈ মচা তোল্লেন" হায়বসিনি।

**খৃঃ ১৮৩৪ দগী খৃঃ ১৮৯১ ফাওবদা**

মৈতৈ পাঙল-খুন্নাইগী ফিবম অমসুং মসিগী মনুং চল্লিবা মীওইশিং ফিরেপসি মৈদিংঙু চীঙলেন নোংদ্রেন খোম্বনা নোঙ্গাখিবা জানুৱারী ৯, খৃঃ ১৮৩৪ দগী মণিপুরগী অরোইবা নীংতম-লান লোয়বা এপ্রিল ২৭, খৃঃ ১৮৯১ ফাওবগী মতমদা ওইখিবা শক্তমশিংসি হান্নগী (রাজা গম্ভীর সিংহ সনা হাক্তক্কী অমসুং মসিগী মমাঙগী মতমগী) মশক্তুদা অকা-অকুম নাইবগী ৱাফমদনি, থোইদোক্লা মশক-মশা পুমহোং হোংখিবা নত্তে। অচৌবা অওনবগী য়াওল অমা পুরক্কদবসিদি নৎত্রগা লাক্কদবসিদি বৃটিশশিংনা মণিপুরদা পাল্লবা মতমগী খৃঃ ১৯১০ গী অদুৱাইদগীনি। হায়রিবা খৃঃ ১৮৩৪ দগী খৃঃ ১৮৯১ গী মতম, চহী ৫৮ (য়াঙ্খেনিপান) গী মতম,-তাংককসিদসু মীরৈপাক, হায়বদি মণিপুরগী মপান লৈপাক্কী লমদমশিং, মরু ওইনা মতমদুগী নোংপোক থংবা বঙ্গদেশ (হৌজিক্কী বাংলাদেশ) তগী মুসলিম লুপ মচা-মচা নৎত্রগা মী অমমদং ওইনা চোয়না-চোয়না লাক্কুনা নৎত্রগা খুম্থোক-খুনহোংলক্কুনা মৈতৈ পাঙলশিংগী মরক্তা, মৈতৈ মুসলমান খুন্নাইদা তীল্লকখিরম্মী। অসুম্না মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসিগী খুন্দা-লৈতারবগী পরীংসি লেপ্পা লৈরমদে। অনৌবা মতমদা খুম্থোক্লকখিবশিংসিগী মনুংদা ভারতবর্ষগী মুস্লিম সেন্তর ওইরবা লক্ষ্ণৌগী 'মৌলৱী' গী মহৈ-মশিঙগী থাক লাল্লক্লবা, মদুগী বিজয়পত্র (Testimony /Certificate) পায়রক্লবা মীওইশিং খরসু য়াওরকখিরম্মী, মসিগী খুদম ওইনা হায়রবা,মণিপুর ইতিহাসকী লমায়দগী মমিং মুৎলরোয়দবা, দেৱান (Finance Officer) ফাওবা/ওইরবা শিলোটিয়া মুসলমান দসু সরদার (সর্দ্দার) নি। অসিগুম্বা মণিপুবদা থেংনা (চাওরাক্লা খৃঃ ১৮৮৬-৯১ গী মতম)থোক্লকখিবা ভারতবর্ষগী মফম কয়া (পেশ্বারবদগী ফাওবা য়াওরি) গী লাকখিবশিং অসিদি হান্নগী মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী মীওইশিংগুম্না য়ুম্নাক-শাগৈ মমিং ফংদে, পীদে, লৈতে।

খৃঃ ১৮৩৪-৯১ গী মতম তাংককসিদা মণিপুরগী অপূনবা লৈঙাকলোন, খুন্নাইলোন, শেনবা-থুম্বারোন অমসুং মখোয়সিগা মরী লৈনবা লৈপাক অমা পানবগী অমসুং সমাজ অমা লীংবগী হিরম-ৱারমশিং পূম্নমক্তা মৈতৈ মুসলমানশিংসিসু থায়নগী, মমাঙঙৈ অমসুং মমাঙগী মতম তাংককশিংদা তৌখিবগুম্না মীয়ামগী নৎত্রগা লৈপাক্কী থবকশিংদা থৌদাং লৌই, থৌগায় চৎলি,লাল্লুপ কাই অমসুং অৱা-নুংঙাই পূম্নমক শরুক য়ারম্মী। মমাঙগী মুসলমান খুন্নাই মনুংগী ওইনা খায়দোক্লিবা নৎত্রগা লৈজরিবা লুপ ৬ (তরুক) অদু অদুম্মক অদুম শেমগত্তুনা মখোয়-মখোয়গী মথৌ তৌদুনা লৈরম্মী।

মেরাই লুপ্পা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা হিরমশিংদা ৱায়েল-ৱারেপ্পুনা অমসুং তাকপী তম্বীদুনা মৈতৈ মুসলমান সমাজ মনুংগী লাইনীঙ-লাইশোন, উৎসব-মেলানচিংবা

পাংথোক্লম্মী। মখোয়গী মরক্তসু লাম্বী অমসুং শীন্নী থবক ইনখাং পায়খৎনরকপসু য়াওরক্লম্মী। লৈঙাক-লৈকন্দসু, শরুক য়ারক্লম্মী। খুল্লাক-লৈরাকপগী লুপ্পা কংলা মনুংদা লৈবা মখোয়গী লৈঙাক্লোনগী লোইশঙদা নুংতিগী কাদুনা মৈত্রবাক মণিপুরগী লৈঙাক্লোনগী য়ুম্ফম ওইরিবা লাল্লুপ থৌশিং শীনবা, মুস্লিম খুন্নাই মনুংগী খৎন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা, লৌ ঈংখোল মুন্নবনচিংবগী বিচার তৌদুনা লৈপাক্কী থবক পুরম্মী। মৈতৈ পাঙল খুন্নাইসিনা অতৈ কাংলুপ ফুরুপশিংগী খুন্নাইশিংদগী তোম্থ-শোম্থদনবগী হিরমশিংদা য়েংশিল্লি।

লৈঙাক-খুনঙাক্লোনগী পরীংদা লৈরিবা মৈতৈগী লাম্মীগী শরুক্তা খায়দোক্লিবা লাম্মী, শিফাই অমসুং তোপ-সিপাই (Artillery Section) শিংদা মৈতৈ পাঙলশিংসু হান্নগীগুম অদুম শরুক য়ারম্মী। হায়রিবা মতম তাংককসিগী মনুংদা লাম্মীগী ঈশৈ নোংমাইগী যন্ত্র খোংবশিংগী মনুংদা মুসলমানশিংসিনা মকোক থোংলক্লম্মী। বঝাই শঙ লীংখত্তুনা লৈরবদা বেঙ্গুল (Bungle) খোংবগী থবকসি মৈতৈ পাঙলশিংদনা অয়াম্বা তৌরম্মী হায়বসি হৌজিক ময়াং ইম্ফালদা লৈরিবা বেঙ্গুল খুঙ্গাওসিনা শাক্ষী-প্রমাণ ওইদুনা লেপ্লি। মণিপুর অপূনবগী সিফাই লাল্লোই-লাম্মীগী শীনফমদা অচৌবা ফমথোন তুলী (Regiment/Battalion) অমা পুবা মেঙ্গোর/মেজর (Major) গী ফম পায়বা/পুবা মীওইসি খৃঃ ১৮৮০ গী মতমদদি য়াওরম্মী *(মথক্কীসিদা, ৪৪৩)* হায়রিবা মেঙ্গোর অসি মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী ইফম শাগৈগী শাগৈ মচা থাবল মেঙ্গোর (খৃঃ ১৮৫০ দা মহাক মেঙ্গোর ফমথোনসি ফংখির্বনি, মহাক্কী চাদা নাউদানা মেঙ্গোরময়ুম হায়না শাগৈ অমা চোংথোক্তুনা লৈ *[কুঃবঃ, ১৯৯১, ১১১]*, হৌজিকসু লৈরি, পাঙল বেঙ্গুন মেঙ্গোর (চৈঃকুমঃ ২০০৫, ৪৪৩) নি। মসিদসু নত্তনা সিফাইগী ফমশিংদা পোইলা (Captain), সাজোর (Lieutenant), সুবেদার (Subdar), জমাদ্দার (Jamadar) চিংবা ওইবসু কয়া য়াওখিরম্মী।

পাঙল ঈংখোলগী লুপ অচৌবগী মনুংদা লৈরিবা লুপ অহুম- খৃৎহৈবা, শীন্নাইবা অমসুং ঈংখোল শঙবশিং মাগী-মাগী মশীন শৃদুনা হান্নগী খুন্নাইগী লীচত্তু অদুম শমথরম্মী। মতমসিদা নোংচুপ লমগী সুন্নি মুসলমান লল্লোনবশিংনা মখোয়গী মরমদমগী লল্লোন পোৎশিং পুদুনা মণিপুরদা খৃঃ ১৮৫০ রোমগী মতমদগী হৌরকপসিনা খৃঃ ১৮৯০ গী অদুবাইদদি নোংচুপলোমগী মুসলিম খুন্নাইশিংগা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগা নীঙথিনা মরী শম্নবা হৌরকখি। অসুম্না মণিপুরগী মপানগী খুন্নাইগী মীওই মুসলমানশিংনা মণিপুরগী নুংশিৎ-নোংশা, নোংজু-নোংশা, অঙ্গৈং-অশানচিংবা খঙবা অমসুং লম্বী থোং, চীঙলম্বী, লম্বী-লমখাংদা খোঙম্বাইফম লৈবা, নোংলেন-নোংফাইফম, য়ারেক পোত্থাফম্লনচিংবা নীঙথিনা খঙবা হৌরকখি। অসিগুম্বা লল্লোন-ঈতীক্কী মীওই লমলেনবা

অমগী মমিং পনবা তারবদি, মদু 'হফিজ ফতেসা'নি। মহাকসি খৃঃ ১৮৯১ গী এঙ্গলো মণিপুরী ল্বারগী শিলচর কোলম (Silchar Column led by Lieutenant, colonel R.H.F/ Rehnic, 18th Bengal Infantry) বু লুচিংদুনা (লম্বী তাক্লুনা) পুরক্লিবনি অমসুং কোলমসিগী ক্রপ্পর কোৱেলস (Tropper Knowels) না খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৭ তা কংলাগী মনুংদা চঙদুনা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনবগী বৃটিশকী ফিরান য়ুনিয়ন জেক (Union Jack) য়ুংবদু য়াওরিবনি।

মৈতৈ পাঙলশিংগী মতমদুগী ফিজেৎ-লাকশেৎ ফিরোই-ফিঙাম, নুপা অমসুং নুপীগী ফিজেৎ-লৈতেং, ফিজোল-ফিইন্নচিংবদা হান্নদগী লৈরম্বা অদুদগী হোংদ্রি, মখোয়গী য়ুম্বু ওইরিবা লৈপাকসিগী মীশীঙ য়াম্বা কাংলুপ মৈতৈশিংগা অদুম মান্নরম্মী। য়ুমশা- কৈশা, য়ুমলৈ-কৈরৈ, য়ুম্বান-কৈবান্নচিংবগী হিরমশিংসিদসু হান্নগী-হান্নগীদুনি। অদুগা হায়রিবা মতমসিদা মণিপুরদা বৃটিশশিংনা পুশিল্লকপা ইন্দিয়া অমসুং য়ুরোপকী য়ুমশা-শঙশাগী মখল, কাইদা-শঙদাগী নমুনা- মোঘল/মুঘল আর্কিটেকচর, গোথিক অমসুং এলিজাবেথান,আকির্টেকচর (Mughal, architecture, Gothic and Elezabethan architecture) গী শঙ/য়ুমশিং শাদুনা ইম্ফাল সহরগী লমদদি লৈখ্রবনি, অদুবু মদু লৌৱাই-থৌৱাই লমদম (Rural areas) দদি লৌদ্রি। অদুগা মৈতৈ পঙলশিংগী লৌন-লৈনবগী লুহোং-খোঙদোংবা (নিকাহ শোনবা) লাইমিং লৌবা (সুনট তৌবা) অসিনচিংবা মীওইবগী পুন্সিগী থৌশিংগী মচৎ-মনাৎশিং অনা-লাইয়েংবা, লাইনা-তিন্নাগী লাইকমথৌ,চাকচা-য়ুথক, হরাউ তয়াম্বা,কুম্মৈ-ফিজোং শান্ন- খোংনবা, জগোর-ঈশৈনচিংবগী পুশতীন শরমশিংসু হান্নগী লৈরম্বশিংদু ওদ্রি, অনৌবা চঙলকপা মওং মতৌ খরা হাপচিল্লক্তবদি নত্তে। মহৈ-মশিঙ তম্বা, লমচৎ-শাজৎ শেম্বা, থকশী-খাশী খঙহনবনচিংবসু হোংদনা অদুম্মক চত্থরম্মী।

শীল্লম-শীস্থোঙ নাইনা শীনশৃ-শীন্থাবা, লোউ-শীঙউবা, শীঙয়ান-ইফানবনচিংবদা মীশীঙ হেনগৎলকপগী শীন্মী, লৌমী, ঙামীনচিংবা হেনগৎলক্তুনসু হান্নগী শীনশৃগী মওং-মতৌদুদি হোংদ্রি। লৈপাক থৌগায়গী নুমিৎ তরানি অমসুং লন্নাই থৌগী / থৌদাংগী নুমিৎ কুম্লানি হাযবদ অদুম্মক চত্থবি। মৈতৈ-পাঙল খুন্নাইগী মীপুম খুদিংমক্তা অতৈ লৈমিন্নরিবা কাংলুপ-ফুরুপশিং মীওই খুদিংমক্তা তৌবগুম মনীঙ-মখা তম্বা লৈপাক অমা পানবগী, অপূনবা সমাজ অমা লীংদুনা চত্থরিবগী অমসুং লৈকায়গী য়ুমথোং (য়ুমকোক) অমা ওইরিবা য়ুমলীং-খুললীংবগী, ইমুং অমা লীংবা-পান্নবগী অমসুং মী অমা ওইনা খুন্নাইগী খুজিং ওইবা মীওই অমা ওইনা হিংবগী হৌনবা-চৎনবা পূম্নমক অদু অওনবা মতমগী শাফু অমসুং তালথা খবমখৈ হোংলবসু মমাঙগী মতমগী ওইনা মথক্তা থমজখ্রিবা ল্বারমশিং অমসুং ল্বাফমশিং অদুদগী থোইদোক্লা হোংখিবা-

ওনখিবা লৈত্রি/নত্তে। হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়রুবা/পাউদম্লুবা ওইদুনা লঙজবা খোক্লনবনি। অনৌবা যুগগী অওনবা ফিজেৎনা মীগী মশক হোখিবগুম উবনি, মীদুগী মমিং-মথাদি হোংদে, শাগৈ-জাত্তি ওন্দে। অদুগা চাকখুমদা য়েংলবদি ওল্লিবা অহোংবদুগী মশক্কু মাঙোন্দা থম্লমগদবা ঙাক্তনি। মীওইবগী পুন্সিদা অমসুং মহাক্কী খুন্নাইদা অহোংবা অমসুং অওনবদা শীঙথানীংঙাই ওইরিবদি লৈপাক্কী লৈঙাক্লোনগী মচৎ, মনাৎ, অমসুং মীয়ামগী থৌদাং অমসুং থৌগায়শিংদা অওনবা নৎত্রগা/অমসুং অহোংবা পুরকপা অমদি মদুশিংদুনা পুরকপা মহৈশিংদুনি। হাযবিবশিংসিদা মৈতৈ মুসলমানশিংনা মাগী মাগী শকক য়াজরকখিবশিংদুসুনি।

## মৈতৈ পাঙল লাইরিক

মৈত্রবাক মণিপুরগী মীওইশিং অসিংগী শক্তাক খুদম নৎত্রেগা শকখঙনবা পাম্বে ওইবদা মরু ওইবা খূৎলাই/খূৎশূ ওইরিবা কাংলুপ/ফুকপ, য়েক-শল্লাইনচিংবগী মবমদগী কুপথরকপদা শাগৈ য়ুম্নাক্কী পরম-পথাপ্তা মাগী মাগী কাংলুপ- ফুরুপকী ওইবা লাইরিক- লাইশূশিং,ৱারী-শীঙবুন, ৱাখোঙ-ৱাখুনগী ইতিহাস পুরান, মমিং ওইনা হায়রবদা শাগৈ-শল্লাইবোন (বংসাবলী পুরান=Genealogical history/ account) নচিংবা থম্না, ইনবা, পুথোক্লবনচিংবগী চৎনবী লৈরিবা অসিগী মনুংদা মৈতৈ পাঙল, মণিপুরী মুস্লিমশিংসু য়াওরি। হাযবিবা চৎনবীসিগী ঈচেলগী পরীংসিদা মণিপুবী মুসলমানশিংনা মখোয়গী কাংলুপ-ফুকপশিং অমসুং য়ুম্নাক-শাগৈশিংগী ৱারী-ৱাতাই, ৱাখুন লীখুন্নচিংবগী হিরমশিংদা ইবা লাইরিক (ইবদি দেবনাগরী/নাগরী মযেক্না ইবনি) অমা খৃঃ ১৮৭১ দা মতমদুগী পণ্ডিত (য়োঙ্গৈরেন) লোইশঙদা লাইবিক্তুগী মনুংদা য়াওবিবা,ৱাফম-ৱারমশিংদুগী অচুম-অরান, অরন-অহুই, অশোয়-অঙাম অমসুং লৈপাক্কী চৎলিবা আইন অমদি চৎনবী লুপতীন্দা অযা-য়াদবনচিংবা য়েংবীনবা থাগৎলম্মী। অদুবু লাইবক থীবদি, হাযরিবা লাইরিকসিদা মতমদুগী পণ্ডিতশিংদুনা য়ানীঙদবা খরা য়াওরব্রা নৎত্রগা করি মরম লৈবনো খঙদে,লাইরিক অদু মৈতৈ লৈপাক্কী লাইরিক শঙ (Royal Archives/Library) দা থম্না যাবগী অয়াবা পীখিদে, মদুগী ঈ পাউদি ঃ-

...মাইস্না দেবসিংগী কুম শক ১৭৯২.. (অনীশুবা) ফাইরেন থা....
১৩ নি ঈরাই ( খৃঃ ১৮৭১ গী ফেব্রুৱারী ২৪) দা ক্ষেত্রিময়ুমগী মৈহৌবরোন নাগবি ১, পংঙল লাইরিক ১ - ২মা পুখৎলকপবু পাঙল লাইবিক্তি চুমদে হায়দুনা মখূৎনা চামথোকহললে। নাগবিদি হন্থখিএ।

*[চৈথাঃ কুমঃ. ২০০৫, ৩৯০]*

অসিনি। অদুবু মৈতৈ পাঙলশিংনা মখোযগী খুন্নাইগী মপী-মপা ওইবা অপূনবা মৈতৈ

খুন্নাই (মণিপুরী সমাজ) গী খূদুং ইন্দুনা মখোয়গী কাংলুপকী খুন্নাই হিংহন্নবা অমসুং মুত্তনবা হোৎনরকখিরম্মী। অসুম্না ধর্ম্মগী লমদাংসিখক্তং নত্তনা অতৈ হিরমশিং পূম্নমক্তা খোঙবু ওইদুনা চৎমিন্নরকপদা করি করিগুম্বা মতমদা অমসুং হিরমশিংদা খরা মখৈ [য়াম্না লায়থোক্লা লৌবা/খনবা য়াবা, মাইনর (Minor) ওইবা হিরম-ব্বারমশিংদা নৎত্রগা মওং-মতৌশিংদা] খেন্নরবসু অয়াম্বা মরু ওইবা হিরম-ব্বারমশিংদা খুন্নাই পানমিন্নবা পূন্না হিংমিন্নবা অমসুং য়েক্লবা ঙাকমিন্নবনচিংবা মরমশিংদদি মায়দুনা অদুম মান্ননা মমাঙঙৈদগী চৎমিন্নরকপনি অমসুং চৎলিবনি।

**মৈত্রবাক্কী নীঙতম্বগী অরোইবা পুংজাদা**

মৈত্রবাক মণিপুবগী নীঙ-খা তম্বগী অরোইবা পুংজাসি খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিল থাসিগী অরোইবা চয়োন্দা লৈ, অদুবু মসিগী অহানবা প্রিলুডতি খৃঃ ১৮৯০ গী সেপ্তেম্বর থাদা অমসুং অরোইবা প্রোলোগ (Proloque) না খৃঃ ১৮৯১ গী মাচ থাদা হৌখ্রবনি। প্রোলোগ/পুর্ববরঙ্গ ফজখি, মণিপুরদা লাক্লগা লাল হৌরবা জেমস ব্রাল্লেট কুইন্টন (James Wallet Quinton)নচিংবা বৃটিশ ওফিসার মঙা কংলা নোংশা অনীগী শামাঙদা অঙৌবা মকোক লোংনা তাহনখি। মরুপ শারগা হুরান লান্না তৌবা বৃটিশশিংনা লৈবা বৃটিশ রেসিদেন্সী তুম্না মৈ থাদোকখি।

খৃঃ ১৮৮০ গী অদুব্রাইদা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী খৃঃ ১৮২০ গী অদুব্রাইদগী বৃটিশ ইন্দিয়াগী অব্রাং-নোংপোক লমখৈগী যুস্ফম-ফম্বী (Headquarters) ওইবা শিলেটতগী লাকপা, লক্ষ্ণৌগী মৌলবীগী উপাধী ফংলবা, হিন্দুষ্টানি, বাঙ্গালীনচিংবা লোন্দা পাইবমখৈ হৈরবা অমসুং ঈংগ্রেজী লোনসু খঙবদা নত্তনা বৃটিশশিং অসিবু "শঙাই নঙগী নরৌবু শজী ঐনা খঙঙিনে", - হায়বা পাসা মুসলমানদসু সরদার মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা তিন্দুনা মণিপুরী মুস্লিম ওইদুনা লৈরম্মী। মহাক, মহাক্কী মহৈ-মশিঙ, মথৌনা মরীংজেন, বুদ্ধি-লৌশিঙনচিংবনা মতমদুগী লৈকায় অমগী দেৱান ফম (the post of Finance officer of a urban subdivison) ফাওবা ওইরম্বনি। অদুবু মহাক্না কোইরেং সেনাপতিগী থাজনীংঙাই ওইরবা মনাই অমা ওইবনা হায়রিবা সেনাপতিসিনা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ হায়দুনা খৃঃ ১৮৯০ গী সেপ্তেম্বর তারিক ২৩ দগী যুবারাজ ওইরবদগী কোনুংগী তসবীর নম্বা মীওই(Royal photgrapher) অমা ওইনা লৈদুনা যুবরাজসিগী থৌগল তৌরম্মী। যুবরাজসিনা মহাকপু কংলা কোনুংলেনসি মনা ঈংখোল (orchard of betel pepper or piper betle) দা লৈফম পীদুনা লৈহল্লম্মী। যুবরাজ টেকেন্দ্রবীরসিংহগী অচানবা মনাই দসু সরদার মণিপুরগীদমক্তা বৃটিশ মচাশিংগী মফমদা শানখিবা লীলাগী শক্লোনসি ভারতবর্ষনা মনীঙ তম্বা ফংলবদা ভারতনা অসামগী গর্ভনর হাপ্তুনা গর্ভনর ওইববা মুহম্মদ/মিষ্টর অকবব

হায়দ্রী (Md. Akbar hydree, the Governor of Assam 1947-48] না পাকিস্টানগীদমক্তা খৃঃ ১৯৪৭-৪৮ দা লৌখিবা থৌদাং অমসুং শান্নরম্বা শক্লোনশিং অদুদগী হুন্থবা নত্তে, হেনগদবদনি। মুহম্মদ অকবর হায়দ্রী মহাক্কী অরোনবা শক্লোন অমসুং বিশ্বাশঘাট (Betrayal) তৌবগী লীখুনসি মতমদুগী ভারতকী লুচিংবা নেটাশিং (মরু ওইনা, সর্দ্দার বল্লভাই পেটেল, জব্রাহরলাল নেহরু), লৈঙাক-খুর্জী পায়রিবশিংনা খঙনরক্লবা মতমদা মশা মতোমতা মথব্রায় হাৎচদুনা শিদোকচবা ঙমখিবা অদুগী থৌনাদুদগী হেন্দুনা শিফম-নাফম মবক্তদা চঙদুনা থবকশিং হনবা লৈতনা পায়খিবননি। মরম অসিনা দসু সরদারগী মশা, থাজনবা / বিশ্বাস (Faith or loyalty) দা কখোকপা অমসুং মনীঙতম্বা লৈপাক অমগী নীঙতম্বা ঙাক্লবগী লাল্লোংদা থাজবা ঙাকপগী মনাইনি, অদুগা মুহম্মদ অকবর হায়দ্রীসিনা ফত্ত'- লৌশিঙদা লৌতুনবগী শরৌ, খুজীল থৌবাংগী অমসুং থাজবা মাঙহনবগী, মশা, অচৌ-অশাং ওইনীঙবা, মশাগী ওইজবা তানবগী মীনাই নাইথাংনি।

দসু সরদার, মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা মণিপুরী মুস্লিমশিংগুম্না মৈতৈগী যুম্লাক শাগে ফংলবা / নাইরবা মণিপুরী মুসলমান নত্তে, পাসা / শিলেটিয়া মুস্লিমনা মৈতৈ পাঙল ওল্লক্লবা তীল্লবনি। মহাক, সেনাপতি টেকেন্দ্রজি বীরসিংহ (কোইরেং সেনাপতি)গী মতেং মতমদুগী মণিপুরগী লৈঙাক লুপলেন (Manipur Government ) গী দেৱান [দীৱান (Royal court, Court Ministers, Minister of a state, Prime, Minister, etc. অদুবু মণিপুরদদি, A finance officer or a Munsif Magistrate,ওই) ] ওইরল্লগা মতমদুগী দরকার ওইরকপগী মতুং ইন্না অমুক কোনুংগী তসবীর নম্বা মী ওইখিবনি। মহাক্কী ধারা (চাদা-নাউদা ) দি বৃটিশশিংনা মুথৎখ্রে, মরমদি মহাক্না যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ ফানবগী থৌরাংদা ফাহন্দনবা অরোনবা পাউ পীবা মীশক্লি (তৌবগীদি অরোনবা পাউদু মিঃ গ্রীমউডনা মিসেস গ্রীমউডতা অমসুং মিসেস গ্রীমউডনা দসু সরদারদা থারকপনি, থিংঙেন তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনখিবগী বৃটিশ মচা হুই লেফটেনেন্ট অদুগী থৌরাংনি), হায়দুনা মনিট ৫ / ৫ কান্নরগা মখোঙ, মপাম্বোম অমসুং মঙক কক্তুনা হাৎখিবনি অমসুং মচাশিং তূমনা হাক্তোকখ্রিবনি। অদুবু মহাক্না চারম্বা মহাক্কী লৈফম "দেৱান লৌকোন" কৌবদু হৌজিক (খৃঃ ২০০৯) ফাওবদা থৌবাল খেকমন্দা লৈরি। মহাক্কী মপান্দগী বৃটিশশিংনা যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎপু ফাননবা শবৌ লাংথাক কয়া তৌদুনসু খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ তারিক ২২, ২৩, অমসুং ২৪ দা ফাবা ঙমখিদে। মিঃ কুইন্টন্না লান হৌদুনা যুবরাজগী শঙ্গাই অমসুং মণিপুরগী কোনুংদা লান্দাবসি মৈতৈনা লালহৌবনি হায়রিবা বৃটিশ গোর্ভনমেন্ট অমসুং মদুগী থবক তৌবিবা ভারতবর্ষদা মথীবোং তানবা লাকপা মী ওইশিংদু মরাল লৈরে, লঙজবে খোঙপাক্লা কাওবা

য়াবনি হায়বসি ঙসিগী য়ুনাইটেড কিংদম্মা খঙজিনজগদবনি। নখোয় টেরোরিজমগী ব্রেন্নি, নখোয়গী নমৈনা রামায়নগী লঙ্কা মৈ থাবদা হনুমানগী মমৈনা শান্নবগুম টেরোরিজম শান্নবনি, হায়বসি ভারতবর্ষগী ব্রাহ্মনশিংনা খঙঙি। দসু সরদারগী মপু নীঙবা অচুম্বা লীচৎসিবু পামদবা, হুরান লান-না হৈবা, মপু নত্তনা মপু শাবা অমসুং মতিক নত্তনা মথৌ থৌথিবা কুইন্টনগুম্বা লেন্সডাউনগুম্বশিংনা থৌশীন্দুনা দসু সরদারবু মনা ঈংখোন্দগী খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ ২৪ গী নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরকপদা পুরৈরোম্বা খোংনাং মখোঙগী মনাক-অঙোমগী কংলা য়ৌদ্রিঙৈ লুব্নোংজম / লোংজম ঈংখোলগী নোংপোক থংবা শরুক্তা পুশিল্লগা পৃথিবীগী ইতিহাসতা অমুক্তা তৌখিদ্রিবা শাথিরবা মীহাত্তা হাৎখিরম্মী। খঙজিল্লু বৃটিশকী চেল্লাশা ! মনীঙ তম্বা মণিপুরগী তাখ্রবা নুমিত্তু বৃটিশশিংনা কয়া কুইনা ফাবা ঙমখিবগে?

**মৈতৈ-মলেস অনী লান-চায়নবা**

বৃটিশশিংনা খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ ২৪গী নোংঙাল্লমদায়দা লান লাউথোক্তনা মণিপুর সরকারগী মথক্তা মরুপ শাজিন্নরগা বেগারী (পোত্থাং-মী/কুলী) ৪০০ পীয়ু চৎখ্রগে, মৈতৈগী রাস লীলা য়েংগেনচিংবা হায়জিন্নদুনা থোক-মোক তৌরগা লানহৌদুনা মৈতৈ কোনুং কংলাদা লান্দাশিল্লকপদগী লানহৌবগী মকোক জেম্‌স ব্রাল্লেট কুইন্টন্নচিংবা মখোয় ৫ (মঙা) মণিপুরগী মতমদুগী লান্মীগী কোর্ট, তোপ গাবোৎনা বিচার তৌরগা কোর্ট মাসেল (Court martial) গী য়াথং তাদুনা মঙক কত্তুনা হাৎখিরম্মী। অসুম্না লানহৌ মকোকশিংগী মকোনশিং (Dens) থুগায়রবদা গুর্খা হুইরোই, চাকখক্তা চাবা খরা ব্রম্মদেশলোমদা চেনখিদুনা বৃটিশশিংদা পাউ তম্লুরম্মী। বৃটিশ / ঈংলিস হায়বসি তুকচনীংঙাই ওইরবা, মরুপ-মপাংবু ওইরবসু , বারী সম্বন্ধবু ওইরবসু করিগুম্বা মরম-হিরম অমতদা শোক্ল-শম্নহৈদ্রবা জাতিনি হাযবসি খৃঃ ১৮৯১ গী মাচ ২৪ সিদা খঙলকখি। মরম অসিনা মখোয়গা মরী অমতা থম্নররোয় হাযনা মখোয়না মপাঙ্গল খ্বাইদগী হেন্না কল্লিঙৈ, মখোয়গী সমাজদা নুমিৎ তাবা লৈতে, হায়নরিঙৈগী মতমদুদা মতমদুগী মণিপুর সরকাবনা চহীসিগী মার্চ ২৫ দা বৃটিশশিংগী মথক্তা / মায়য়োক্তা লান তৌরে হায়দুনা লাউথোকখিরম্মী। অদুগা ভারতবর্ষদা পাল্লিবা বৃটিশ সরকারদুনসু মণিপুরগী লাল্লাউসিগী পাউখুম ওইনা চহীসিগী থাসিগী তারিক ৩১দা মণিপুরগী মথক্তা লান তৌরে হায়না লাউথোকখিরম্মী। মসিনা মৈতৈ মলেসগী লাঞ্জাও, ১৮৯১ (Meitei- Britannic war, 1891) পুরকখি।

মৈতৈ-মলেস লাঞ্জাওগী লান লাউথোক্লবা মতুংদা বৃটিশ ভারতকী গর্ভনর-জেনরেল / ভাইসরোয় মীনাই লেন্সডাউন্না 'ফিল্ড ওপরেসন মণিপুব, ১৮৯১ (Field Operation Manipur, 1891) কৌবা প্রোজেক্টকীদমক্তা "মণিপুর ফিল্ড ফোর্স"

(Manipur Field force) কৌবা অচৌবা লাশ্মী মপৈ অমা মখোয়গী ভারতবর্ষ অমসুং ব্রহ্মদেশতা লৈবা লাশ্মী শীঙলুপশিংদগী খোমজিন্দুনা শেম্লশ্মী। হায়রিবা অচৌবা লাশ্মী মপৈসিনা লাল্লম অহুমথোক্লা খায়দোক্কুনা মণিপুরগী নোংচুপ,অৱাং অমসুং নোংপোক/মৈরমদগী মায়কৈ অহুম ফাংনা চঙশিল্লক্কুনা লান্দরকখি। মতমদুদা লৈরম্বা মণিপুরগী লাশ্মীগী সিফাই মশীঙসি লেঙদবা সিফাই মশীঙ (Regular Soldiers' strength) দা শিফাই ৫,৫০০ রোম অমসুং লাল্লুপ লাশ্মী (Irregular soldier or voluntary militia) গী মশীঙ ১৩০০, পুন্না ১৮,৫০০ রোম (ড.ল.চ. ১৯৭০) থক্কনি। মসিশিংনা বৃটিশকী কোহিমা কোলম, ব্রিগেডিয়ার/মেজর-জেনবেল ঐচ: (হেন্রী) কোল্লেট, সি. বি.না লুচিংবা লাশ্মী-তেঙ্গোল ; শিলচর কোলম (মথক্তা) অমসুং তুমু /তমু কোলম ব্রিগেডিয়ার/মেজর জেনরেল টি. (থোমাস) গ্রহম, সি. বি. না লাঞ্জিংবা লাশ্মী-তেঙ্গোন অহুমগী লাল্লম অহুমসিগা চায়নখিরশ্মী। লানসিদা মৈবমগী লাল্লমসিগা মার্চ তারিক ৩০ দগী শোক্লবা হৌখি অমসুং এপ্রিলগী তারিক ২৫ ফাওবদা চথখি, অদুগা মতমদুগী খা-নোংপোক এসিয়াদা হকথেংননা খূৎনা ফংনা য়ান্নবগী খ্বাইদগী হেন্না চাউবা লানফমদু থেংনখিরশ্মী।

**মৈতৈ মলেসকী লান্দা মৈতৈ পাঙলশিংগী থৌদাং**

খৃঃ ১৮৯১ গী মৈতৈ মালেসগী লাঞ্জাওদা মৈত্রবাক-মণিপুবগী খুন্দা-লৈতামিন্নবিবা মী কাংলুপ-ফুলপ পুম্নমক্কী খুদোং থীরবা তাঞ্জাসিদা লান মায় পাক্কনি হায়বগী আশা লৈত্রবা, মায়থীরর্গা। হায়বা খঙলবমক্তদা জাতিগী ঈজ্জৎ সনমান্নচিংবা ঙাকপগী মতমসিদা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী মীপুম খুদিংমকসু অৱাবসি শকক য়াখি অমসুং লানগী খুদোংথীবসি মায়য়োক য়াবদা থৌদাং লৌখিরশ্মী। লানগী লাল্লাও, বম-তোপকী মখোলনচিংবদা মিহুন চেনগুম- চেগানরবসু লাইবক্তা থৱায় থমদুনা নোংমৈ পায়খি অমসুং থাঙ শৎখিরশ্মী। মৈত্রবাক-মণিপুরগী নীঙতম লাঞ্জাওসিদা মৈতৈ পাঙলগী সিফাই খোঙমীদগীচিংনা সিফাই মফম নাইবশিংসু লানফম মায়য়োক যাদুনা মশাগী ঈ,তোংশা, হকচাং অমসুং থৱায় কৎচখি। লাঞ্জাওসিগী খা-নোংপোক /মৈরমগী লানফমশিংদা অমসুং নোংচুপলোমগী কছাড় লম্বীগী লানফমশিংদা শরুক য়াদুনা লাম্থেংনখিবা, মশানা বলিদান তৌখিবা, শোকপা অমসুং হিংলকখিবা মীওই ৩১ (কুন্থ্রামাথোই)থক্কী মমিং-মথানচিংবা ফংজরে, মখোযদুদি ঃ

(ক) মৈরমলোমগী—

| মশীঙ | মমিং-মথা | লৈফম | লানফম | ব্রারোল অতৈ |
|---|---|---|---|---|
| ১। | বাবু/শন্দ্রোকপা, ইফম শাগৈ | কাইরং ঈপুম লৈকায় | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি মতুং কোম্নথংদা মুন্সিম পঞ্চায়েট (খৃঃ ১৯০২ দা লীংখৎখিবা) কী মেম্বর চহী ৪০ রোম ওইরম্মী। |
| ২। | শিঙ্গা দেৱান, শিঙ্গাখোংবম শাগৈ | কাইরং খাবৈশোয় | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি। |
| ৩। | নিয়ামৎ তুল্লাহ, ইফম শাগৈ | ক্ষেত্রি অৱাং লৈকায় | খোংজোম | নোংমৈনা পান্দুনা ব্রাগী শগাইদা হাপ্পুনা পুরকখি, ময়ুম য়ৌরগা লৈখিদে। |
| ৪। | অমদার মোনি (Havildar Mani), ইফম শাগৈ | ক্ষেত্রি অৱাং লৈকায় | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি। |
| ৫। | ইমূন মিয়া, অমদার মোনিগী মনাউ | ক্ষেত্রি অৱাং লৈকায় | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি। |
| ৬। | নাউকন তোম্বা, ইফম শাগৈ | ক্ষেত্রি বেঙ্গুল | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি। |
| ৭। | অজিজুর রহমান ওর্ফে শামু মিয়া, ইফম শাগৈ | কৈরাউ খুন | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি। |
| ৮। | কৌশ আলি মথক্কী নং ৭ শামুগী মপানি, ইফম শাগৈ | কৈরাউ খুন | কংলাদা | শগোল লান্মীনি, লাল্লপু চিংবা ফম ওই খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ ২৪ গী নোংঙাল্লমদায়দা লান্দারকপদা নোংমৈনা পল্লি। |
| ৯। | চাওদোনবা মিয়া | ক্যামগৈ খুন | খোংজোম | লানফমদা শিখি। |
| ১০। | সনাউলা হাজী নোংজাইময়ুম শাগৈ | কৈখু খুন | খোংজোম | মখুক-উ (খুকল্) দা নোংমৈনা পান্দুনা শোক্লগা হল্লকখি। |
| ১১। | কুট (Corporal) চিবান্দোং ওর্ফে সের শাহ মকক (অমুবা) শাগৈ | লিলোং লৈহাউখোঙ খুন | পল্লেন | খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ ২৬ কী পল্লেন লানফমদা নোংমৈনা পাদুনা শিখি, পল্লেন লৈমনাই চীঙদা ফুমখি। |
| ১২। | কোয়া শাহ, মকক (অমুবা) ময়ুম শাগৈ মথক্কী নং ১১ গী ময়াম্বনি। | লিলোং লৈহাউখোঙ খুন | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি। |
| ১৩। | য়সুফ আলি মথক্কী নং ১১ গী মনাউ নুপানি | লিলোং লৈহাউ খোঙ খুন | কংলা লানবন | মার্চ ২৪, খৃঃ ১৮৯১ শোক পন্দে। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৪। কুট খেল, মকক (অমুবা) ময়ুম শাগে | লিলোং খুন | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি। |
| ১৫। তোঞ্জাও মিয়া, মকক (অমুবা) ময়ুম শাগে | লিলোং খুন | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি। |
| ১৬। হবিল্ডার লম্বোইবা, মকক (অমুবা) ময়ুম শাগে | লিলোং খুন | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি। |
| ১৭। শুবেদার তলান্দোন, ভুঞ্জামযুম শাগে | লিলোং খুন | খোংজোম | শোক-পন্দনা হল্লকখি। |
| ১৮। জমান্দার ফৈরা, থোংখোঙময়ুম শাগে | লিলোং খুন | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ১৯। সুবেদার শঙ্গাই, মকক (অঙৌবা) ময়ুম শাগে | লিলোং খুন | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ২০। জয় যাত্রা, মকক (অঙৌবা ) ময়ুম শাগে | লিলোং খুন | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ২১। অঙৌ মিয়া, মথক্কী মশীঙ (২০) গী মনাউ-নুপা, মকক (অঙৌবা) ময়ুম শাগে | লিলোং খুন | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ২২। বেঙ্গুন খোংবা মলৈ, শিঙ্গাখোংবম শাগে | লিলোং খুন | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ২৩। বেঙ্গুন খোংবা অবুল করিম, মেরাইময়ুম শাগে | লিলোং খুন | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ২৪। অসঘর আলি ওর্ফে রাপো আলি মিয়া, ফুন্দ্রেময়ুম শাগে | শঙ্গাইয়ুম্ফম ব্রাংজিং | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ২৫। রহমৎ তুল্লাহ ওর্ফে উরাউবা, মককময়ুম শাগে | য়াইরীপোক তুলিহল | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ২৬। উম্ নোংশায়াইবা, নোংশায়াইবম শাগে | য়াইরীপোক তুলিহল | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ২৭। হাজী অবুংতোন, খুল্লাকপম শাগে | য়াইরীবোক তুলিহল | খোংজম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ২৮। সাধু মিয়া, মকক (অঙৌবা) ময়ুম শগে | য়াইরীপোক খুন | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |
| ২৯। য়ুসুফ ওর্ফে কোনা, মককময়ুম শাগে | য়াইরীপোক নিংথৌনাই খুন | খোংজোম | হিংলকখি (শোক্রক্তে) |

[কঃবঃ, ১৯৯১, A-1-4]

(খ) নোংচুপলোমগী -

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) খম্বা মিয়া ওর্ফে ঈরোঙ তোম্বা মিয়া, ইফম শাগে | কৈরাউ খুন | লাইমতোন (লম্মাঙদোংলোমগী) | শোক-পন্দনা হল্লকখি |
| ২। খমা মিয়া, ইফম শাগে | কৈরাউ খুন | লাইমতোন (লম্মাঙদোংলোমগী) | শেগ্রাক্তা নোংমৈনা পাল্লি, শোয়-ঙামদনা ময়ুমদা শগাইদা পুরকখি। |

অসিশিংসিনি। অদুগা মৈরমগী লাল্লমসিদা ব্রাংখৈ মৈরাবগা লান্থেংনবগী খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৩ গী লালসিদা কৈরক্তা লৈবা মৈতৈ পাঙল খুনগী মীওই খরা, বৃটিশকী পল্লেন তেঙ্গোনগী লুচিংবা মেজর লেস্লী (Major Lesly) না লুচিংবা বৃটিশ লান্মী হাৎখি, হায়বা পাউদি ফংলে, অদুবু লৈখিদ্রবশিংদুগী মমিং মথানচিংবদি ফংবা ঙমদ্রি। অদুগা ফংলিবা খরসিনা মপুঙ ফারগনি হায়বদুদি মমিং পরেং অসি নৈনরগা খঙবা ঙমগনি, হায়বা আশা থমজবি। অদুবু পীজরিবা মমিং খরদংসিনা মীপূম খুদিংদা তাক্লিবা - মৈতৈ পাঙলশিংনা মৈত্রবাক মণিপুরগী নীঙখা- তম্বগী অরোইবা পুংজা অদু ফাওবদা মখোয়না ঙমজবা খরদং তৌজখি, মতমদুদা মৈতৈ লৈমা ঈমাগী শিরমদায়গী ফমুং মনাক্তুদা অমসুং মহাক্কী অথৌবা মপারীশিংগী তুফমদা ফমশেন্নখি— হায়বসি থমজবি।

**ব্রাখোম-ব্রারোয়**

মৈত্রবাক মণিপুরদা পাসা / শিলেটিয়া মুসলমানশিংনা মযাং ডিমাসা কছাড়ীশিংগী লান পাংবা লাকপদগী মায়থীদুনা লানফা ওইবদগী খুন্দা-লৈতাদুনা মৈতৈ নিঙোলশিং লৌদুনা মৈতৈ পাঙল ওল্লকখিবা অমসুং ওইরকখিবসি খৃঃ ১৬০৬ তগীনি। মখোয অমসুং মখোয়গী মচা-মশূশিংসি মৈতৈ নিংথৌগী মীৎয়েং অমসুং ঙাক-শেনগী মখাদা মখোয়গী কাংলুপকী খুন্নাই অমসুং লৈঙাক্লোনগী ব্রায়েন-থৌদা শঙ নৎত্রগা লোইশঙ লীংখত্তুনা খৃঃ ১৬০৬ তগী খৃঃ ১৮৯১ ফাওবগী চহী ২৮৬ (চনী মরিফু তরুক) কী মতম চৎনরকখি। হায়রিবসিদা মৈতৈ মুসলমান সমাজ অমসুং কাংলুপসিগী মীওইশিংসিনা ওইখিবা ফিবমসি অহানবা সমাজসি লীংখৎলকপগী মচীনঙৈগী মতমদা নৌনা লাকপা/তীল্লবগী খরমখৈ খেন্নববসু মতুং তারকপা মতম তাংককশিংদদি লাইনীঙলোন,লাইনীঙগী পরীং অমসুং পরম,লাইশোন-তীনশোন্নচিংবদা খরমখৈ তৈনবা নৎত্রগা থৈনবা অদু নত্তনা অতৈ হিরম লমদাংশিংদদি মান্নরম্নগী শক্তম উবা ফংজে অমসুং মৈতৈ পাঙল অহল-লম্মনশিংগী মফমদগী তাজে। হৌজিক্কী মতমদা খরমখৈ লাপথোক্লবা অমসুং কাথোক্লবগী ফিবম অমা লাক্তুনা তোপথোক্লবা মান্না উরিবসিদি নাপী মরক্তা লৈবা হংঙোইনা শংবান্নে অমসুং লৈখোম লৈনাং/লৈপাক মরক্তা লৈবা হংঙোইনা মচু মুবৈনৈ। মদু করিগীনো হায়বসিনা পাউখুম্লি।

ইতিহাসনা মীওইবগী কাংলুপ/ফুরুপ অনীবু চান্নহল্লি অমসুং কায়নহল্লি। হৌজিক হৌজিক খৎন-চৈনদুনা, হাৎন-শুনদুনা মী কাংলুপ অনী কায়নহনখিবদগীদি ইতিহাসকী চৈথানা কায়নহনখিবা, তোখায তাহনখিবনা অমসুং ইতিহাসকী লীপুননা খোমজিন-

তাশিন্দুনা পুনশিনবা অসিনা হেন্না শাথীনবা অমদি চেৎশিনবগী মতৌ লৈ। অদুবু ইতিহাসপু শান্নপোৎকুম থনবশিংদি মশা মতোমতনা মশা মথন্তবু মীনমজে। ঙবাং থোকখিদবা থৌদোকপু থোকখি হায়জিনবগী হৈনবী লৈরবশিংনা কাংলুপকী নৎত্রগা খুন্নাইগী অচুম্বা, অশেংবা অমসুং অচুম্বা থৌদোক্কী ব্বারী-শীঙবুনবু মাঙহন্নবা হোৎনবনি। অদুবু লাইবক ফবনা মণিপুরগী অপূনবা মৈতৈ সমাজ অমসুং মৈতৈ পাঙল কাংলুপকী সমাজদদি হায়রিবা মীনম-শোরিদু থোকখিরমদে। অদুনা মণিপুরগী মচা অমা ওইনা ঙসিগী অনৌবা যুগ অসিদা কাংলুপ অনীমক লেপমিন্নরি। মসি মমাঙগী হৌখ্রবা মণিপুব ইতিহাসকী তাংককশিংদা মখোয়গী মান্নবা ফিবমশিং অমসুং ফিরেপশিং লৈমিন্নখিবননি, মরমদি ঙসি হায়বসি ঙরাংগী মচানি, ঙবাং হায়বসিনা নহানগী মচানি।

# মণিপুরদা কাজী

*- মুহম্মদ অব্দুর রহমান*

মুস্লিমগী পুন্সি শরিঅত হায়বদি ইস্লামিক লোগী কয়াৎ মনুংদা লৈ। ইস্লামিক লোদি অইবা লোনি, চীনগী লো নত্তে। মুস্লিমশিং, ইস্লাম ধর্ম্ম চত্তবা, অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা মীগী লৈবাক্তসু লৈ। অদুবু মখোয়, পুন্সিগী মায়ওন চুমহল্লিবা মখোয়গী পার্সনেল লোগী কয়াৎ মনুংদা লৈ। মণিপুরদা শাগৈ লিংদুনা লৈখিবা মুস্লিমশিংসু মখোয়গী পার্সনেল লোগা শাগোন্ননা লৈরকখি অমসুং খাগেম্বা নিংথৌনা মখোয়বু লুচিংনবা কাজী হাপখি অমসুং কাজীসু কোনুংগী ফম্লাইবশিংগী মনুং চনবা মী ওইখি। কাজীগী মথৌদি মুস্লিমগী পার্সনেল লো (Shariat Law) ঙাক শেনবগী অসিনচিংবনি। খাগেম্বা নিংথৌ অমসুং মাগী মতুংগী নিংথৌশিংগী মতমদা কাজী ওইখিবা মীশিংগী মিং টর্কো-অফগানগী চাদা -নাউদা কৌবা লাইরিক্তা ইরি *। অসুম্না থিজিল্লগা ইবিবা কাজীশিংগী মিংগী মনুংদা মখাদা পল্লিবা নিংথৌশিংসিগী মতমদা কাজী ওইখিবা মীশিংগী মমিং যাওদ্রি, মখা তানা থিজিনবা দরকার ওইরি ঃ-

(i) লাবন্যচন্দ্র (১৭৯৮-১৮০১) (ii) মধুচন্দ্র (১৮০১-১৮০৩) (iii) চৌরজিৎ (১৮০৩-১৮১৩) (iv) মার্জিৎ (১৮১৩-১৮১৯) (v) নর সিংহ (১৮৪৪-১৮৫০) (vi) কুল্লচন্দ্র (১৮৯০-১৮৯১)।

টর্কো-অফগানগী চাদা-নাউদাদা ইরিবা কাজীশিংগী মিং মখাদা থমজরিবা অসিনি (ব্রেকেৎ মনুংদা ইরিবা চহী মখোয়গী কাজীগী ফম পায়বা হৌবা মতম্নি।)

| | |
|---|---|
| ১। **মৈদিংঙু খাগেম্বা ঃ** | (i) মুহম্মদ সানী (১৬০৬) |
| | (ii) শৈখ জুনৈদ (১৬২৭) |
| | (iii) সৈয়দ অম্বিয়া (১৬৪৯) |
| ২। **মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা ঃ** | সৈয়দ হুসৈন (১৬৫৮) |
| ৩। **মৈদিংঙু পাইখোম্বাঃ** | (i) তোনবা খুল্লাকপা (১৬৭৬) |
| | (ii) সৈয়দ শুলৈমান (১৬৭৯) |
| | (iii) ঔকাতুল্লাহ খুল্লাকপা (১৬৮৬) |

* *খৈকদ্দিন খুল্লাকপম- টর্কো-অফগানগী চাদা নাউদা, ১৯৯৭, লামায ৫২-৫৩।*

৪। **মৈদিংঙু চরাইরোংবা ঃ** মেলৈ ঙাংবা (১৭০৮)

৫। **মৈদিংঙু গরিবনৱাজ ঃ** (i) শিব ওর্ফে শঙ্গাইরাকপা (১৭১৩)

(ii) নির খুল্লাকপা (১৭৩৫)

(iii) ইসমাইল ওর্ফে গৌরমনি (১৭৪৭)

৬। **মৈদিংঙু গৌরশ্যাম ঃ** অলিমুল্লাহ (১৭৫৬)

৭। **মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা** (ভাগ্যচন্দ্র)ঃ কুলসুম (১৭৯৩)

৮। **মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ ঃ** (i) নসরুল্লাহ ইবন রহমতুল্লাহ মকক অঙৌবা (১৮২৬) [কাজী হাপ্পা চহীদুদা লৈখিদে]

(ii) বর্কতুল্লাহ ওর্ফে তোল্লেন ইফম (১৮২৬)

৯। **মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি ঃ** (i) হিরা (১৮৩৬)

(ii) সুরবা (১৮৫১)

(iii) অলি মিয়া (১৮৭৮)

১০। **মৈদিংঙু সূরচন্দ্র ঃ** ইরা (১৮৮৯)

নিংথৌশিংগী মরক্তা হেন্না মমিং চৎপা নিংথৌ লৈবগুম, কাজীশিংগী মরক্তসু হেন্না মমিং চৎপা কাজী লৈখি। মখোয়দুগী মনুংদা বর্কতুল্লাহ ওর্ফে তোল্লেন কাজীসু অমনি। গম্ভীব সিংহগী লমজীং মখাদা অৱাগী মখূত্তগী মমা লৈবাক কন্নবা অমদি নোংপোকলোমগী চীংমীশিংগী ঈহৌ নমথনবা হোৎনবদা মহাক (তোল্লেন কাজী) না লৌখিবা থৌদাং কাউফম থোক্কে। মঙোন্দা মনা ওইনা পিখিবা পাৎ, অদুবু 'কাজী পাৎ' হাযনা খঙনখিবা লৈবাকসিগী ইতিহাসকী মচল অমনি। কছাড লৈবাক্তসু 'তোল্লেন খুন' হৌজিক ফাওবা লৈরি। অসিগুম্বা ঐখোয়গী লেমজনিঙাই ওইরবা মী অমবু কাউথোকপা হাযবসি মণিপুর ইতিহাসকী লামায়দা অহাঙবা মফম অমা লৈহনবা ওইনা থোক্কনি। মরমসিনা মদু থোক্কনবা ইতিহাসকী মচাক থিজিনবিবা মীশিংগী পূক্লিং চিংশিঞ্জনিংই।

*লাইবিক অসি ইং শোক ১৮৯১ গী মমাংগী থৌদোক হাথোক্কা মবি লৈনা ইবা ওইবনা মসিগী মতুংদা ওইবকখিবা কাজীশিংগী মিংদি পঞ্জাদ্রে।*

# মণিপুরী মুসলিমশিংনা হৌজিক খুন্দাদুনা লৈরিবা মফমশিং

**মণিপুর** – মন্ত্রীপুখ্রী, কাইরং(অৱাং লৈকাই, খোমিদোক, খাবৈশোই), পুরুম, হফিজ হত্তা, মীনুথোং, গোলাপটি, পোরোমপাৎ, বাবুপারা, ক্ষেত্রী বেঙ্গুল (য়াংবী,চীঙমাং), ক্ষেত্রী, কৈথু, ক্ষেরগাও, পাংগোং মখোঙ, কৈরাও, ক্যামগৈ, উরুপ, য়াইরিপোক য়াম্বেম, ঙারিয়ান, টুলিহল(তৌপোকপী, কোঞ্জিল লৈকাই), নিংথৌনাই, চাঙমদবী, কেক্রু, মালোম, য়াইরিপোক বাজার, তোপ চীংথা, য়াইরিপোক বমোন লৈকাই, হৈত্রোয়পোকপী, ময়াই কৈথেল, ইসলামাবাদ, চীংদোং লৈকাই পাৎচাও, বাবুপারা(জিরিবাম), হিয়াংথাং তরাহৈ, হিয়াংথাং পল্লক, ওইনাম, ৱাঙ্গোই, পাওবিতেক, ইরোং চিরাই, ফৌবাকচাউ, কোমলাখোং, লফুপাৎ তেরা, ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুল, উচিৱা সম্লেল, উচিৱা ৱাংবল, কোনুমা(হিযাংখোং, ঈবিল লৈকাই), হিয়াংলম, সেকমাইজিন, ৱাঙ্খেম মুসলিম, লিলোং হাওবৈবী (তুরেল অহনবী, চাউবোক, হঙ্গামথাবী, অতৌখোং, উবাক থোং, মাইরেনখুন, চীংখম, লিলোং বাজার, হৈনৌ মখোঙ, তাইরেল মখোঙ অসিনচিংবা), নুংগৈ, ৱাইথৌ, শমুশঙ, মোইজিং, কৈবুং, ফৌদেল, সিঙ্গা, শিখোং, হৈয়েল লবুক, ফুন্দ্রে, ইরোং চেশাবা, হৈবোং মখোঙ, উচিৱা নসতাও, খেলাখোং, হয়েল, হঙ্গুল, কৈরক, সোরা, শঙ্গায়য়ুম্ফম, চেরাপুর, বিষ্ণুপুর মনিং, ক্বাক্তা (খুমন, খুনৌ বাজার, থিঙেল লৈকাই, ঙাইরোং, লৈতানপোকপী) তেরাখোংশাংবী, বোরায়াংবী, চুরাচান্দপুর, মোরে অসিনচিংবনি।

**অসাম** - লালপানী(চোলতা, লমনৌ, খৈরাবাদ), সপরমোইনা, তোলেন খুল, তোলেন খুল খুনৌ, পয়লাফুল, লালাং খুঞ্জা, লালাং কোম্থা, লালাংপাব (তুরেলগী ৱাংমা), মণিপুব পার্ট II (তারাপুর), বগলাপার (লৈশাংখোং), মণিপুব পার্ট I (পাগা), চিরিগাং (সিরগাং), ইসলামাবাদ (নুংফৌ) বান্সকান্দি [ পীশিংশার, ইফম লৈকাই, কাজীগ্রাম (শাবল লৈকাই), হৈনৌ মখোঙ ] চন্দ্রপুর, দক্ষিন বান্সকান্দি (কৈনৌ), দুংগ্রীপার, মোরাগাং, লম্বাবস্তী(কোম্থা), কাকমারা (খাংৱা) বাদ্রিপার [নেরগাম (যাত্রাপুর, শান্তিপুর, খাদিগ্রাম, অরিবম লৈকাই, খুন্নৌ, নোংজাই লৈকাই, মকক লৈকাই, চান্দপুর ] ভৈরব নগর (জোয়নুগোর খুনৌ, খুঞ্জা), কোরাইকান্দি (খোরগান্দি) হিলঘাট (হিঙ্গাৎ চীংথক, চীংখা), গোবিন্দপুর (মোইচিং), মোলোং, জয়পুর, দীগলাং, লক্ষীসোরা, তম্পাকনাই, সিঙ্গেববন্দ, দোলুগ্রাম, মুন্সিরগ্রাম (অৱাং লৈকাই) শিবপুর (সেবোকপুব), কোনোকপুর, কপ্তানপুব (লাংগী), খান্দি (লাংগীগী নোংপোক),

হরিনগর, জাইরলতুলা, দুর্গাপুব, মোঙ্গোলপুর, ভাগাডহব (বাম), কুমাশোরা, বাগেহোর (বাইগোর) অসিনচিংবা।

**অসামগী অতৈ মফমশিংদা** – সদিয়া, বোকাঞ্জান, হোজাই, সালবাগান, হাথিগাও, লিদু (অপর অসাম), সোই সাইল (গৌহাটি), সেরু পত্থর, কপ্তানপুর (ডিমাপুরদগী নোংপোক্তা মাইল ১৪ রোম লাপ্না লৈবা), বিদ্যাপুর (নাগালেণ্ড অমসুং অসামগী তাইন্নবা ঙমখৈদা লৈবা) অসিনচিংবা।

**ত্রিপুরা** – মির্থিমা, লটিয়াবিল, হালহালি (অলালী) কমলপুর, মনিকভণ্ডার, মোলায়া, বোরবাড়ীক, কালাছাড়ী, ভুমিহিল অভাঙ্গা অসিনচিংবা।

**বাংলাদেশ**– শ্রীপুর, জলালপুর (ইফম লৈকাই), মাধবপুর, কুনাগাও (বারমিল) ফুলতোলি, নজাত কোনা(ঘোড়ামোরা) ভানুবীল, কুমড়া খাপোন(ভানুগাছ), জামিবকুনা, কলারাবিল(দালুৱা), তেতোই বাজাব (মঙ্খে মখোঙ), পুর্ব জলালপুর (লৈশাংখোং) খাদিমনগর (সিলেট) মুকাবিল, শাহ্পরান (সিলেট), দিৱানের চোক (গুলাপগঞ্জ)খেৱালি ঘাট (কৈনৌ খুল), কান্দিগাও (মোইনাম লৈকাই) অসিনচিংবা।

**ম্যানমার** – মণ্ডলে ছত্রা নম্বব,

**সউদি অরবিয়া** – তয়েফ, জিদ্দা

## রাজা গম্ভীর সিংহ লেভীগী লান্মীশিংগী মমিং পরেং

An extract copy of the Muster Roll of the troops employed in Raja Gumbheer Singh Levy, maintained by Lt. Col. Innes, C.B. at Juttrapur on 30th July, 1824 A.D.

**শগোল-লান্মী (Cavalry)**

*সৰ্দ্দারশিং (Sirdars)*

১) রস্মন (লক্ষ্মন) সিংহ, ২) ডুম্ব্র সিংহ, ৩) নবীন সিংহ, ৪) কীৰ্ত্তি সিংহ

**লান্মী লাল্লোইশিং (Troops)**

১) গুনিন্দ্র সিংহ
লক্ষন সিংহ
রাসি সিংহ
তোমাল সিংহ
৫) লীলানন্দ শৰ্ম্মা
কালেশ্বর শৰ্ম্মা
চন্দ্র সিংহ
ধর সিংহ
খেরোদ সিংহ
১০) শর্নয় সিংহ
পূর্ণ সিংহ
শৈখ সলেনা
হেম সিংহ
দয়াবাম সিংহ
১৫) উশব সিংহ,
মদন সিংহ
ফলেন সিংহ
হরি সিংহ
বীব সিংহ
২০) তুল সিংহ
ব্রজ সিংহ
শ্বরূপ/ধন সিংহ
নন্দ/রতন সিংহ
জয় সিংহ
২৫) বৃন্দাবন সিংহ
লক্ষ্মন সিংহ
হবি সিংহ
দিন সিংহ
চক্রপানি সিংহ
৩০) মঙ্গল সিংহ
চন্দ্রমনি সিংহ
কীৰ্ত্তি সিংহ
কৃষ্ণচন্দ্র সিংহ
দয়ারাম সিংহ
৩৫) গোবিন্দ সিংহ
মোহোন সিংহ
পূর্ণ সিংহ
কৃষ্ণ সিংহ
শ্বরূপ সিংহ
৪০) অদি/দিন সিংহ

**খোঙমী-লান্মী (Infantry)**

*সুবেদারশিং (Subedars)*

১) জয় সিংহ, ২) অমু সিংহ, ৩) রাম সিংহ, ৪) কীর্ত্তি সিংহ, ৫) জয় সিংহ।

**জমাদারশিং (Jamadars)**

১) পার্থ সিংহ, ২) শ্যামরাম সিংহ, ৩) লোল্লোয়/ধন সিংহ, ৪) চবুং খম্বা/রতন সিংহ, ৫) বদন সিংহ, ৬) উমা সিংহ, ৭) চন্দ্রমনি সিংহ, ৮) রন সিংহ, ৯) ভূবন সিংহ, ১০) কুমুদ সিংহ।

**হভিল্ডারশিং (Havildars)**

১) বলহব সিংহ, ২) মোহন সিংহ, ৩) ধনঞ্জয় সিংহ, ৪) অহোঙ সিংহ, ৫) তম্ফাজাও সিংহ, ৬) চান্দ সিংহ, ৭) ইন্দু সিংহ, ৮) নন্দ সিংহ, ৯) রসিকা সিংহ, ১০) ইন্দ্রমনি সিংহ।

**নাইকশিং (Naiks)**

১) ব্রজানন্দ সিংহ, ২) নীলানন্দ সিংহ, ৩) নীলমনি সিংহ, ৪) চন্দ্রসিংহ, ৫) প্রেম সিংহ, ৬) জয়রাম সিংহ, ৭) রসানন্দ সিংহ, ৮) কর্ণ সিংহ, ৯)....... ১০) উশুব সিংহ, ১১) লক্ষ্মন সিংল ১২) শ্বরূপ সিংহ, ১৩) মোরিবা সিংহ, ১৪) সনাজাও সিংহ, ১৫) কুমুদানন্দ সিংহ, ১৬) নীবঞ্জন সিংহ, ১৭) সাদগানন্দ সিংহ, ১৮) বোর সিংহ, ১৯) লালা সিংহ, ২০) মাধব সিংহ, ২১)শ্বরাম সিংহ, ২২) পূর্ণ সিংহ, ২৩) চন্দ্রমনি সিংহ, *২৫) শেখ বফি, ২৫) শেখ সুবোল।*

**সিফাইশিং (Sepoys)**

১) উশুব সিংহ,
মুরারী সিংহ,
শ্যাম সিংহ
চন্দ্রমনি সিংহ
৫) রসচন্দ্র সিংহ
তুল সিংহ
বিজয় সিংহ
সাধু সিংহ
মুকুণ্ড সিংহ
১০) বৃন্দাবন সিংহ
তুল সিংহ
অমু সিংহ
মুক্তা সিংহ
তুল সিংহ
১৫) সনাতোন সিংহ
পুকচাও সিংহ
ধনঞ্জয় সিংহ
চন্দ্রমনি সিংহ
বাসু সিংহ
২০) তুল সিংহ
ধনঞ্জয় সিংহ
দয়া সিংহ
বলা সিংহ
হিবা/নর সিংহ
১৫) মধু সিংহ
ধবন সিংহ
লাবন্য সিংহ
চৈতন্য সিংহ
বব সিংহ

৩০) গৌব সিংহ
শ্যামপূর্ণ সিংহ
চাওবা সিংহ
রন সিংহ
হেম সিংহ
৩৫) শ্যামরাম সিংহ
পূর্ণ সিংহ
বলরাম সিংহ
রোমোনি সিংহ
রোমা সিংহ
৪০) ফালগুন সিংহ
চন্দ্রমনি সিংহ
বীর সিংহ
চাওবা সিংহ
রোসন সিংহ
৪৫) পুকচাও সিংহ
চাওবা সিংহ
মুরারী সিংহ
তুল সিংহ
অমু সিংহ
৫০) জয়রাম সিংহ
অচৌ সিংহ
কাদু সিংহ
লাল্লু সিংহ
নবরাম সিংহ
৫৫) নযন সিংহ
বীর/দয়া সিংহ
ধর্ম্ম সিংহ
মহেন্দ্র সিংহ
গৌর সিংহ

৬০) আনন্দ সিংহ
গোপাল সিংহ
গন্ধার সিংহ
উদ্বব সিংহ
নব সিংহ
৬৫) চেতন সিংহ
সাধন সিংহ
গুণ সিংহ
জয়রাম সিংহ
গোবিন্দ সিংহ
৭০) অতোন সিংহ
মোহন সিংহ
ঝুলোন সিংহ
বৃন্দাবন সিংহ
চাওবা সিংহ
৭৫) জযরাম সিংহ
ধন সিংহ
মফৌ সিংহ
রতনমনি সিংহ
নর্ত্তোম সিংহ
৮০) চন্দ্র সিংহ
নাবায়ন সিংহ
ধনঞ্জয় সিংহ
তরুন সিংহ
খুলিং সিংহ
৮৫) তুল সিংহ
বুদ্ধিরাম সিংহ
কীর্ত্তি সিংহ
দয়ানন্দ সিংহ
নবীন সিংহ

৯০) উচোন সিংহ
মদন সিংহ
মেরু সিংহ
রূপানন্দ সিংহ
বলরাম সিংহ
৯৫) রূপানন্দ সিংহ
বালু সিংহ
চান্দ সিংহ
নব সিংহ
রূপ সিংহ
১০০) হীরানন্দ সিংহ
ধন সিংহ
চন্দ্রমনি সিংহ
চন্দ্র সিংহ
নবচন্দ্র সিংহ
১০৫) নব সিংহ
চন্দন সিংহ
চন্দ্র সিংহ
লক্ষ্মন সিংহ
তুল সিংহ
১১০) বৌধ সিংহ
লক্ষ্মন সিংহ
গোবিন্দ সিংহ
ধন সিংহ
খের সিংহ
১১৫) জয়রাম সিংহ
কীর্ত্তি সিংহ
ভরত সিংহ
ইন্দ্র সিংহ
মুহোরী সিংহ
১২০) স্বরূপ সিংহ
উধব সিংহ
পুরুষত্তোম সিংহ
বারু সিংহ
মদন সিংহ
১২৫) পুহাম সিংহ
সুবল সিংহ
ভুবানী সিংহ
উত্তমরাম সিংহ
বৃন্দাবন সিংহ
১৩০) বলরাম সিংহ
লক্ষ্মন সিংহ
কুমুদানন্দ সিংহ
রূপানন্দ সিংহ
নিধিরাম সিংহ
১৩৫) স্বরাম সিংহ
খোম্বা সিংহ
বামন সিংহ
নব সিংহ
চাওবা সিংহ
১৪০) দযারাম সিংহ
পুর্ণানন্দ সিংহ
সোনাচান্দ সিংহ
নন্দ সিংহ
সুর্পানন্দ সিংহ
১৪৫) তুলানন্দ সিংহ
হেম সিংহ
বলরাম সিংহ
আনন্দ্রাম সিংহ
সুন্দর সিংহ

১৫০) শ্রী সিংহ
সনাতন সিংহ
করুনা সিংহ
গোবিন্দ সিংহ
জয় সিংহ
১৫৫) শ্যামপূর্ণ সিংহ
তাম্র সিংহ
তোমচৌ সিংহ
উমা সিংহ
কুমুদ সিংহ
১৬০) গোপীচরন সিংহ
রাসিকা সিংহ
মেরা সিংহ
চন্দ্র সিংহ
মুকুণ্ড সিংহ
১৬৫) দেবো সিংহ
রুন সিংহ
ধিরানন্দ সিংহ
কামো সিংহ
তুল সিংহ
১৭০) জয়ানন্দ সিংহ
গোকুল সিংহ
বোলো সিংহ
চন্দ্র সিংহ
বেদাম সিংহ
১৭৫) চন্দ্রমনি সিংহ
রতনমনি সিংহ
তাম্র সিংহ
রূপ সিংহ
চন্দ্র সিংহ
১৮০) গোবিন্দ সিংহ
পূর্ণ সিংহ
অমু সিংহ
চন্দ্রমনি সিংহ
ভারত সিংহ
১৮৫) ধৰ্ম্ম সিংহ
হীরা সিংহ
নাবোৎ সিংহ
ফুলানন্দ সিংহ
পূর্ণ সিংহ
১৯০) রূপানন্দ সিংহ
দয়ানন্দ সিংহ
কীর্ত্তি সিংহ
অভি সিংহ
মধু সিংহ
১৯৫) রাম সিংহ
গৌর সিংহ
লীলানন্দ সিংহ
কুমদানন্দ সিংহ
ভবানন্দ সিংহ
২০০) তোঞাও সিংহ
হরিনারায়ন সিংহ
রামচন্দ্র সিংহ
গঙ্গা সিংহ
তুল সিংহ
২০৫) লোকনাথ সিংহ
বলরাম সিংহ
কুঞ্জো সিংহ
ধনি সিংহ
তবোব সিংহ

২১০) তমু সিংহ
বিদুর সিংহ
অমু সিংহ
শ্বরূপ সিহ
চাওবা সিংহ
২১৫) তানচৌ সিংহ
তুলানন্দ সিংহ
কুঞ্জানন্দ সিংহ
নিরঞ্জন সিংহ
অতোন সিংহ
২২০) চন্দ্রমনি সিংহ
নন্দো সিংহ
চন্দ্র সিংহ
রাসিকা সিংহ
কুকিলা সিংহ
২২৫) দেবো সিংহ
বলহব সিংহ
চন্দ্র সিংহ
উদয় সিংহ
রসক সিংহ
২৩০) জগদ সিংহ
জয় সিংহ
গৌর সিংহ
লীলা সিংহ
হেম সিংহ
২৩৫) তরুন সিংহ
নবরাম সিংহ
সুদ্র সিংহ
জয় সিংহ
খম্বা সিংহ

২৪০) তোমচৌ সিংহ
নিমানন্দ সিংহ
চন্দ্রশ্যাম সিংহ
অমু সিংহ
আনন্দ্রাম সিংহ
২৪৫) তুল সিংহ
গৌর সিংহ
লাল সিংহ
রসিকা সিংহ
ইন্দ্রমনি সিংহ
২৫০) ধ্বজ সিংহ
হেম সিংহ
তানচৌ সিংহ
পূর্ণ সিংহ
মুকুণ্ড সিংহ
২৫৫) ইন্দু সিংহ
খম্বা সিংহ
সুদাম সিংহ
চুরামনি সিংহ
কুমুদ সিংহ
২৬০) হীরা সিংহ
মেরা সিংহ
জয় সিংহ
চন্দ্র সিংহ
তানচৌ সিংহ
২৬৫) মধু সিংহ
বেদাম সিংহ
রমানন্দ সিংহ
দয়ারাম সিংহ
তোঞ্জাও সিংহ

২৭০) নল সিংহ
অঙ্গো সিংহ
ভুরাম সিংহ
শ্রীদাম সিংহ
মেরা সিংহ
২৭৫) কুকিলা সিংহ
কীর্ত্তিবাস সিংহ
তানচৌ সিংহ
*রফি মুহম্মদ*
*লাল মুহম্মদ*
২৮০) *বর্ক তুল্লাহ*
*লাল মুহম্মদ*
হ্যারি সিংহ
রূপ সিংহ
*মুহম্মদ নজির*
২৮৫) নর্ত্তোম সিংহ
লোচন সিংহ
প্রশুরাম সিংহ
রূপ সিংহ
কৃষ্ণানন্দ সিংহ
২৯০) অমুদোন সিংহ
গোবিন্দ সিংহ
লক্ষ্মন সিংহ
জগদ সিংহ
গুণ সিংহ
২৯৫) দয়া সিংহ
ইন্দ্রমনি সিংহ
ক্ষেত্রি সিংহ
নন্দ সিংহ
রাম সিংহ
৩০০) উপেন সিংহ
নর সিংহ
চন্দ্রশ্যাম সিংহ
কুমুদ সিংহ
খেলানন্দ সিংহ
৩০৫) পূর্ণানন্দ সিংহ
চৈতন্যানন্দ সিংহ
নন্দ সিংহ
ধনি সিংহ
শুর্পা সিংহ
৩১০) রতনমনি সিংহ
গোকুল সিংহ
দয়ানন্দ সিংহ
মুখিমা সিংহ
খর্গ সিংহ
৩১৫) সর্দানন্দ সিংহ
গোবিন্দ সিংহ
গম্ভীব সিংহ
কুল সিংহ
ভদ্র সিংহ
৩২০) দয়ারাম সিংহ
চান্দ সিংহ
পূর্ণ সিংহ
রতন সিংহ
খেলা সিংহ
৩২৫) সুর্য্য সিংহ
কৃষ্ণানন্দ সিংহ
থেব সিংহ
মুতুৱা সিংহ
শুর্পা সিংহ

৩৩০) সনাজাও সিংহ
রূপ সিংহ
বলরাম সিংহ
চরন সিংহ
শ্রীরাম সিংহ
৩৩৫) ঝুলোন সিংহ
তীর সিংহ
পূর্ণ সিংহ
লীলা সিংহ
তুল সিংহ
৩৪০) মোরিবা সিংহ
গুণ সিংহ
সদানন্দ সিংহ
কান্তো সিংহ
মনিচন্দ্র সিংহ
৩৪৫) শুর্পা সিংহ
মুবাবী সিংহ
বেরামনন্দ সিংহ
রামকিশোর সিংহ
মধু সিংহ
৩৫০) শেখর সিংহ
সুন্দর সিংহ
গঙ্গা সিংহ
খুবা সিংহ
খেলানন্দ সিংহ
৩৫৫) কালেনবা সিংহ
বতন সিংহ
জীব সিংহ
ইন্দ্রমনি সিংহ
কীর্তিচন্দ্র সিংহ

৩৬০) কল্যানন্দ সিংহ
দয়ানন্দ সিংহ
নবচন্দ্র সিংহ
মোহেন সিংহ
দোল সিংহ
৩৬৫) বোল সিংহ
গৌর সিংহ
বোল সিংহ
খেলা সিংহ
বিহারী সিংহ
৩৭০) জিবানন্দ সিংহ
খেলা সিংহ
শুর্পা সিংহ
গোপীচরন সিংহ
কৃষ্ণানন্দ সিংহ
৩৭৫) দয়ারাম সিংহ
নন্দলাল সিংহ
শুর্পা সিংহ
অমু সিংহ
নিমাই সিংহ
৩৮০) কুমুদ সিংহ
হোরেন্দ্র সিংহ
নবচন্দ্র সিংহ
ভুবন সিংহ
শুপানন্দ সিংহ
৩৮৫) জয় সিংহ
বধুমনি সিংহ
বরুন সিংহ
জগাদ সিংহ
নন্দ / কুকিলা সিংহ

৩৯০) তুল সিংহ
খুবা সিংহ
যদু সিংহ
জুগোল সিংহ
মদন সিংহ
৩৯৫) তোম্বা সিংহ
পাঙনতোন সিংহ
চাওবা সিংহ
লক্ষ্মন সিংহ
চন্দ্রমনি সিংহ
৪০০) বরুন সিংহ
ত্রিলোক সিংহ
সনাহল সিংহ
অরুন সিংহ
কীর্ত্তিচন্দ্র সিংহ
৪০৫) গৌর সিংহ
তুল সিংহ
চন্দ্র সিংহ
নীলধ্বজ সিংহ
গৌর সিংহ
৪১০) রূপানন্দ সিংহ
সুবল সিংহ
সুশিল সিংহ
তরন সিংহ
কহ্নাই সিংহ
৪১৫) ভরত সিংহ
রূপচন্দ্র সিংহ
তোঙ্গাও সিংহ
নব সিংহ
চন্দ্র সিংহ
৪২০) বুদ্ধিরাম সিংহ
গোবিন্দ সিংহ
রূপানন্দ সিংহ
চন্দ্র সিংহ
গৌর সিংহ
৪২৫) লঘু সিংহ
শচী সিংহ
শেখর সিংহ
পরিজাৎ সিংহ
বিরু সিংহ
৪৩০) লোচন সিংহ
ফালগুনি সিংহ
সুবন্ত সিংহ
রতন সিংহ
বীর সিংহ
৪৩৫) কেশরূপ সিংহ
কুণ্ড সিংহ
চাওবা সিংহ
লোমা সিংহ
খম্বা সিংহ
৪৪০) হরি সিংহ
খুলিৎ সিংহ
বীর সিংহ
গুনি সিংহ
রূপ সিংহ,
৪৪৫) বোমা সিংহ
নোপুব সিংহ
শাজৌ সিংহ
তুল সিংহ
বলরাম সিংহ

৪৫০) *শৈখ সুবহ*
*শৈখ সেবা*
*শৈখ প্রেম (ওন কমাণ্ড)*
*শৈখ বোরো*
*শৈখ লোবা (রুবা?)*
৪৫৫) *শৈখ ছৈবা*
*শৈখ খম্বা (ওন কমাণ্ড)*
*শৈখ শাইজা (শৈজা)*
ধর্ম্ম সিংহ
রূপচন্দ্র সিংহ
৪৬০) প্রেম সিংহ
অচৌ সিংহ
নবীন সিংহ
আনন্দ সিংহ
গোপী সিংহ
৪৬৫) যশোদা সিংহ
স্নাজাও সিংহ
প্রেমানন্দ সিংহ
মোরিবা সিংহ
সোম সিংহ
৪৭০) মোহন সিংহ
বিজানন্দ সিংহ
কুমাব সিংহ
খেল সিংহ
বরুন সিংহ
৪৭৫) খেল সিংহ
চাওবা সিংহ
শাজৌবা সিংহ
রূপানন্দ সিংহ
হেম সিংহ

৪৮০) যশোদা সিংহ
ভুবন সিংহ
সুন্দর সিংহ
নীর্মল সিংহ
মদন সিংহ
৪৮৫) অমুদোন সিংহ
ইরা সিংহ
বরুন সিংহ
ধেনু সিংহ
চন্দ্র সিংহ
৪৯০) স্বরুপ সিংহ
গঙ্গা সিংহ
মাধুরয্য সিংহ
পার্থ সিংহ
আনন্দ সিংহ
৪৯৫) প্রেম সিংহ
সুবানন্দ সিংহ
প্রেমচন্দ্র সিংহ
কুঞ্জানন্দ সিংহ
যশোবন্ত সিংহ
৫০০) সোমচান্দ সিংহ

সাইণ্ড
লেফ ঃ কোল ঃ ইন্নেস
কম্মাণ্ডিং, সিলেট ফ্রোন্টিযার

[K&B, K91-A-IX M S A 1993, 37-45]

**মরী মখোঙ উৎচবা**

*(ক) মৈতৈলোনগী অফোংবা লাইবিক*

১) চৈথা ঃ কুমঃ, ২০০৫ = লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ ঃ চৈথাবোল কুম্বাবা (ইম্ফাল - ২০০৫)

২) ওঃ ভঃ সঃ , ২০০১ = ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহঃ খাগেম্বা লাংজৈ (ইম্ফাল - ২০০১)

৩) রাঃকুঃ সঃ, ১৯৮৯ = রা.কু. সনাহল, বি. কমঃ পাঙল থোরকপা (ইম্ফাল- ১৯৮৯)

৪) খুঃ চঃ সঃ, ১৯৯৭ = খুলেম চন্দ্রশেখব সিংহঃ মসিল (ইম্ফাল - ১৯৯৭)

৫) ফঃ ইঃ শঃ , ১৯৯০ = ফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মাঃ মৈতৈ ফিজেৎ-লৈতেং (ইম্ফাল-১৯৯০)

৬) নিংঃ খঃ সঃ ১৯৬৭ = নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, ঃ চাদা লাইহুই (ইম্ফাল- ১৯৬৭)

৭) ডাঃলঃচঃ, ১৯৭০ = ডা. লৈশাংথেম চন্দ্রমনি,সিংহ ঃ মণিপুর ইতিহাস (ইম্ফাল- ১৯৭০)

৮) কঃবঃ , ১৯৯১ = কুলচন্দ্র অমসুং বডরুদ্দিন ঃ মৈতৈ পাঙল হৌরকফম (ইম্ফাল - ১৯৯১)

৯) মঃ চঃ সঃ ১৯৬৭= মোইবাংথেম চন্দ্রসিংহ ঃ খাহি ঙম্বা (ইম্ফাল- ১৯৬৭)

১০) নিং ঃ খঃ সঃ, ১৯৮৭ = নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, ঃ ফমলোন (ইম্ফাল - ১৯৮৭)

**(খ) মৈতৈলোনগী খুৎয়ি লাইরিক**

১) স ঃপঃ মঃ , খু ঃ লাই = সঙ পানবগী মসীল, খুৎযি লাইরিক

**(গ) ঈঙ্গ্রেজী লাইরিক**

1) H.K S, 1987 = H K Saharay · Family law - Hindu Law & Mahomedan Law, (Calcuta- 1987)

2) R. C. M 1978 = R C. Majumdar . An advanced Histoy of India (Calcutta- 1978)

3) T C H. , 2003 = T C. Hodson · The Meitheis (Delhi - 2003)

4) A L.S 1987 = A. I. Srivastava· Medieval Indian Culture (Agra-3,1987)

5) R.D.A 1974 = Readers Digest Assn. Last two Million years (London - 1974)

6) C B A 1987 = Compiled by Authority · Gazetteer of Burma (Delhi - 1987)

7) S.U G 2006 = Shri Upendrachandra Guha . Kacharer Itibritta (Agartala - 2006)

# রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুরগী লাইরিকশিং অমসুং চেফোঙশিং

| লাইরিক মমিং | অইবা / সম্পাদক | চহী |
|---|---|---|
| *১। লোংঙাল্লমদগী শজিক | কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম | ১৯৮১ |
| *২। ডাকল্লাহ | ,, | ১ ৯ |
| *৩। পা ল থোককপা | বা. কু. শ্রীসনাহল সিং | ১৮ |
| *৪। পাওলগা ৈ ঈশৈ | অব্দুর রহমান / কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম | ১ ৮ |
| *৫। ঈদ অ । | অব্দুর রহমান | ১৯৮ |
| *৬। য়ুসুফ জ লেখা | ,, | ১৯৮ |
| *৭। রোজা | ,, | ১৯৮ |
| *৮। পাচা অমসুং মাগী সাহি ( ) | কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম (সম্পাদক) | |
| *৯। পেম্লে অইবং | অব্দুর রহমান | ২০০০ |
| *১০। ঈপাক ওথ্লক্লিবা ঈচেল | কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম (সম্পাদক) | ২০০০ |
| *১১। অরোইবা খোঙ্গেল | মুফিদুন নিসা | ২০০১ |
| *১২। ইবালদুর কবিতা | অব্দুর রহমান | ২০০২ |
| *১৩ কফ লো অমসুং রকফ চৎলবরপা | এম. এম. অহমদ | ২০০২ |
| *১৪। লোংথাংবা কেল্লরপদা | ফবিজ লোংজাইময়ুম | |
| *১৫। অনারকলি | বেঞ্জমিন এম. শাহ | ২০০ |
| *১৬। যোংম অমসুং শৈশকপ | অজাদ কোমোল | |
| *১৭। শাং রগী চাংথ্রাউ | কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম | |
| *১৮। সহিন সনমা | অব্দুর রহমান | ২০০৪ |
| *১৯। ঈপাক্তা তনথ্রবা পিবাং | এন. নিসা | ২০০ |
| *২০। মেলা অমা পুন্স মমা | এম.এ. হাশিম | ২০০৬ |
| ২১। নংশেলদা লে চল | মুফিদুন নিসা | ২০০ |
| ২২। উল্লবা পন্সি | অব্দুর রহমান | ২০০ |
| ২৩। মচ ওনথ্রবা মতিযা | নাজির রাজা | ২০ ৭ |
| ২৪। সাহিত্যগা ময়চেন্দ মণিপুরী মুসলিম | এম. এম. অহমদ / এস.এম. শৈখ | ১১ |
| ২৫। খুঃ ১৮৯১ গা ৱমাংদা লৈবম্বা মৈতৈ পাঙ (মণিপুরী মুস্লিম) গী ফিবম | বি. কল্যেন্দ্র শর্ম্মা | ২০১০ |

## চেফোঙশিং

| | | |
|---|---|---|
| *১। মি শেল (১ ৪০) | কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম (সম্পাদক) | ১৯ ০ ২০ |
| *২। পান্থৈ (১বা চহী) | বেঞ্জমিন. এম. শাহ (সম্পাদক) | ২০০ |
| ৩। পান্থৈ (৬শুবা চহী) | রশিদ অলী (সম্পাদক) | ২০০ |

** তাং ১১/০৬/২০০৬ ই দা পাঙথোকখিবা মীতিংদা লৌখিবা বাবেপগী মতুং ইন্না লিতরি পব্লিশি এসোসিযেসন, মুস্লিম রাইটর্স ফোরম অনী অসি রাইটর্স যুনিযন, মণিপুরদা, পুনশিনখিব।। অায়মমা সংঙ্গানশিং অসিগী মি দা ফোঙখিবা লাইরিকশিং, চেফোঙশিং রাইটর্স যুনিয়ন, মণিপুরগী পোথোক ওইনা লৌশিনজবে।*

খুঃ ১৮৯১ গা ৱমাঙদা লৈবম্বা মৈতৈ পাঙলগী ফিবম

